**ফোঙথরবা লাইরিকশিং ঃ**

- লমদমসিগী বারী (শৈরেং) - এ সি নেত্রজিৎ
- মিৎয়েং অমা শক্তম খরা (ৱারেং) - এ সি নেত্রজিৎ
- অশৈবগী নিতাইপোদ - অশাংবম শ্রীমীনকেতন
- অরোইবা খোঙচৎ - লোণী
- বসন্ত শৈরেং - অশাংবম শ্রীমীনকেতন
- মেঘনাদবধ কাব্য - অশাংবম শ্রীমীনকেতন
- অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহগী ৱাইদগী ফজবা শৈরেং - নোংথোম্বম শ্রীবীরেন কোন্থৌজম তোম্বী
- মীনকেতনগী থক্তংলবা ৱারেং - ড. নোংমাইথেম তোম্বী
- কংকালগী অরোইবা লমদমদৈ - ইবোসনা য়ামবেম
- য়ুখল - কে. কুঞ্জধ্বজ



অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল



কচ্ছবা

লৈখিদ্রবা ঐগী গুরু লাইমুজেম মঙ্গী সিংহগী

মফমদা

প্রসন্নকুমার

ꯁꯪꯒꯤꯠ ꯗꯔꯁꯟ

# সঙ্গীত দর্শন

লাইমুজম মঙ্গী সিংহ



অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল

# SANGEET DARSHAN (PART ONE)

By ***Laimujam Mangi Singh***

Published by : **A.C.Netrajit**
for the Ashangba Communication
Wangkhei Ashangbam Leikai,
Imphal - 795 001, Manipur, India





**Wednesday, the 30 July, 2008**

Price : **Rs. 150 (One hundred only)**
**Rs. 200 (Two hundred only, Library Edition)**

# সঙ্গীত দর্শন (অহানবা শরুক)

অইবা ঃ লাইমুজম মঙ্গী সিংহ

ফোঙবা ঃ এ.সি. নেত্রজিৎ
অশাংবা কমিউনিকেসন
ৱাংখৈ অশাংবম লৈকাই, ইম্ফাল ইষ্ট ৭৯৫ ০০১



য়ুমশকৈশা তাং ৩০ জুলাই, ২০০৮



মমল ঃ লুপা ১৫০ (চাম্মা য়াঙখৈ)
লুপা ২০০ (চনি, লাইব্রেরিগীদমক)

লাইরিক ফংফম ঃ ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল -৭৯৫০০১

# লাইরিক্কী মরমদা খরদং

হৌখিবা চহী ইং ২০০৭ কী ওক্তোবর তাং ২২ গী অয়ুক্তা ঐগী মরুপ রাজকুমার বিদুর সিংহগা বাংখৈ অশাংবম লৈকায়দা লৈবা শ্রী এ. সি. নেত্রজিৎকা অনী লাক্লুনা ঐঙোন্দা ঈশৈগী মরমদা ইবা খুৎই লাইরিক খরা ফাইল অঙাঙবা অমদা পুনশিল্লগা পীরম্মী। মরুপ অনীগী বাফম তাবদা, খুৎই-লাইরিকসি গোভর্নমেন্ট ম্যাজিক কলেজগী সিতারগী ওঝা ওইবীরম্বা লৈখিদ্রবা ওঝা লাইমুজম মঙ্গী সিংহনা ইবম্লনি, মাগী সেবক শ্রীথোকচোম প্রসন্নকুমার সিংহ, হৌজিক হৌজক্লা অমেরিকাদা লৈখ্রবা ইনাও অসিগী খুত্তা, লাইরিক ওইনা ফোঙনবা শিন্নরম্লনি: ওঝানা থুপখ্রবা তুংদা, খুৎই অদু ছাপা তৌবা অমদি লাইরিক ওইনা ওক্তোকপা ছমদনা অসুম লৈরকপদা নুংঙাইতবা পোক্লকপদগী লাইরিক ওইনা ফোঙনবা ময়াম চঙদুনা হোৎনবান হায়বা খঙজখি। খুৎই অসিগী শরুক খরা শ্রীপ্রসন্নকুমারনা অমেরিকাদা নম্লবা পুরুরবনি। অদুবু মদুগী ওইথোকপদু খরা লাপ্লা লৈখিবনা ইম্ফালদা নম্লবা মরুপ-মপাং ময়াম চঙদুনা হোৎনরকখিবনি। লৈরিবদি, ইরম্লিবা খরদু প্রেস অমদা হেক্তা পীশিল্লুরগা ইরায় লায়না নম্বা যাবগী মওংদাদি লৈরমদ্রে, অদুনা হীরমসিদা খরা থল্লায় য়াওবা মী অমনা অমুক ইনৌ নৌনা শিন্দোক্লুবদি য়াররোই হায়দুনা ঐঙোন্দা শিন্নবিখিবনি। ঐ নুংঙাইজখি - ইশানগা ঈশৈ পামজবগা, ওঝা মঙ্গীবু নুংশিজবগা, লুনা তিন্নজবা মরুপ অনীনা হায়বীরকপগা, ঐনা হরাওনা, খুৎশিন্নবীরকপা ফাইল অদু লৌজখি।

খুৎই অসিদা লাইরিক্কী মমিং-মথা থোইদোকপা ইরমদে ফুলস্কেপ সাইজ পর্ণত্তি চিংবা লুজ পেপর খরনি, লমায় ১২১ নি। ওইথংবা নাকলগী মথক্তা টেক্লা ফায়। কুইরবা চেনি, মপানগা তৎপা য়াওরে, চেদু মনবগী হৌনবা ঙাঙশিল্লক্লে। মদুগা লোয়ননা সিতারগী গত ময়াম ইবা অমনবা বোই অমা-অনীসু য়াওরম্মী। মতুংদা খুৎই খরগা অমুক পীবিরকখি, মদুসু গতকী শরুক্লা

হৌল্লে, থিওরীগী শরুক পংয়াম য়ামদে। ঐনা খঙ্গখি - ওঝা মঙ্গীখোয়াদি খোংবা-খোংপা প্রাক্তিকেল ফিল্ডলোমদা খরা হেন্না থরায় য়াওবীবনীনা তোঙান-তোঙানবা রাগশিংদা শেম্বা গতশিংনা খরা হেন্না য়াম্না থপ্পীরম্মী। অদুবু থিওরিগী মতাংদা ইবীরম্মীবা খরসি লায়থোকপা য়াবদি ইয়াও য়াওদে. সঙ্গীতকী রাহন্দোক অমদি ব্যাখ্যাদগী হৌরদুনা নাদ, শ্রুতি, স্বর, সপ্তক, থাট, রাগ, বর্ণ, নক্কট মখেগী থাট - নিয়মনচিংবা সঙ্গীত বিদ্যার্থী অমনা খঙদবা য়াদ্রবা, সঙ্গীত খঙবিনীংবা, হীরম অশোমদা থিজিনবিনীংবশিংনা পাবদা য়াম্না কান্নগনি খঙ্গে। অসিদা নত্তনা রারেংগী মওংদা য়াওরিবা ঘরানা, সিতারগী ইতিহাস, ধ্রুপদকী রারী-রাখোঙ খরা অসিনা ঈশৈ ভল্লিবশিং অমদি পামজবশিংদা তুং কোইনা লৈহৌগদবা জ্ঞানগী মঙাল শোয়দনা পীগনি নীংজে।

ওঝাগী খুৎত অসি খরা মচোই মচোই তাই, মরু ওইবা হীরম খর্বানি সঙ্গীতালংকার, সঙ্গীত প্রবীণ পরীক্ষাদা হংখিবা বাহংশিংগী মণিপুরীদা হন্দোক্লবা পাউখুম ওইনা তৌই। রাগ-রাগিনী বর্গীকরণ, রাগ-রাগিনী পদ্ধতিগী অলোচনা, মূর্চ্ছনানচিংবসি পরীক্ষাদা হংখিবা রাহংগী পাউখুমশিংনি। মতম মতমগী ওইনা চংনখিবা নীতি-নিয়মশিং হৌজিক্কা কয়া পাম্নরক্কবা য়ানরক্কনগী মরমদা অইহাক্না মাগী ওইবা মত পীদুনা ফোঙদোকপসু য়াওই।

লাইবিক অসিদা অইবনা থায়নগী সঙ্গীতকী নীতি-নিয়ম্না খরা য়াম্লপ ইবা থেংনৈ, মসিসু থোইনা কায়দে খঙ্গে, মরমদি সঙ্গীত হায়বসি লেম্না লৈতনা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না হোংবসু নাইগনি। অদুবু সঙ্গীত বিদ্যার্থী অমগী মফমদদি অহোংবশিং অসি খঙবা তঙাইফদবনি: মসিনা মহাকপু সঙ্গীত বিদ্বান অমা ওইবগী মগুণ চেনহনগনি। অনৌবা হৌজিক্কী মতমদা চংনরিবা নিয়ম খরসিতং খঙলগা লোইনা খঙলে হায়বা খক য়ারোই, সঙ্গীতকী ইতিহাস খঙবা তাবনি, লোয়ননা মমাংঙৈদা চংনবম্বসিসু খঙবা তাবনি: অরিবদগী অনৌবা লাকপনি হায়বসি খক কাউফদে। ঙসি চংনরিবা রাখল্লোনসি অমুক থাদোক্লগা হান্নগী নীতি-নিয়মশিংবু, খরা ওন্থোক-ওনশিন তৌরগা অমুক চংনরকপসু খঙবা ওন্না নত্তে। অদুনা বিদ্যা তম্লিবা, হীরমসিদা থিজিন-খোংচিল্লিবশিংনা সঙ্গীতকী মপুঙ ফাবা জ্ঞান ফংনবগী মায়কৈরোমদা মায় ওনশিনগে খল্লবদি অরিবা অনৌবা নিয়মশিং য়েংশিনবা অমদি খঙ্গজিনবা তঙাইফদে। মরম অসিদগী, ওঝা মঙ্গীগী ঈশৈগী

লাইরিক, ঐখোয়না নৌনা মিংথোপ্পবা 'সঙ্গীত দর্শন' হায়বসি ঈশৈ তম্লিবা অমদি সঙ্গীত শাস্ত্রবু খঙনীংদুনা থিজিন-খোৎচনবীরিবশিংগীদমক্তা য়াম্না কান্নরবা লাইরিক অমা ওইগনি খঞ্জে।

লাইরিক অসি ভোলুম খরা চাউনা ফোঙসি; ওঝানা থম্বীরম্বশিং মফম চানা চানা লেৎশিল্লগা অচৌবা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকসি খন্নরম্বনি অদুবু জুলাই তাং ৩০ ইং ২০০৮ দা ফোঙবগী মতম লেপখিবদগী মরু মরু ওইবা রাগশিংগী ব্রাবী ব্রাখোঙ লোয়নবা রাগশিং অদুদা শেম্বা মসিত খানী অমদি বক্তাখানী গতশিংগী য়ামত্রবা শরুক অমা হাপ্পা ঙমজহৌদ্রে। মদুখক্তংদি হাপচনীংখিবনি, মরমদি ওঝা মঙ্গীনা য়াম্না থরায় তানা গতশিং অদু ইথোক্লুনা থম্বিরম্মী। মহাক সিতার খোংবনি, সিতারগী ওঝানি, ঈশৈগী লাইরিক অমা ইদুনা খেংগুলগা মানা পামজবা গতশিংদু কারগী হাপ্লোই। অদুবু তাঞ্জানা য়াখিদবনা খুদোংচাবদু ফংখিদ্রে। মতুংদা অনীশুবা শরুক ওইনা ফোঙনবা তোংনরসি হায়না শীনবী-লাঙবীরিবশিংনা তাকপি, মদু ওইথোকপা ওইসনু।

থম্মোয়দা লোত্তুনা, ফুমদুনা থম্না ঙমজদবা রাফম অমনা - হৌজিক হৌজিক মণিপুরদা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ঈরায় ইনিল হঙ্গরক্লিবা অসিগী মতাং অসিনি। মমাংঙে ম্যুজিক কলেজনা তম্ফাসনা গার্লস হায়স্কুলদা তাংদুনা লৈরিঙৈ, শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ঈথক ইপোম য়াম্না কল্লম্মী, ইং ১৯৬৯ দগী হৌনা ওল ইন্দিয়া ম্যুজিক কনফরেন্স চহী খুদিংগী ইম্ফালদা মার্চ থাদা পাঙথোকম্মী। লমদমসিগী সঙ্গীতপু নুংশিজবা ভাবুক্তা, শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ফাওর-ফাওরবা শৈশকপা, শৈশকপী, অয়েবা অখোংবা কয়াগা গায়ন, বাদন তাবা ফংলম্মী। মতমদু হৌখরে, হীরম অশোমদা পুক্লিং থৌগংপা য়াবা মতৌ অমত্তা উত্রে, অদুবু ঙসি ফোঙজারিবা সঙ্গীতকী লাইরিক অসিগা লোয়ননা লমদম অসিদা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ঈহৌ অমুক হল্লকপা ওইরসনু।

অবোইবদা হায়জনীংবা অমনা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা হীরমশিং অসি সোরয়েল নাইনা খরা ফংলবসু খরা অমদি অতোপ্পা খুৎইশিংদগী খোমজিল্লগা লাইরিক অমা মপুঙ ফানবা হোৎনজবনি। অথুবা মতমদা ফোঙনবা হোৎনখিবনা সোরয়েলদা খরা কায়রে খনবীরবসু পাবীরিবশিংনা ঙাকপিগনি নীংজৈ।

বানানগী মতাং অসিদি হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা মণিপুরী লোনগী অমাদি শীজিন্নরিবা সংস্কৃত ৱাহৈশিংগী বানান য়ারিবমখৈ শোয়দনবা হোৎনজ্জে, করিগুম্বা লাল্লম্বা য়াওরগসু খ্বাইনা গ্রাকপিনবা নীংশিংজরি।

লাইরিক অসিনা পাবীরিবাশিংগী থম্মোয়দা অপেনবা পোকহনবিয়ু লোয়ননা লৈখিদ্রবা ওঝা ইবুংঙোগী থৱায়না লাইবৈবাক্তা ঈংনা-চীক্লা লৈহনবিয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা হন্না হন্না প্রর্থানা তৌজরি।

ইম্ফাল বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা

জুলাই ২৩, ২০০৮ ইং ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল

# ঐগী ওইবা ৱাফম

ঙসিদগী চহি ৩০ মুক্কা মমাঙদা, ঐগী সিতারগী অহানবা গুরু, লৈখিদ্রবা ওঝা লাইমুজম মঙ্গী সিংহনা হিন্দুস্থানি সঙ্গীতকী মরমদা লাইরিক অমা ইনিংবগী ৱাখল্লোন ঐঙোন্দা কয়ারক ফোঙদোকপিরম্মী। ওঝাগী ৱাহৈ খরদুমক মতম চুপ্পদা ঐগী ৱাখলদা লৈখি।

ওঝাগী লমজিং মখাদা মতম অদুগী গোভর্নমেন্ট মুজিক কলেজ, ইম্ফালগী সিতারগী লেকচরর ওইনা চহি ১০মুক লৈরমলবা মতুংদা, ইউ.এস.এ. দা চৎপগী খুদোংচাবা ফৌরদুনা ইং ১৯৯৩ দা গোভর্নমেন্ট মুজিক কলেজ থাদোকখি। মরক মরক্তা মরক্তা টেলিফোনদা ৱারি শান্নখি। অরোয়বা ওইনা শান্নখিবদু ওঝানা লৈরোইদবা থা অহুম্মুক্কী মমাংদনি, হাকথেংননা ওঝাবু উনহৌবা ফংখিদবগী চৈনা অদুমক ঙসিসু ফাওরি।

ইং ২০০৬ তা ইনাও নুপাগী লুহোংবা য়াওনবা য়ুমদা থোক্লকপদা, ওঝানা ইবীরম্বা খুৎই পুন্নমক ওঝাগী য়ুমগী অয়াবা লৌরগা ইউ.এস.এ. দা পুরকখি। ঐগী অশাদি কানাডাগী মোন্ট্রিয়ালদা লৈবা ঐগী ইখুরা শোণী (থোকচোম মণিহার) গী মতেং লৌরগা ওঝাগী লাইরিকসি ইউ. এস. এ. দা ফোঙবা অসিনি। ওঝানা ইবীরম্বা খুৎইশিংবু নুংশিনা শিনবীরকপা অসিগীদমক্তা ওঝাগী ইতৈমা অমদি ইমুং মনুংবু থাগৎচরি। ইউ. এস. এ. দা থুংলবা মতুংদা টেলিফোন্দা ঐগী ইখুরা শোণীগা ৱারী শান্নখি। ওঝাগী খুৎই অদু পোষ্টতা থারক্লবা ইখুরানা হায়রকখি। অদুবু খুৎইশিংদুগী লমায় খরদি য়াম্না মল্লবনিনা ঐনা পোষ্টতা থানির্গখিদে। খুৎইশিং অদু ইখুরাগী মখুত্তা হাকথেংননা শিন্নবগিদমক কানাডাদা চংখি। ওঝাগী খুৎইশিং অদু লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপা য়াবগী করি খুদোংচাবা লৈবগে হায়দুনা তান্নখি। মোন্ট্রিয়ালদা লৈবা প্রমোদ কৌবা ইনাও অমবুসু নমথোকপদা মতেং পাংনবা ইখুরানা শকখংনহনখি। কাইনথংদা লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ঈশৈগী নোটেসনশিং অসি উরুরগা কানাডাদা ঐখোয়না

তৌগদৌরিবশি খুদোংচাদবা অমা ওইরগনি হায়না খনবদগী ঐগী ইখুরাগী মরুপ ঐগী লৈকাইগী ইখুরা নোংমৈবুংদগী সনখ্যা বিদুর অমদি ৱাংখৈ অশাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা লৈবা ইনাও এ.সি. নেত্রজিৎতা থাবগী ৱারেপ লৌনখি। মমৈথংদা লাইরিক অসিগী খুৎই বোইশিং ঐগী ইনাও এ.সি. নেত্রজিৎতা ঐগী ইখুরা শোণীনা থাখি। মসিগী মতুংদা কানাডা, ইন্দিয়া, ইউ.এস.এ. তোইনা টেলিফোন্দা ৱারী শান্নদুনা লাইরিক অমা ওইরক্নবগী চংশিলক্লিবা খোঙথাংশিং কয়া পাও ফাওনদুনা হোৎনরকখি। ওঝাগী খুৎইশিং অদু সনখ্যা বিদুরনা কুপ্না নৈনরবা মতুংদা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ওইবা লাইরিকনিনা সঙ্গীতপু মশক মুন্না খঙবা লাইওইশ্নবা ওঝাগীশু মরুপ ওইরম্বা, ব্রহ্মপুর নহাবমদা লৈবা, ঐগ্যা জয়ন্তকুমার শর্ম্মাদা শিন্নজখি। ঐগ্যানা চিল্লবা মতম কয়া কাইথোকপীদুনা খুৎইশিং অসিবু মচা খায়ন খুৎনা শিনদোকপিদুনা, বনানগী মতাংদশু য়েংশিনর্বিদুনা লাইরিক অমা ওইনবা হোৎনবদা য়াম্না চাওনা মতেং পাংবিখি। তশেংনমক্তি ঐগ্যা জয়ন্তকুমারনা য়েংশিনবীরমদ্রবদি লাইরিক অমা ওইবগী মহুত্তা খুৎই ওইনা অদুমক তাদুনা লৈরমখিগদবনি। মশিগীদমক ঐগ্যাবু তৌবিমল খংবা উৎচরি। ঙসিদি সঙ্গীত দর্শন অহানবা শরুক মীয়ামদা পুথোকচরে, ঐগী লাইওইশ্নবা ওঝা মঙ্গীগী নিংজরম্বা অশা মপুং ফাহনবিবগীদমক পুন্সিদা শিংবা ঙমলরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে।

লাইরিক অসি ফোঙবিনবগী দাইত্য লৌনবা হায়রুবদা হরাও হরাও লৌবিরিবা অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফালগী থৌবু ওইর্বিরিবা এ.সি. নেত্রজিৎ, লাইরিক অমা ওইরক্লবা হোৎনবদা অচৌবা জ্ঞান লৌশিং কয়া তাকপিখিবা ঐগী ইখুরা কানাডাদগী শোণী, সনখ্যা বিদুর অমদি লাইরিকশিদা য়াওরিবা ফোটো পিবিরক্লিবা ঐগী ইনাও উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাইদগী আর. কে. সনাতোম্বাবুশু ঐনা তৌবিমল খংবা উৎচরি।

ইম্ফাল

জুলাই ২৭, ২০০৮ ইং

থোকচোম প্রসন্নকুমার (তোম্বী) সিংহ

নোংমৈবুং পুংমখোং, ইম্ফাল।

# অফোঙবগী ব্রারোল

নুমিদাংদু পঙথেং থেংববুদি নত্তে। টেলিফোন লাকই হায়দুনা ফুক হৌগংলি, চীংনৈ মসি তামো শোণী ওইরম্বশু য়াই। ওইরম্মী, শোণী কানাডা হায়দুনা চোংথোরকই। ফোনদু পাইখৎলুবদা হায়রকই, "...ঐ নঙোন্দা লাইরিক্কী খুৎই বোই অমা থাম্ব্রবনি, মদু নঙগী য়াম্লুং বিদুরহোয় তান্নরগা অশাংবা কমিউনিকেসন ইম্ফালনা ফোঙগদবনি। মসিগীদমক নঙোন্দা করিমত্তা চৈনা পীরোই। অরাবা ওইহনলোয়... নতে নতে, লাইরিক্তু ঐনা ইবা নতে। ঈশৈগী লাইরিকনি। ঐগী ইয়াম্বনা পোকপা ইচানুপা ইউ.এস.এ. দা লৈরিবা সিতার খোংবা প্রসন্নকুমার (তোম্বী) খংইদনা মাবু তম্বীরম্বা লৈখিদ্রবা ওঝা মঙ্গীনা ইরম্বা শাস্ত্রীয় সঙ্গিতকী মরমদা ইবা লাইরিকনি। মসি নহাক্না ফোঙনবা তৌরকউ। কানাডাদা ঐগী কম্পুটরদা নমনবা হোৎনরুরবনি, অদুবু কম্পুটর অসিদা খুদোংচারোইদবা কয়া য়াওরমলে অদুনা মসিদা য়াদ্রে...।

মণিপুরী সাহিত্যদা লমকোয় ব্রারী ইবা অমা ওইনা শকখঙনরিবা শোণী (থোকচোম মণিহার) ঐগীদি য়াম্না নকুজবা ইয়াম্বনি। মহাক কানাডাগী মোন্ট্রিয়ালদা লৈবনি। ব্রারী শানখ্রবা মতুং থামুক লৈরগা থাম্ব্রে হায়রিবা ঈশৈগী খুৎই বোইদু য়ৌরকখি। বোইদু য়াম্লুং বিদুরগা তান্নরগা মশিদি ঐগ্যা জয়ন্তকুমারদা য়েংহন্দ্রবদি ওইথোকপা য়াররোই, ঐখোয়না খঙবা নত্তে হায়দুনা ঐগ্যাগীদা থিনলুই। খরা লৈরগা ইউ.এস.এ. দগী তামো প্রসন্নকুমার (তোম্বী) না ফোন অমুক তৌরক্লনা ...ঐগী কাকানা থাখ্রিবা অদুদা চিৎথহৌবা বোই খরগা লৈহৌরি ফোঙলিঙৈদা মসিশু হাপচিনহৌশি মসি অশাংবা কমিউনিকেসনদা থাম্ব্রবনি, মসি নহাক্না লোইনা হোৎনবীগদৌবনিকো...! হায়রিবা বোইশিং অদু ঐগী খুৎতা য়ৌরক্লনা মদুমশু ঐনা ঐগ্যা জয়ন্তগীদা থিনলুই, বোই অমদা প্রেসতা পীবা য়ানবা মওংদা শেম্লীনবা হায়জরুবনি। মসিদা ঐগ্যাগী চিনলবা মতম কয়া কায়থোকপিদুনা হোৎনবীরকপা অসিগীদমক অচৌবা লমন অমা তোনশিল্লবনি। লাইরিক ফোঙবগী মতমসি হান্নদি ডিসেম্বরদা ফোঙসি হায়নরম্বনি অদুবু তামো

প্রসন্নকুমারনা হন্দক জুলাই থাদা ইম্ফালদা থোক্লকপা অসিদা মহাক মশা লৈরিঙৈশিদা ফোঙনবা তৌহৌরসি হায়না লেপ্লবদগী লাইরিকসি শরুক অনি থোক্লা খাইদোক্তবা য়ারক্তদুনা খাইদোকলে। অহানবা শরুক অমদি অনিশুবা শরুক হায়দুনা, লাইরিকসি য়াম্না খুয়ৌনবা মতমদা নমদুনা ঐখোয়না লেপ্লখিবা মতমদা পুথোক্লবা হোৎনবদা ঙমহনবীরিবশিমক লময়ানবা প্রিন্টসকী অচৌবা মতেংদগীনি। মসিগীদমক তৌবিমল খংবা উৎচরি।

মণিপুর কলা-সংস্কৃতিগী লমদা লৈহাও লৈবা লমদম অমা ওইজরবশু ঐখোয় ঐখোয়না চংশিল্লুরিবা লমশিং অসিদা মণিপুরীদা ইবা লাইরিকশিংদি খরা হেক ৱাৎনা থোকই। মসি ঈশৈগী লমদা ঐখোয়না ইজববু ওইরবশু নংত্রগা মপালগী লাইরিকশিংদগী ঐখোয়গী ইরোলদা হন্দোকপা লাইরিকপু ওইরবশু মসিগী মরাং কাইদবা হায়বসি থোকই হায়না খনলুবদগী অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফালনা লাইরিকসি ফোঙদোকপগী খুদোংচাবা অসি থৌদাং অমা ওইনা লৌজরনি। মসিগী খুদোংচাবা অসি পীবিরক্লিবা কানাডাদগী তামো শোণী অমদি ইউ. এস. এ. দা লৈরিবা তামো প্রসন্নকুমার (তোম্বী) অনিবুশু পুক্নি চুপ্পগী ওইনা কাওজরোই। ঙসি ফোঙলিবা সঙ্গীত দর্শন অহানবা শরুক মীয়ামগী মফমদা থমজরি। অসিগী মখা চৎথরকপদা অনিশুবা শরুক অথুবা মতমদা ফোঙদোক্লবশু মখা তানা অদুমক হোৎনজরী, মসিবু মাইপাকহনবীবা হায়বসি মীয়ামগী মতেং দরকার ওইরি।

ইম্ফাল

জুলাই ২৮, ২০০৮ ইং

এ.সি. নেত্রজিৎ

অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল।

# য়াওক্নম তাকপা

# সঙ্গীতপু শন্দোক্লা তাকপা

সঙ্গীত কদায়বু কৌবগে হায়রবদি, ইচম চন্না লোন্দা হায়বদি অর্থদা, স্বর কয়াম্লক্লা শেম্লবা, নাকোংনা হেক তাবদা থুম্না অমদি নুংশিবা অমসুং মদুনা মীওইবগী থম্মোয়বু নুংঙাইহল্লিবা অদুবু পণ্ডিতশিংনা সঙ্গীত কৌই হায়নৈ। খরা অমুক পাক্লক তৌবা লোন্দা হায়রগা সঙ্গীত হায়বা ললিত কলা অসি স্বর অমসুং লয়গী মতেংনা ঈশৈ হৈরবা (সঙ্গীতজ্ঞ) শিংনা মখোয়গী থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা লৈম্লবা কূপ্লবা ৱাখল (সুক্ষ্ম ভাব) অদুবু খৌনাউ, যন্ত্র অমদি হকচাংগী শাজৎ-শাথেক কয়ানা ফোংদোক্লকই। মদুবু সঙ্গীত কৌই। মরম অসিদগী 'সঙ্গীত' হায়বা ৱাহৈ অসিদা ঈশৈ শকপা, পুঙ য়ৈবা অমসুং জগোয় শাবা (গীত, বাদ্য অমদি নৃত্য) কলা অহুম অসি পুল্লপ পূনখ্রে হায়বা খঙলে। পণ্ডিত শারঙ্গদেবনা ইবা 'সঙ্গীত রত্নাকর' হায়বা লাইরিক অদুদা মখাগী অসুম্না সঙ্গীতকী পরিভাষা তৌই, শন্দোক্লা তাকই।

**গীত বাদ্যং তথা নৃত্যং ত্রয়ং সঙ্গীত মুচ্যতে**

(সঙ্গীত রত্নাকর)

**ভাবার্থ** (মনুংগী অর্থ) - গায়ন, বাদন অমসুং নৃত্য (ঈশৈ শকপা, পুঙ য়ৈবা অমসুং জগোয় শাবা) অহুম অসিনা পূল্লগা সঙ্গীত ওই।

'সঙ্গীত' হায়বা ৱাহৈ অসি কাঙলুপ খঙনবা (সমুদায় বাচক শব্দ) ৱাহৈনি, মথক্তসু হায়খ্রে,- গীত, বাদ্য অমসুং নৃত্য কলা অহুম্না পূল্লগা সঙ্গীত কৌরে। কলা অহুম অসি মা-মাগী তোঙান-তোঙানবা মায়কৈদা অমদি মরমদা মনীং-মখা তমজরবসু মখোয় মশেল অমনা অমগী অৱাৎ-অপা মেনশিন্নে অমদি মতম লৈবা খিবিক্তা অমগা অমগা তংন-থানা য়াদবা মরী অমা অদুম লৈনৈ, অদুম্নদি ওইরগা গীতনা কলা অহুমসিগী মনুংদা অথোইবনি হায়বদি ঈশৈনা কলা পূম্নমক্তগী অথোইবনি হায়বসি পণ্ডিত পূম্নমক্কী অমত্তা ওইনা য়ানরবা ৱাফমনি। পণ্ডিত শারঙ্গদেবগী 'সঙ্গীত রত্নাকর' দা মখাগী অসুম্না শন্দোক্লা (পরিভাষিত ওইনা) তাকই :-

নৃত্যং বাদ্যানুগং প্রোক্তং বাদ্যং গীতানুবৃত্তি চ।
অতো গীতং প্রধানত্বাদত্রা ১১ দাবভিধীয়তে।।

(সঙ্গীত রত্নাকর)

**ভাবার্থ** (শন্দোকপা লোন্দা) - বাদ্য (পুঙ) না গীত (ঈশৈ) গী মখা পোল্লে, নৃত্য (জগোয়) না বাদ্য (পুঙ) গী মখা পোল্লে অমসুং গীত (ঈশৈ) না পূম্নমক্কী অথোইবনি।

কলা হায়বা পোৎ অসি মীওইবগী থম্মোয়নুংদা থূপ্লুনা লৈখ্রবা কূপ্পবা রাখলশিং (সুক্ষ্ম ভাবনা) অদুবু কোক্তুনা পুথোক্কবা মেঙলবা, থোংলবা অমদি থুম্লবা মহাও চেল্লবা খুৎলাই অমদি পাম্বে অমনি। সঙ্গীত কলাদু ঐখোয়না মতৌ অসুম্না শীংথারবসু য়াই - অসিগুম্বা ফজরবা অমদি মেঙলবা কলা অসি মীওইবগী পুন্সিবু ফজনা শেমদোকপা ঙম্বা পাম্বে অমসুনি। অসিদসু নত্তনা সঙ্গীত কলাদি কাব্যময়নি হায়বদি কাবাগী মশক ওইবনি, মরম অদুনা মসিগী ঈরোন্নুংদা লূপত্রবা মী অদুগী থম্মোয় অদু মতম লৈবা খিবিক্তা 'ভাবময়' রাখলদা উংদুনা লৈ। নুংঙাইবা (আনন্দ) হায়বা পোৎ অসি সঙ্গীতকী মতম কুইনগী নুংশিনরবা মরূপ অমা ওই, মরম অদুনা তাবদবু তাক্নবদি তারিবা মহাক অদু তাইবংগী লূম্লবা পোৎলুমশিং থাদরম্লগা নুংঙাইবগী পম্খে লৈত্রবা শেংলবা, লাইরম্লেনগুম্বা মফমদা অমুক্তং য়ৌখিবা শোয়দ্রে। মরম অসিননি কলা খুদিংমক্কী সঙ্গীত কলানা অথোইবনি হায়রিবসি।

ললিত কলা মখল মঙা শুই মদুদি - সঙ্গীত-কলা, সাহিত্য-কলা, চিত্র-কলা অমসুং বাস্তু-কলা অসিনি। কলা খুদিংমক মীওইবগী থম্মোয়দা থূপ্লা লৈখ্রবা রাখলশিংবু ফোংদোক্রবগী তোঙান-তোঙানবা পাম্বে লৈ মদুদি চিত্র-কলানা চে, তুলি অমদি মখল মখলগী মচুনা, সাহিত্য-কলাগীনা চে অমসুং কলম্মা, মূর্ত্তি-কলানা অপেৎপা লৈপাক্লা অমসুং চরূনচিংবনা, বাস্তু-কলাগীনা নুঙ, ছেনি অমসুং নুঙথংনা পাম্বে ওইনৈ। মতৌ অদুগুম্না সঙ্গীত-কলাগীসু কলাকারশিংনা মখোয়গী ভাবনাশিংদু স্বর অমসুং লয়না পাম্বে ওইদুনা ফোংদোকই।

সঙ্গীত অরাংবা থাক্কী (উচ্চ কোটিগী) কলানি, মঙোন্দা অঙকপা শক্তি অমসু লৈ। হায়নবা লৈ-ঈশৈ অমসুং যন্ত্রগী মখোল তাবদা জঙ্গলগী শামু ফাওবা

মখোঙনা তাল থাদুনা চৎলি অমসুং তোড়ী হায়বা রাগ অদু তাবদা শক্তী শুমহৎলি হায়দুনা তোড়ীবু 'মৃগ রঞ্জনী' সু কৌই। মসিদসু নত্তনা অনাবা মীবুসু ঈশৈনা লায়েংবা য়াই, নুমিৎ খুদিংগী ঈশৈ অমদি যন্ত্র ঔবাইফম মনাক্তা হৌবা পাম্বীশিংনা অতোপ্পা মফমদা হৌবা পাম্বীশিংগা খেন্নবা লৈ। ঈশৈ অমদি যন্ত্রগী মখোল তাবা ফংবা পাম্বীশিংদুদি নোয়-পোল্লি, তগৎ-তগৎ তেকখত্তুনা লৈ। ব্রাফম অসি, য়াম্না থিজিন-হুমজিনবা মীশিংদনা খঙবা ঙমই, সাধারণ মীওইশিংনদি খঙবা ঙমদে। মসিনা তাকপদি কলাশিংগী মনুংদা সঙ্গীত কলানা খ্বাইগী মকোক্তা লৈরে হায়বসিনি। অরিবা যুগতগী হৌনা সঙ্গীত অরাংবা থাক্তা লৈরকই। মতম অমদা দেবর্ষি নারদ মক্তা সঙ্গীতপু ইকায়খুম্নরম্মী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্তা সঙ্গীত উপাসনা তৌরম্মী। মিংচৎ উরোং খিল্লম্লবা মহাকবি অমদি মহাপণ্ডিতশিংনা মখোয়গী নাটক অমদি মহাকাব্যশিংদো সঙ্গীতপু ইরোইনহল্লম্মী। ঈশৈগী নুংশিরবা অমসুং থুম্লবা সুর তারুবদা নীংবা কয়ামুক কায়রবা, লৈখা তারবা থম্মোয় অদুসু অধ্যাত্মিকতা অমসুং ব্রহ্মজ্ঞানগী মশক ওইরবা শান্তি অদু অনুভব তৌবা হায়বদি খঙবা ঙমহল্লি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্তা সঙ্গীতাচার্য নারদ ঋষিদা অসুম্না হায়খি -

**নাহং বসামি বৈকুন্ঠে যোগিনাং হৃদয়ে নচ।**
**মদভক্তা: যত্র গায়ান্তি তত্র তিষ্ঠামি নারদ।।**

(সঙ্গীত কৌমুদী প্রথম ভাগ)

**ভাবার্থ** (হন্দোকপা) - হে নারদ! ঐহাক্তি বৈকুন্ঠদসু লৈতে, যোগিশিংগী থম্মোয়দসু লৈতে, সুপ্পগী ঐগী ভক্তশিংনা সঙ্গীত চর্চা তৌরিবা মফমদুদা ঐ মতম লৈবা খিবিক্তা লৈ।

সঙ্গীতপু থাগৎলদুনা যাঞ্জবাল্ক্য মুনিনা ইরি -

**বীণাবাদনতত্ত্বজ্ঞ : শ্রুতি জাতি বিশারদ**
**তানজ্ঞশ্যাপ্রমাসেন মোক্ষমার্গ চ গচ্ছতি।।**

(যাঞ্জ বাল্ক্য স্মৃতি)

**ভাবার্থ** - বীণা খোংবগী কৃপ্পবা নিয়ম খঙবা, শ্রুতিজ্ঞানবু থোইদোক হেন্দোক্লা খঙবা অমদি তালবু নীংথিনা খঙবা ঙম্লবা মীদুদি অরান-খুভম (মোক্ষ) ফংনবগী লম্বীলদা য়াম্না লায়না চংপা ঙমই।

সঙ্গীত কলাগী মগুণদি হায়বদা লোইনাইদ্রবা মগুণনি। মসিনা মীওইববু 'ব্রহ্মানন্দ' ফংহন্দুনা 'মোক্ষ' অরান-খুভমগী পাম্বৈ অমা ওইরি।

প্রাচীন যুগ হায়বদি অরিবা মতমদা সঙ্গীতজ্ঞশিং অমসুং শাস্ত্রকারশিংনা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতপু মখাগী অসুম্না অনী থোক্লা খায়দোকই।

(১) মার্গী সঙ্গীত

(২) দেশী সঙ্গীত

**মার্গী সঙ্গীত :-** বৈদিক যুগতা ঋষিশিংনা ভগবত প্রার্থনা তৌবা অমদি ব্রহ্মনাদ উপাসনা তৌবদা পূক্লিং অনী লোঙহন্দনা অমসুং একাগ্র ওইহনবদা সঙ্গীততা প্রভাবশালী শক্তি ওইরবা মগুণ অমা লৈ হায়বা খঙলকপদগী সঙ্গীতপু পরমেশ্বর ফংননবগী পাম্বৈ অমা ওইনা খঙনখি। মতমদুগী ঋষিশিংনা ওঁকার শব্দদগী ব্রহ্মনাদ ফংবা ঙমই হায়বা খঙবা ঙমই, সঙ্গীতকী মরুওইবা উদ্দেশ্যসু, থবকসু ব্রহ্মনাদ উপাসনা তৌবনি। অসিগুম্বা সঙ্গীত অসি হকচিন্না কল্লবা নিয়ম্না পুল্লি। মরম অদুদগী ঈশ্বর ফংননবগী সাধন হায়বদি পাম্বৈ ওইরিবা নিয়ম-বদ্ধ সঙ্গীত অদুবু ভরত মুনিনা মার্গী সঙ্গীত কৌখি।

**দেশী সঙ্গীত :-** মতম্না কনাবুসু ঙাইরমদে, সঙ্গীত কলাসু মতুং ইর্নখি, অওনবা লাকখি। মতম মতমদুগী মতুংইন্না সঙ্গীত মখল অনী থোকখ্রে। সঙ্গীত অসি ঈশ্বর ফংননবা থবক থৌরমশিংদা শীঞ্জিন্নবতা নত্তনা মীওইবগী পূক্লিং নুংঙাইহনবা অমসুং মীওইবগী পুন্সিবু শেম্বদা দরকার ওইবা কলা অমসু ওইরে। অদুনা মার্গী সঙ্গীত নত্তবা অতোপ্পা মখলগী সঙ্গীত অমা অমুক সমাজদা কন্না চৎনরে; অদুগুম্বা মখলগী সঙ্গীত অদুবুনা দেশী সঙ্গীত হায়না খঙনখ্রে।

দেশী সঙ্গীতকী মরুওইবা উদ্দেশ্য হায়বদি থবক্তি মীওইবগী পূক্লিং নুংঙাইহনবনি। মী মীগী অপাম্বা অমসুং দেশ-কালগী মতুংইন্না শরু-শোন্নবা ঈশৈদগী দেশী সঙ্গীত ওইরকখি। মসিগী নিয়ম মার্গী সঙ্গীত্তগী খরা কোমথোকই, অমদি মনীং-মখাসু খরা তমই। হৌজিক্কী যুগতদি মার্গী সঙ্গীত্তি মমীংতা ঙায়হৌরে। দেশী সঙ্গীত্তি ভারতকী মফম খুদিংদা চৎনরি। ভারত্তা দেশী সঙ্গীতকী পদ্ধতি অনী চৎনরি, অমনা অৱাং ভারত্তা, ২শুবনা খা ভারতকী চেন্নাই (মদ্রাস), মহিশুর অমদি অন্ধ্র-প্রদেশ রাজ্য অহুমসিদা চৎনৈ।

ভারতকী ওইবা সঙ্গীত পদ্ধতি অসি অনীনি :-

(১) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতি নত্তুগা উত্তরী সঙ্গীত পদ্ধতি

(২) কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতি নত্তুগা দক্ষিনী সঙ্গীত পদ্ধতি

**হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতি :-** হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতি অসি মদ্রাস (চেন্নাই) মহিশুর অমদি অন্ধ্র-প্রদেশ নত্তনা ভারতকী অতৈ মফম খূদিংদা চৎনরি। পদ্ধতি অসিবু উত্তরী সঙ্গীত পদ্ধতিসু কৌই।

**কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতি :-** মসিবু দক্ষিনী সঙ্গীত পদ্ধতি হায়নসু কৌনৈ। মসিনা মদ্রাস (চেন্নাই) মহিশুর অমদি অন্ধ্র-প্রদেশখক্তদা চৎনৈ, ভারতকী অতৈ মফমদদি চৎনদে।

হিন্দুস্তানী অমসুং কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতি অনী অসি হৌরকফমদি অমত্তনি। মখোয়সি তোঙান-তোঙান্না মনীং-মখা তৌনা লৈ, অদুম্নদি ওইরগা মখোয় অনীমক্কী মান্নবা অমদি খেন্নবা খরসু লৈতবা নত্তে।

**মান্নবা (সমান্নতা)**

(১) পদ্ধতি অনী অসি ভারত্তা থায়নদগী হৌনা হায়র্বদি পণ্ডিত শারঙ্গদেবগী তুংদগী চৎনবা হৌখি।

(২) পদ্ধতি অনীমক্তা শুদ্ধ অমদি বিকৃত থারগা সপ্তক অমদা স্বর তরানিথোই লৈ হায়র্বদি সা দগী মথক্কী নি ফাওবদা স্বর ১২ নি হায়না লৌনৈ।

(৩) পদ্ধতি অনীমক্তা সপ্তক্কী শুদ্ধ অমসুং বিকৃত স্বর ১২ দগী থাট পোকই।

(৪) পদ্ধতি অনীমক্তা থাট রাগগী চৎনবী (সিদ্ধান্ত) অসি য়ানৈ, পদ্ধতি অনীমক্তা ঔড়ব, যাড়ব অমসুং সম্পূর্ণনচিংবা রাগগী জাতি মাপল চৎনৈ।

(৫) পদ্ধতি অনীমক্তা আলাপ তৌবদা নে, তা, রী না তোম নোম নচিংবা রাহে কয়া শীজিন্নৈ।

(৬) পদ্ধতি অনীগী শৈ-ওং-শৈদা খরা থায়নগী প্রবন্ধ গায়ন হায়বা ঈশৈসিদগী পোকই। হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগীনা ধ্রুপদ হায়বা শৈওংসি পোকই। কর্নাটকী সঙ্গীত পদ্ধতিগীনা কীর্ত্তন হায়বা ঈশৈ অসি পোকখি।

(৭) পদ্ধতি অনীমক্তা শাস্ত্রীয় সঙ্গীত অমসুং সুগম সঙ্গীত - শৈশক মখল অনীমক চৎনৈ।

হিন্দুস্তানী সঙ্গীতকীনা ধ্রুপদ, ধমার খ্যালনচিংবসি শাস্ত্রীয় সঙ্গীতনি। ঠুমরী, ভজন, গজলনচিংবনা সুগম সঙ্গীতনি। মতৌ অসুম্না কর্নাটকী সঙ্গীত পদ্ধতিদসু কীর্ত্তন, কৃতী অমসুং বর্ণমনচিংবা অসিনা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী থাকনি, অদুগা জাবনী, পদমনচিংবনা সুগম সঙ্গীতকী মনুং চল্লি।

## পদ্ধতি অনীগী খেন্নবা

(১) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত অমসুং কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতি অনীদা শুদ্ধ অমদি বিকৃত স্বরশিংগী মমীং মান্নদে।

(২) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী শুদ্ধ থাটনা বিলাৱল থাটনি। কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতিগী শুদ্ধ থাটনা কনকাঙ্গী থাটনি।

(৩) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী থাট তরানি। অদুনা থাট তরা অসিদা রাগ পুম্নমক য়েনশিল্লি। কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতিগীনা থাট হুম্ফুতরানিথোইনি। তৌইগুম্বসুং চৎনরিবা থাটতি তরামাপল নত্তুগা কুননি। অদুনা কর্ণাটকী রাগ পুম্নমক থাট তরামাপল নত্তুগা কুনদা য়েনশিল্লি।

(৪) আলাপ তৌবা অমসুং স্বর উচ্চারণ তৌবা হায়বদি স্বর হায়বা মতমদা পদ্ধতি অনীদা খেন্নবা লৈ, মান্নদে।

(৫) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা গীতকী তোঙান তোঙানবা ভাগশিংবু স্থায়ী, অন্তরা, সঞ্চারী, আভোগ কৌই। কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতিদা গীতকী তোঙান তোঙানবা ভাগশিংবু পাল্লৱী, অনুপাল্লৱী, চর্ণম্ অমদি চিত্তস্বরম্ কৌই।

(৬) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা ধ্রুপদ, ধমাব, খ্যাল টপ্পা ঠুমরী, তারানা, লক্ষণ গীত, সরগম গীত, চতুরঙ্গ, ত্রিবত, গজল, ভজন, চৈতি, সাৱনী, কজরীনচিংবা গীত মখলশিং চৎনৈ।

কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতিদা কীর্ত্তন, কৃতী, ৱর্ণম, তেররম, পদম, জাৱলী, তিল্লানানচিংবা গীত মখল চৎনৈ।

(৭) হিন্দুস্তানী তাল পদ্ধতিদা তাল খুদিংমক খালী অমসুং ভরী লৈ হায়বদি তাল থাকম অমসুং হায়দোকফম খায়না লৈ।

কর্ণাটকী তাল পদ্ধতিদা ভরী গুাক্তা লৈ, খালী লৈতে হায়বদি তাল থাকম গুাক্তা লৈ হাইদোকফম লৈতে।

(৮) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী রাগ খরদি শকপা অমদি যন্ত্রদা খোংবা মতমদা অতোপ্পা রাগগী মমি তাহন্দুনা তাবা মতমদা অতাবা মীগী পুক্লিং শুমহৎনীংঙাই ওইরবা স্বর সঙ্গতি কয়ামুক থোকহল্লি। তৌইগুম্বসুং কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতিদদি মদুগুম্না খক তৌদে।

(৯) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা 'ম' অনী য়াওবা রাগ লৈবতা নত্তনা 'ম' অনী থংন-থংননা শীজিন্নবা রাগসু লৈ, মদুদি বেহাগ, কেদার, পুর্বী, ললিত্নচিংবা অসিনি।

কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতিদা মদুগুম্বা রাগ করিগুম্বদসু লৈতে।

(১০) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী রাগশিংদি শকপা অমদি খোংবা মতমদা শৈশকপা অমদি অখোংবশিংনা অনৌ অনৌবা স্বর সঙ্গতি কয়ামুক্কী মতেংনা য়ামদ্রবদা পুং অমদগীদি তাদনা মতম লৌই।

কর্ণাটকী সঙ্গীত পদ্ধতিদদি মদুগুম্না তৌদে। রাগ অমা শকপা-খোংবদা মিনিট্ তরামঙারোমদমক চঙই অমদি পুং অমদা রাগ মরি মঙারোম শকপা, খোংবা ত্তমই।

# নাদ

ঐখোয়না নাকোংদা করিগুম্বা মখোল খরা তায় । তারিবা খোঞ্জেল হায়বদি মখোল অদুবু সঙ্গীত্তদি ধ্বনি হায়রগা খঙনৈ, সঙ্গীতকা মরী লৈনরিবসু ধ্বনিনি ।

ধ্বনিবু অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই, - ক্লাক্লা খোংবগী মখোল, মমানা মচা থেম্বগী 'হুম খোঞ্জেল' । ক্লাক্লা খোংবগী মখোলদি তাবদা য়াকই, নুংশিদে, মমাগী 'হুম' খোঞ্জেলদি তাবদা থুমই, নুংশি । সঙ্গীতকা মরী লৈনরিবসু তাবদা থুম্বা অমদি নুংশিবা খোঞ্জেল অদুগনি ।

## ধ্বনিনা পোকপা মখোল থোক্লকপা

মখোল থোক্লকইবসি কম্পন তৌবদগীনি হায়বদি নীকপদগীনি । শম্না হায়রবদা তানপুরা, সিতারনচিংবা যন্ত্রগী তারশিং অদু খুৎনা খৎলুবা অমদি থেংলুবদা কম্পন তৌরকই, নীক্লকই, মদুদগী মখোল থোক্লকই । মখোল থোক্লিবা তার অদু মুন্না য়েংলবদি মথক্তা অমুক মখাদা অমুক হাইরগা নীকপা উর্গনি । করিগুম্বা কম্পন তৌরিবা তার অদু শোক্লুরবদি মখোল থোক্লম্বদু লেপখিনি, নীক্লম্বা কম্পন তৌরম্বদুসু তোকখিনি ।

মখোল থোকহন্নবগীদমক্তা করিগুম্বা পোৎ অমবু নীকহনবা তাই হায়বসি মথক্তা হায়রিবসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলে । মখোল থোক্লবা নীক্লিবা কম্পন তৌরিবা অদুবু সঙ্গীত্তা আন্দোলন (Vibration) কৌই । মতৌ অসুম্না মতম খরা আন্দোলন মথং মথং তৌরম্লগা মুৎখি । করিগুম্বা মখোল অমগী আন্দোলন মশীং অদু চাং নাইরবদি মদুবু নিয়মিত আন্দোলন কৌই । অদুগা আন্দোলন অদুনা সেকেণ্ড খুদিংগী হোংদোক-হোংজিন তৌদুনা চাং নাইদ্রবদি মদুবু অনিয়মিত আন্দোলন কৌই । মথক্তসু হায়খ্রে তানপুরা অমদি সিতারগী তারশিং অদু খুৎনা খৎপা মতমদা নীক্লকইবা, কম্পন তৌরকইবা অদুবু সঙ্গীত্তা আন্দোলন (Vibration) হায়রগা খঙনৈ ।

## স্থির আন্দোলন অমদি অস্থির আন্দোলন

করিগুম্বা মখোলনা মতম খরা ফাওবা লেপ্তুনা ঙংদুনা লৈ, মদুবু স্থির আন্দোলন হায়বদি অরেপ্পা আন্দোলন কৌই। করিগুম্বা মখোলনা থোক্লকপগা খুদক্তা হেক্তা তোকখি, মদুবুনা অস্থির আন্দোলন হায়বদি লেপ্তবা আন্দোলন হায়না কৌই। তানপুরা অমদি সিতারদগী থোক্লকপা মখোলদি মতম শাংনা কুইনা ঙংদুনা লৈ। উ-মকক অনী থেংজিন্নবা অমদি নুঙ মতেক অনী য়ৈশিন্নবদগী থোক্লকপা মখোলদি মখোল থোক্লকপগা লেপখিবগা মান্নে। মতৌ অসুম্বা মখোল খোঙ্থোক অনী অসি খেন্নে।

চাং নাইবা হায়বদি নিয়মিত ওইবা স্থির আন্দোলন্দগী থোক্লকপা মখোল অদুবু সঙ্গীতোপয়োগী নাদ হায়বদি সঙ্গীত্তা চন্নরবা মখোল 'নাদ' কৌই। নিয়ম নাইদবা, অরেপ্পা লৈত্তবা অস্থির আন্দোলন্দগী থোক্লকপা মখোল অদুবুনা সঙ্গীতানুপয়োগী নাদ, সঙ্গীত্তা চন্নদবা চরাঙনবা মখোল কৌই। সঙ্গীত্তা শীজিন্নরিবা মখোল 'নাদ' দি সুপ্নগী নাকোংনা তাবদা নুংশিবা অমদি অথুম্বা অদুখক্তনি। মসি নত্তবা চরাঙনবা মখোলশিংদি সঙ্গীতকা মরী লৈনদে। মরম অসিনা ঐখোয়না নাকোংনা তাবা ফংবা মখোল খুদিংমক 'নাদ' নি হায়বা য়াদে।

নাদ কদায়বু কৌবগে? সুপ্নদগী সঙ্গীত্তা শীজিন্নরিবা অমদি শীজিন্নবা য়াবা মখোল অদুখক্তংবু 'নাদ' হায়না কৌনৈ। সঙ্গীত্তা 'নাদ' য়াম্না মরু ওই। কবি লোচননা 'নাদ' অসি য়াম্না মরুওইবা পোৎনি হায়বগী মরমদা মহাক্না ইরম্বা 'রাগতরঙ্গিনী' হায়বা লাইরিক্তা মখাগী অসুম্না ইরি -

**ন না দেন বিণা গীতং ন না দেন বিণা স্বর।**
**ন না দেন বিণা জ্ঞানং ননা দেন বিণা শিবঃ।।**

(রাগ তরঙ্গিনী)

**ভাবার্থ :-** নাদ নত্তনা স্বর পুথোকপা য়াদে, নাদ নত্তনা ঈশৈ পুথোকপা য়াদে, নাদ নত্তনা জ্ঞান ফংবা ঙমদে, অমদি নাদ নত্তনা কল্যান, মঙ্গল হায়বদি অফবা ওইবা ঙমদে।

নাদ মখল অনী থোক্লা খায়দোকই - (১) অনাহত, (২) আহত নাদ

### (১) অনাহত নাদ :-

মখোল থোক্লকুবা করিগুম্বা অমত্তা তৌরূদনা মথন্তনা মখোল থোক্তুনা লৈজরবা অমদি প্রকৃতিগী পোৎলম খুদিংদা তিন্দুনা অমদি শব্দোক্তুনা লৈজরম্লবা মখোল অদুবু অনাহত নাদ কৌই। বৈদিক যুগতা মুনি ঋষিশিংনা 'মোক্ষ প্রাপ্তি' অরান খুভম ফংননবগীদমক ব্রহ্মগী মশক ওইরবা ব্রহ্ম নাদবু উপাসনা তৌরম্মী, নীংনরম্মী। কনাগুম্বা পণ্ডিতনা মসুম্লসু হায় - নাকোং অনী খুপাক্লা মেনশিল্লগা থম্বদা ভুং ভুং লাউবা মখোল অমা থোক্লকই, মদু অনাহত নাদ হায়বদুনি।

### (২) আহত নাদ :-

করিগুম্বা পোৎ অনী থেংনবা অর্মদি তক্রুবদগী থোক্লকপা মখোল অদুবু আহত নাদ কৌই। সিতারগী তারদা মিজরাপনা খৎপদগী থোক্লকপা মখোল, খুৎনা তারপুরাগী তারদা কাপ্পদগী থোক্লকপা মখোল অমদি এসরাজ, সারঙ্গী, বেহলা, পেনানচিংবদা চৈজিংগুম্বনা লেনবদা থোক্লকপা মখোলশিংদুবু আহত নাদ কৌই। অসিগুম্বা নাদ অসিনি থোইদোক্লা সঙ্গীত্তা শীজিন্নরিবসি।

নাদগী মগুণ-মশক মখল অহুম শুই। (১) নাদগী অপীকপা, অচৌবা মওং (২) নাদগী অৱাংবা অমসুং অনেম্বগী মওং (৩) নাদগী জাতি-শাগৈ নত্রগা মগুণ

### (১) নাদগী অপীকপা অমসুং অচৌবা মখল :-

করিগুম্বা মখোলনা পীক্লা থোকই, করিগুম্বা অমগীনা য়াম্লা হৌনা থোকই হায়বসি ঐখোয়গী নুমিৎ খুদিংগী পুন্সিদা ইতত্তনা থেংনরবা রাফম্নি। পিশক পীক্লা থোকপা সঙ্গীত্তা চন্নগদবা নুংশিবা মখোল অদুবু অপীকপা নাদ কৌই। হৌনা থোকপা অমদি সঙ্গীত্তা চন্নগদবা, তাবদা নুংশিবা মখোল অদুবুনা অচৌবা নাদ কৌই। সিতার নত্রগা তানপুরাগী তারশিংদু খুৎনা তপ্লা থেংলবদি অনকপা, অতেনবা মফম ফাওবদমক তাবা ফংই, অদুগা চৈথেং কন্না থেংলবদি অথাপ্লা মফম ফাওবা তাবা ফংই। মসিগী মরুওইবা মরমদি তারশিং অদু খুৎনা তপ্লা থেংলবদি মখোয়না পীক্লকপা, আন্দোলন তৌরকপা মতমদা য়াম্লা পাক-চাউদে, পিশক পীকপা মখোল থোকই, অদুগা তারশিংদু চৈথেং কন্না থেংলবদি মথক্লা মখাগা ইপাক পাক্লা হাইবা উই অমদি মখোল অদু চাউরকই, হৌরকই। অদুনা

অহানবা মখলগী মখোল অদুবুনা 'নাদ মচা' কৌই, অনীশুবদুবুনা 'নাদ অচৌবা' কৌই।

### (২) নাদগী অৱাংবা অমদি অনেম্বগী মওং :-

কনাগুম্বনা ঈশৈ শকপদা শক্লিবা মীদুগী মখোল অদু নেম্মী নত্ত্রগা ৱাংই হায়বদু ঈশৈ তম্লিবা ছাত্রগীদমক্তদি নুমিৎ খূদিংগী তাদুনতা লৈরবনিনা হেক্তা খঙবা ঙমই। কনাগুম্বা ছাত্র অমনা সা রে গ হায়না লাউবদা সা দগী রে না ৱাংই, রে দগী গ না ৱাংবা হেল্লি হায়বসি খঙবা ঙমই। মতৌ অসিবু সঙ্গীত্তা অৱাংবা নাদ হায়না খঙনৈ। অদুগা গ দগী রে অমসুং সা ফাওবা কূমথরকপা অসিবুনা অনেম্মা নাদ হায়না কৌই।

নাদ মখোলগী অনেম অৱাং নাইরিবসিদি সেকেণ্ড খূদিংদা ওইরিবা (পীরিবা) নাদ অদুগী আন্দোলন (Vibration) শিংদুগী মশীংগী মখা পোল্লি, মরমদি আন্দোলনগী মশীং অদুনা য়ামখৎলক্লিবা মখৈ নাদ অদু ৱাংখৎলকই। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা আন্দোলন (Vibration) মশীংনা য়ামদ্রবদা 'নাদ' গী মখোলসু নেমথরকই। খূদম ওইনা - প গী আন্দোলন মশীংনা সা গী আন্দোলন মশীংদগী য়ামই, মরম অদুনা সা দগী প না ৱাংই। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা সা গী আন্দোলন মশীংনা প গী আন্দোলন মশীংদগী হন্থ্রে হায়বদি য়ামদে, মরম অদুনা প দগী সা না নেমই। নাদ গী অসিগুম্বা মওং-মতৌ অসিবু সঙ্গীত্তা নাদগী মগুণ হায়না কৌই।

### (৩) নাদগী জাতি (কাঙলুপ) অমসুং মগুণ :-

ঐখোয়না মশক-মশা থোইদোক্না য়েংলুদ্রবসু রেডিওনচিংবদা খোংলকপা যন্ত্রশিংদু মখোল তাবতদা করম্বা যন্ত্রগী মখোলনো হায়বদু হেক্তা খঙবা ঙমই, হারমোনিয়মনি, সিতারনি, তানপুরানি, বেহলানি তবলানি হায়বসি মখোলসিংদুদগী খন্দোক-খঞ্জিন তৌদুনা হায়বা ঙমই। ঈশৈ তাবদসু নুপীগী খোঞ্জেলনি নত্ত্রগা নুপাগী খোঞ্জেলনি হায়বদুসু খঙবা ঙমই। অসুম্না মখোলশিংবু তোঙান তোঙান্না খাইদোকপা ঙম্লিবা অসিবু সঙ্গীত্তা নাদগী জাতি অমদি মগুণ হায়না কৌই।

# শ্রুতি

সঙ্গীত্তা চন্নগদবা হায়বদি শীজিন্নবা য়ারবা, মদুবু হেক তাবদা নুংশিরবা অমদি থুন্নবা মখোল 'নাদ' শিং অদুবু শ্রুতি কৌই।

'অভিনবরাগমঞ্জরী' কৌবা সঙ্গীতকী লাইরিক্তা মথাগী অসুম্না হায়রি-

**নিত্যং গীতোপগিত্বমর্ভিজ্ঞমত্বমপ্যুত।**

**লক্ষ্যে প্রোক্তং সুপর্যাপ্তং সঙ্গীত শ্রুতি লক্ষনম্॥**

**ভাবার্থ** - ঈশৈদা শীজিন্নবা য়ারবা মখোল অমসুং অমগা অমগা তোঙান-তোঙান্না শেংনা খঙবা ঙম্লবা নাদশিং অদুবু শ্রুতি কৌই।

শ্রুতিগী অর্থ অসি ঐখোয়না অকক্লবা মওংদা মথক্কী অসুম্না বিচার তৌবা য়াই।

সপ্তক অমগী মনুংদা মশীং থিঙ্ডমদ্রবা নাদ কয়া য়াওই, মখোলশিং অদুগী অমগা অমগা খেন্নবা অৱাংবা, অনেম্বা লৈ, অদুবু মশীং লাকঙমদ্রবা 'নাদ' মখোলশিং অদুবু মশক খঙনা শীজিন্নদুনা শকপা, খোংবা ঙম্বা হায়বসিমদি ওইথোক্তে। মরম অসিদগী থায়নগী শ্রাস্ত্রকারশিংনা পূন্নমক্কী ওইবা অৱেপ্পা মত অমা লৈখ্রে। মত অদুগী মতুংইন্না সপ্তক অমগী মনুংদা মশক মুন্না খঙলবা, খঙবা ঙম্লবা খৌনাউ অমদি যন্ত্রদা শীজিন্নবা য়ারবা নাদ ২২ খক খন্দোক্রে। মখোয়শিংদু অমগা অমগা খেন্নবসু খঙবা ঙম্লে। শাস্ত্রকারশিংনা নাদ ২২ অসিবু শ্রুতি হায়না কৌরে। মতৌ অসুম্না মশীং লাকঙমদ্রবা নাদগী মনুংদা শুপ্পগী নাদ ২২ খক্তং খল্লগা শ্রুতি হায়না মমিং থোল্লি। শ্রুতি খুদিংমকপুদি নাদ কৌবা য়াই, অদুগা নাদ খুদিংমকপুদি শ্রুতি কৌবা য়াদে। নাদ হায়বা অসিদি য়াম্না কূপ্পা মওংনি। শ্রুতিনা নাদদগী চাউখৎলক্তুনা স্বর ওল্লি, মসিনি নাদ অমদি শ্রুতি অনীগী খেন্নবা মওং।

# স্বর

স্বরগী পরিভাষা হায়বদি শব্দোকপা অর্থদি সঙ্গীত্তা শীজিন্নবা য়ারবা মশা মথন্ত লেঙদনা কনাগী মতেং য়াওদনা লৈরবা, তাবদা পুক্নিং হূরবা নাদ (মখোল) অদুবু স্বর কৌই

**স্বয়ং যো রাজতে নাদ : স স্বর পরিকর্চিতা: ।**

(সঙ্গীত দর্পন)

**ভাবার্থ :**- খুৎশেম য়াওদনা মথন্তা ফজববা অমসুং তাবদা থুম্নবা মখোল অদুবু স্বর কৌই ।

**শ্রুত্যানন্তরভাবী স: স্নিগ্ধোয্যানুরন নাত্মক**
**স্বতোরঞ্জয়তি শ্রোতৃচিত্তং স স্বর উচ্যতে ।।**

(সঙ্গীত রত্নাকর)

**ভাবর্থ :**- শ্রুতিগী হেক মথংদা, নুংশিরবা মখোল অদুনা মতম খরা ফাওবা লেপ্তুনা, ভুংদুনা লৈবা, অমদি করিগুম্বা পোৎ অমগী মতেং লৌদনা থোক্লিবা থুম্নবা মখোল অদুবু স্বর কৌই ।

মথক্তা হায়রিবা স্বরগী পরিভাষাশিংদগী ঐখোয়না খঙবদি স্বরগী থাক য়ৌরক্নবা মখোল হায়বদি 'নাদ' অদু সঙ্গীত্তা শীজিন্নবা য়ারবা মখোল হায়বদি মফম লেঙদনা লৈবা, তাবদা অত্তাবশিংগী পুক্নিং হূবা মখোল ওইগদবনি হায়বসিনি ।

অরিবা অমদি অনৌবা যুগকী গ্রন্থকারশিংনা মত অমত্তা ওইনা য়ানরবা শ্রুতি ২২ দা শুদ্ধ অমদি অমসুং বিকৃত স্বর ১২ গী মওং-মতৌ শেমগৎ-শাগৎলি । শুদ্ধ স্বর ৭ কী মমীং ষড়জ ঋষভ, গন্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত, নিষাদ কৌই, মখোলগী অশম্বা মিংদি সা রে গ ম প ধ নি কৌই । স্বর ৭ অসিবু মফম লেঙহন্দনা, মশক হোংহন্দনা থম্মনবগীদমক্তা, থায়নগী অমদি হৌজিক্কি

পণ্ডিতশিংনা শ্রুতি ২২ বু শুদ্ধ ৭ তা, মখাদা হায়রিবা, পূম্নমক্তা য়ানরবা নিয়মসিগী মতুংইন্না য়েঙ্খোকই।

**চতুশ্চতুশ্চতুশ্চৈব ষরজমধ্যমপঞ্চমা :**
**দ্বে দ্বে নিষাদগান্ধারৌ ত্রিস্ত্রী ঋষভ ধৈবতৌ ।।**

(সঙ্গীত রত্নাকর)

**ভাবার্থ :**- ষড়্জ, মধ্যম, পঞ্চম স্বর ৩ অসিনা শ্রুতি ৪-৪ না ওইরে, নিষাদ গান্ধার স্বর ২ অসিনা শ্রুতি ২-২ না ওইরে, ঋষভ, ধৈবত স্বর ২ সিনা শ্রুতি ৩-৩ না ওইরে। মথক্তা হায়বিবা থায়নদগী হৌনা চৎনরক্লবা পরম্পরাগী ওইবা নিয়ম অসি পণ্ডিত খ্বদিংমক্না হৌজিক ফাওবা ঙাক্লা চৎলি। গ্রন্থকারশিং অসি মখাগী অসুম্না অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই, মদুদি -

(১) শতাব্দী ১৫ গী মমাঙগী পণ্ডিতশিং - ভরত অমসুং শারঙ্গদেব

(২) শতাব্দী ১৫ দগী ১৮ ফাওবদা লৈরম্বা পণ্ডিতশিং - কাব লোচন, পণ্ডিত অহোবল, হৃদয় নারায়ণ, অমদি পণ্ডিত শ্রীনিবাস

(৩) শতাব্দী ১৯ দগী ২০ শুবা ফাওবদা লৈরম্বা পণ্ডিত বিষ্ণু নারায়ণ ভাতখণ্ডে।

মথক্তো হায়রিবা 'চতুশ্চতুশ্চতুশ্চৈব' গী নিয়ম অসি যুগ ৩ গী পণ্ডিতশিংনা ঙাক্লা চৎলি। তৌইগুম্বসুং স্বর স্থাপনা তৌবা হায়বদি স্বরশিং অসি শেমগৎ-শাগৎপা মতমদদি খেন্নে। অরিবা অমসুং ময়ায় ওইবা যুগকী পণ্ডিতশিংগা অনৌবা যুগকী পণ্ডিতশিংগা শ্রুতিগী মশীংদা পারিবা স্বরশিংগী থম্ফম মান্নদে। অরিবা অমসুং ময়াই ওইবা যুগকী পণ্ডিতশিংগী শুদ্ধ স্বরশিংদি শ্রুতিগী অরোইবা মশীংদা থম্মী। অদুগা অনৌবা যুগকী পণ্ডিতশিংগী শুদ্ধ স্বরশিংদি শ্রুতিগী অহৌবা মশীংদা থমই। খুদম ওইনা, অরিবা অমদি ময়াই ওইরবা যুগকী গ্রন্থকারশিংগীনা সা না ৪শুবা শ্রুতিদা, রে না ৭শুবদা, গ না ৯শুবদা, ম না ১৩শুবদা প না ১৭শুবদা, ধ না ২০শুবদা নি না ২২ শুবদা থমই। অনৌবা যুগকী গ্রন্থকারগীনা শ্রুতিগী অহৌবা মশীংদা থমই মদুদি সা না অহানবদা, রে না ৫শুবদা, গ না ৮শুবদা, ম না ১০শুবদা, প না ১৪শুবদা ধ না ১৮শুবদা অমসুং নি না ২১শুবদা থমই।

থায়নগী পণ্ডিতশিংগী শ্রুতি অমদি স্বরগী লৈফম অমদি মফম মখাগী অসুম্না পীরি। মদুদি -




অনৌবা যুগকী পণ্ডিত কী স্বর স্থাপনা হায়বদি শ্রুতি অমসুং স্বরগী লৈফম-মফম মখাগী অসুম্না পীরি।



# অরিবা অনৌবা শ্রুতি স্বর চাংদম্নবা

**থায়নগী পণ্ডিতশিংগী শ্রুতি স্বরগী লৈফম**

| নম্বর | শ্রুতি মমিং | স্বর মমিং |
|---|---|---|
| ১ | তীব্র | |
| ২ | কুমুদ্বতী | |
| ৩ | মন্দা | |
| ৪ | ছন্দোবতী | সা |
| ৫ | দয়াবতী | |
| ৬ | রঞ্জনী | |
| ৭ | রক্তিকা | রে |
| ৮ | রৌদ্রী | রে |
| ৯ | ক্রোধী | গ |
| ১০ | বজ্রিকা | |
| ১১ | প্রসারিনী | |
| ১২ | প্রীতি | |
| ১৩ | মার্জনী | ম |
| ১৪ | ক্ষিতি | |
| ১৫ | রক্তা | |

**অনৌবা মতমগী পণ্ডিতশিংগী শ্রুতি স্বরগী লৈফম**

| নম্বর | শ্রুতি মমিং | স্বর মমিং |
|---|---|---|
| ১ | তীব্র | সা |
| ২ | কুমুদ্বতী | |
| ৩ | মন্দা | |
| ৪ | ছন্দোবতী | |
| ৫ | দয়াবতী | রে |
| ৬ | রঞ্জনী | |
| ৭ | রক্তিকা | |
| ৮ | রৌদ্রী | গ |
| ৯ | ক্রোধী | |
| ১০ | বজ্রিকা | ম |
| ১১ | প্রসারিনী | |
| ১২ | প্রীতি | |
| ১৩ | মার্জনী | |
| ১৪ | ক্ষিতি | প |
| ১৫ | রক্তা | |

| নম্বর | শ্রুতি মমিং | স্বর মমিং | নম্বর | শ্রুতি মমিং | স্বর মমিং |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৬ | সন্দীপিনী | | ১৬ | সন্দীপিনী | |
| ১৭ | আলাপিনী | 'প' | ১৭ | আলাপিনী | |
| ১৮ | মদন্তী | | ১৮ | মদন্তী | 'ধ' |
| ১৯ | রোহিনী | | ১৯ | রোহিনী | |
| ২০ | রম্যা | 'ধ' | ২০ | রম্যা | |
| ২১ | উগ্রা | | ২১ | উগ্রা | 'নি' |
| ২২ | ক্ষোভিনী | 'নি' | ২২ | ক্ষোভিনী | |

মথক্কী চাংদম্নরিবা অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ভন্নিবদি অনৌবা যুগকী পণ্ডিতকী শ্রুতি-স্বর লৈফমগা থায়নগী পণ্ডিতশিংগী শ্রুতি-স্বর লৈফমগা অনী খেন্নবে হায়বসিনি। মসিগী মরমদি থায়নগী পণ্ডিতশিংগী শুদ্ধ স্বর খৃদিংমক শ্রুতিগী অরোই-অরোইবা মশীংদা থমই, অদুগা অনৌবা যুগকী পণ্ডিতকী শুদ্ধ স্বর খৃদিংমক শ্রুতিগী অহৌবা মশীংদা থমই।

# সপ্তক

**সপ্তক :**- স্বর ৭-৭ না শাবা স্বর কাঙলুপ অমমম্বু সপ্তক হায়না খঙনৈ। সা রে গ ম প ধ নি হায়বা স্বর ৭ অসি ঐখোয়না চীন্দা মথং-মনাও কায়দনা হায়বা নত্তগা যন্ত্রদা খোংবা নত্তগা ইরবদি মদুবু সপ্তক অমা হায়না কৌই। খোঙ্খোক্কী অনেম-অৱাং মতুংইন্না নাদ স্থান হায়বদি খোঙ্খোকফম অসি অহুম থোক্না খায়দোকই, মদুদি (১) মন্দ্র সপ্তক, (২) মধ্যম সপ্তক (৩) তার সপ্তক। মসিদসু নত্তনা অনেম্বদা, অৱাংবদা সপ্তক কয়ামুক শেম্বা য়ারি অদুবু মীওইবগী খৌনাউনদি হায়বা শুম্বগী ৱাংমদা লৈব্রে। বাদ্য যন্ত্রদদি খরা মখে শীজিন্নবা শুমই।

**প্রথমং সপ্তকং মন্দ্রং দ্বিতীয়ং মধ্যম স্থাতম।**
**তৃতীয়ং তারসংজ্ঞং স্যাদেবং স্থানত্রয়ং মতম।।**

(অভিনবরাগমঞ্জরী পৃ: ৪)

**ভাবার্থ :**- অহানবা সপ্তকপু মন্দ্র সপ্তক, অনীশুববু মধ্যম সপ্তক অহুম শুববুনা তার সপ্তক কৌই।

মন্দ্র সপ্তক :- সপ্তক অসিগী স্বর শিংদি মধ্য সপ্তককী স্বরশিংদুগী শরূক অনী নেমথৈ। অদুনা সপ্তক অসিবু মন্দ্র সপ্তক কৌই।

মধ্য সপ্তক :- সপ্তক অসিগী স্বরশিংদি মন্দ্র সপ্তক্তগী শরূক অনী হেন্না ৱাংই।

**তার সপ্তক :**- তরা সপ্তক্কী স্বরশিংনা মধ্য সপ্তককী স্বরশিংদগী শরূক অনী হেন্না ৱাংই।

সপ্তক অহুম অসিগী স্বরশিং ইবা মতমদা মখাগী অসুম্না ইগনি-

মন্দ্র সপ্তক্কী স্বরশিং - সা় রে় গ় ম় প় ধ় নি়
মধ্য সপ্তক্কী স্বরশিং - সা রে গ ম প ধ নি
তার সপ্তক্কী স্বরশিং - সাঁ রেঁ গঁ মঁ পঁ ধঁ নিঁ

**শুদ্ধ স্বর :-** মশাগী লৈফম থোকপা মফমদুদা লেঙদনা অদুম লৈবা, শকফম কায়দবা স্বরশিং অদুবু শুদ্ধ স্বর কৌই, মখোয় অদুদি - 'সা রে গ ম প ধ নি' অসিনি। হায়রিবা শুদ্ধ স্বর ৭ কী মনুংদা সা অমদি প স্বর অনী অসিদি লেঙদবা, অরেপ্পা শকফম কায়দবা হায়বদি অবিকৃত, অচল অমদি প্রাকৃত স্বর কৌই। স্বর অনী অসিদি মখোয়গী লৈফমদগী করিগুম্বা মতমদসু মফম লেঙদ্রে।

**বিকৃত স্বর :-** শকফম হোংবা নত্ত্রগা কায়বা স্বরবু বিকৃত স্বর হায়না কৌই। শুদ্ধ স্বর ৭ কী মনুংদা সা অমদি প নত্তনা লেমহৌরিবা স্বর ৫ হায়বদি 'র গ ম ধ নি' মখোয় ৫সিদি মখোয়গী লৈফমদগী খর-খরা নেমথরকপা অমদি ৱাংখৎলকপা মতম য়াওরকই, মতম অদুদা মখোয়সিবু বিকৃত স্বর হায়না কৌই।

**কোমল বিকৃত :-** কোমল হায়বদি অমেঙবা, অথোৎপা হায়বনি। রে গ ধ নি স্বর ৪ অসিনা মখোয়গী লৈফমদগী নেমথরক্তুনা বিকৃত স্বর শেমই, মদুবু কোমল বিকৃত স্বর হায়না কৌই।

**তীব্র বিকৃত :-** তীব্র হায়বদি অয়াকপা নত্ত্রগা অকনবা স্বর হায়বনি। করিগুম্বা ম স্বরনা মাগী হান্নগী লৈফমদগী ৱাংখৎলগা বিকৃত স্বর শেমই, মদুবু তীব্র বিকৃত স্বর হায়না কৌই।

স্বরশিংগী মনুংদা সা অমদি প স্বর অনীসিদি মতম লৈবা খিবিক্তা মখোয়গী লৈফমদগী লেঙদনা অদুম লৈ হায়বসি মথক্তসু পনখ্রে। মরম অদুনা মখোয়গী মমিংবু অরেপ্পা, 'প্রাকৃত স্বর' হায়না কৌরে, অদুগা লেমহৌরিবা ৫, রে গ ম ধ নি হায়বা স্বরশিং অসিদি মখোয়গী লৈফমদগী নেমথরকপা অমসুং ৱাংখৎলকপা নাইবা মরম্না মখোয়সিবু বিকৃত স্বর কৌই হায়খ্রে। তশেংনমক্তি রে গ ধ নি স্বর মরিসিদি মখোয়গী হান্নদগী লৈবক্কবা মফমদগী লেঙদনা লৈরিবঙৈ মতমদদি তীব্র স্বর হায়না কৌই, অদুগা মখোয়গী লৈফমদগী খরা চৎথরক্তুনা খোঙ্খোক্তা নেমথবক্কবদি মখোয়বু কোমল স্বর হায়না কৌগনি। 'ম' স্বর অসিদি মশাগী লৈফম অসি হান্নদগী হৌনা খরা চৎথনা অমদি নেমথনা লৈবনীনা কোমল স্বর কৌই। অদুগা মশাগী লৈফমদগী খরা চৎখৎনা লৈববদি তীব্র স্বর হায়না কৌগনি। 'ম' স্বর য়াওদনা লেমহৌবা স্বরশিং অসি তীব্র স্বর কৌরে হায়বগী শুদ্ধ স্বর হায়বনি। 'ম' স্বরনা মাগী লৈফম অসি খরা নেমথনা লৈবদগী কোমল স্বরনি হায়রবসু শুদ্ধ স্বর হায়বগী অর্থদা লৌই।

সপ্তক অমদা শুদ্ধ অমসুং বিকৃত অমদি তীব্র অমসুং কোমল স্বর পুল্লপ পুনশিল্লগা স্বর ১২ লৈ, মখোয় অদুদি -

সা রে রে গ গ ম র্ম প ধ ধ নি নি

অসিগুম্বা স্বর ১২ সিদা ঈশৈ শকপা খোংবনচিংবা কয়াসি তৌই।

শুদ্ধ স্বরশিং ইবা মতমদা খূদম অমত্তা হাপ্তে। কোমল স্বর ইবা মতমদা স্বরশিংগী মখাদা ড্যাস (-) হাপই, মসিনা স্বরশিংদু কোমল স্বরনি হায়বা খঙহল্লি। 'ম' তীব্র ইবা মতমদদি 'ম' গী মকোক্তা লৈই অমা চিংথৈ-খূদম র্ম। কোমল স্বরশিংগীনা - রে গ ধ নি অসুম্না ইগনি।

শ্রুতি অমদি স্বর অনীগী মরক্তা খেন্নরিবনা কদায় ফাওবনো, নক্লরিবনা কদায় ফাওবনো হায়বগী ভরত মুনিনা পুথোক্লম্বা শ্রুতি ২২ গী মমিং পরেং অমা মখাদা পীরি, হায়রিবা শ্রুতি ২২ অসি অরিবা অমদি অনৌবা পণ্ডিত খূদিংমক্না য়ানরবনি, মখোয় অদুদি -

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ | তীব্র | ১২ | সন্দীপনী |
| ২ | কুমুদ্বতী | ১৩ | আলাপিনী |
| ৩ | মন্দা | ১৪ | বজ্রিকা |
| ৪ | ছন্দোবতী | ১৫ | প্রসারিনী |
| ৫ | দয়াবতী | ১৬ | প্রীতি |
| ৬ | রঞ্জনী | ১৭ | মার্জনী |
| ৭ | রক্তিকা | ১৮ | মদন্তী |
| ৮ | রৌদ্রী | ১৯ | রোহিনী |
| ৯ | ক্রোধী | ২০ | রম্যা |
| ১০ | ক্ষিতি | ২১ | উগ্রা |
| ১১ | রক্তা | ২২ | ক্ষোভিনী |

শ্রুতিশিং অসিদা স্বরনা লৈরবদি লৈরিবা শ্রুতিশিং অদু শ্রুতি কৌদনা স্বর হায়না কৌরগনি, অদুগা লেমহৌরিবা নাদ (শ্রুতি) শিংদুনা শ্রুতি হায়না অদুম খঙনগনি। খূদম ওইনা হায়রবদা, সঙ্গীতজ্ঞশিংগী মত মতুংইন্না রাগ বাগদা

শীজিন্নরিবা কোমল নি (নি) অসি মশক মান্নরবসু মখোয়গী লৈফম শ্রুতিদি মান্নদে। রাগ মালকৌস অমদি ভীমপলাসীদা কোমল নিষাদ শীজিন্নে। অদুবু মশক মান্নরবসু লৈফম মান্নদে, শ্রুতি অমা খেন্নে। মালকৌসদা শীজিন্নরিবা নি কোমল (নি) অসিনা রোহিনী হায়বা শ্রুতি অদুদা লৈ, শুদ্ধ ধ না লৈরিবা ১৮শুবা মদন্তী কৌবা শ্রুতি হেক মথংদা লৈ। মতাং অসিদদি রোহিনী শ্রুতি অসি শ্রুতি ওইদদুনা স্বর ওইরগনি। ভীম পলাসীগী নি (কোমল নি) দি রম্যা হায়বা ২০শুবা শ্রুতি অসিদা লৈ, অদুনা রম্যা হায়বা শ্রুতি অসি শ্রুতি ওইদরে, স্বর ওইরে। হায়বদি কোমল নিষাদ হায়বা স্বর অসি ওইরে। মতৌ অসুম্না রাগ মালকৌসদা রোহিনীনা স্বর, রম্যানা শ্রুতি ওইনা লৈখ্রে, ভীমপলাসীদনা রম্যানা স্বর ওইরগা রোহিনীনা শ্রুতি ওইরে।

শ্রুতি অমদি স্বর অনী অসি তোঙান তোঙান্নরবসু অমত্তনি লোয়ননা অমত্তা ওইরবসু তোঙান তোঙাল্লি। স্বর ওইদবা শ্রুতিশিংদি কণ, মীড় অমদি গ্লুতনচিংবো অলংকার কয়াদা শীজিন্নে, করিগুম্বা শ্রুতি অমদা ঙাইহাক্তং লেপ্লুরবদি শ্রুতি অদু স্বর ওনখ্রে। শ্রুতি অমদি স্বর অনী অসি মখাগী সিদ্ধান্ত হায়বদি শাস্ত্রনা পীবা নিয়ম (পথাপ) কী মতুংইন্না চাংদম্নবা য়াই।

| শ্রুতি | স্বর |
|---|---|
| ১) শ্রুতিগী মশীং ২২নি। | ১) স্বরগী মশীং ৭ নত্ত্রগা ১২নি। |
| ২) শ্রুতিশিংদি স্বর অমগা অমগা থাপ্লবদগী নকশিন্নবনা হেল্লি। | ২) স্বরশিংদি, শ্রুতিশিং অমগা অমগা নকশিন্নবদগী থাপ্লবনা হেল্লি |
| ৩) শ্রুতিগী পাম্বৈনা তাবদা নুংশিরবা সুর কয়া পুথোকই অদুবু শ্রুতি অদুমক কৌই। | ৩) করিগুম্বা শ্রুতি অমত্তা ঙাইহাক হেক পল্লুরবদি শ্রুতি অদু স্বর ওনগনি। |
| ৪) শ্রুতিদি লিন্না ফৈদি কোল্লিবা অদুনি। | ৪) স্বরদি ফৈদি কোল্লিবা লিনগা পাংথক্লি। |

# শ্রুতিশিংগী মনুংদা স্বর অদুম য়াওদুনা লৈ

শ্রুতিগা লোয়নরবা আধুনিক হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী শুদ্ধ অমদি বিকৃত স্বরশিংগী লৈফম ঃ-

| শ্রুতি নম্বর | শ্রুতি মমিং | শুদ্ধ স্বর | বিকৃত স্বর | |
|---|---|---|---|---|
| ১ | তীব্র | সা | | অচল স্বর |
| ২ | কুমুদ্বতী | | | |
| ৩ | মন্দা | | রে | কোমল |
| ৪ | ছন্দোবতী | | | |
| ৫ | দয়াবতী | রে | | তীব্র (শুদ্ধ) |
| ৬ | রঞ্জনী | | | |
| ৭ | রক্তিকা | | গ | কোমল |
| ৮ | রৌদ্রী | গ | | তীব্র (শুদ্ধ) |
| ৯ | ক্রোধী | | | |
| ১০ | বজ্রিকা | ম | | কোমল (শুদ্ধ) |
| ১১ | প্রসারিনী | | | |
| ১২ | প্রীতি | | ম | তীব্র |
| ১৩ | মার্জনী | | | |
| ১৪ | ক্ষিতি | প | | অচল স্বর |
| ১৫ | রক্তা | | | |

| শ্রুতি নম্বর | শ্রুতি নমিং | শুদ্ধ স্বর | বিকৃত স্বর | |
|---|---|---|---|---|
| ১৬ | সন্দীপিনী | | ধ | কোমল |
| ১৭ | আলাপিনী | | | |
| ১৮ | মদন্তী | ধ | | তীব্র (শুদ্ধ) |
| ১৯ | রোহিনী | | | |
| ২০ | রম্যা | | নি | কোমল |
| ২১ | উগ্রা | নি | | তীব্র (শুদ্ধ) |
| ২২ | ক্ষোভিনী | | | |

# থাট পোকপা

থাটকী চংনবী হৌদোকখিবসি লোচন কবিনা মহাক্নে। মহাক্না 'রাগ তরঙ্গিনী' কৌবা লাইরিক অমা ইরম্মী। লাইরিক অসিগী মতম লেপ্পদা খেন্নবা মত খরসু ফংদবা নত্তে। কনানা শতাব্দী ১২ নি হায়। কনানা শতাব্দী ১৪, কনানা ১৫ নি হায়। অদুবু শতাব্দী ১৪ গী মমৈ ১৫ গী হৌরকপা অদুৱাইদনি হায়না অয়াম্বনা মত পীনৈ।

থাটপু সংস্কৃত্তা মেল কৌই। লোচন কবিনা থাট ১২ পুথোক্লুনা মতমদুগী রাগ পুম্নমক মহাক্কী থাট ১২ অসিদা য়েংহোকলম্মী। অদুম্নদি ওইরবদা থাট মশীং লেপ্পদা পণ্ডিতশিংগী মত খেন্নৈ। থাট মশীং অসি পণ্ডিত পণ্ডিতকী মত মুংইন্না ১২,১৯,২০ অমদি ২২ না ওইবা য়াওই। মতমদুগী মেল পদ্ধতি হায়বদি থাটকী চংনবী অদুসু মত খেন্নবনা মরম ওইদুনা মতম খরা চংনরম্লগা লেপখি। মমৈথঙদা, শতাব্দী ১৭কী মমৈ ওইরকপদা খা-ভারত্তা পোকখিবা পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীনা 'চতুর্দাম্ভি প্রকাশিকা' কৌবা লাইরিক অমা ইদুনা মদুদা অঙ্কগী পাম্বৈনা মেল হায়বদি থাট ৭২ পুথোক্লুনা থাটকী মশীং লেপ্পদা চয়েংনরম্লা পুম্নমক কোকখি।

মতৌ অসুম্না, নাদ দগী শ্রুতি, শ্রুতিদগী স্বর, স্বরদগী সপ্তক, সপ্তক্কগী থাট পোকই। থাট মতৌ করম্না পোকই হায়রবদি সপ্তক অমা শুদ্ধ অমদি বিকৃত স্বর ১২ লৈ। শুদ্ধ-বিকৃত স্বর ১২ অসিদগী থাট পোকই। থাটতা স্বর ৭ হায়বদি সা রে গ ম প ধ নি মথং মনাও কায়দনা লৈগদবনি। মশীং ৱাংপা য়াদে। হেনবসু য়াদে। থাটতা আরোহদমক লৈগনি অবরোহ লৈরোই।

**থাট :-** রাগ অমবু পোকপা য়াবা স্বর সপ্তক অমবু থাট কৌই। সা রে গ ম প ধ নি সা বু আসাৱরী থাট কৌই, মরমদি স্বর সপ্তকসিদগী আসাৱরী হায়বা রাগ অসি পোকই। মতৌ অসুম্না মথং-মনাও কায়দনা লৈবা স্বর সপ্তক্কগী রাগ

পোকইবা অদুবু থাট হায়না কৌই। 'অভিনবরাগমঞ্জরী' হায়বা লাইরিক অদুদা মখাগী অসুম্না হায়রি -

**'মেল : স্বরসমুহঃ স্যাদ্রাগব্যঞ্জনশক্তিমান্।'**

**ভাবার্থ :-** রাগ পোকপা য়াবা স্বরসিংগী মপৈ অদুবু 'মেল' হায়বদি থাট হায়না কৌই।

থাটকী নিয়ম খরা মখাদা পীরি :-

(১) থাট অমদা স্বর ৭ অসি মথং-মনাও কায়দনা লৈগদবনি, ব্রাৎপা নত্তুগা হেনবা য়াদে, মরমদি স্বর শুদ্রবদি স্বর ৭ কী রাগ পুথোকপা য়ারোই।

(২) সা রে গ ম প ধ নি স্বর ৭ অসি করিগুম্বা মথং-মনাও ওন্ন-তৈননা লৈরবা, মশীং ব্রাৎপা নত্তুগা হেনবা নাইরবদি মদুগী স্বর মপৈ অদু থাট কৌবা য়াদে।

(৩) থাটতা আরোহ-অবরোহ লৈতে, সুপ্নগী আরোহদমক লৈগনি। আরোহ খক্তনা থাটপু মশক খঙবা ঙমই। খুদম ওইনা - 'সা রে গ ম ধ নি' স্বর সপ্তক অসিতনা ভৈরব থাটনি হায়বা হেক্তা খঙবা ঙমই।

(৪) থাটতা স্বর ১গী মশক অনী হায়বদি কোমল অমদি তীব্র - অমগী মথংদা অমা থংনে-থংননা লাকপা য়াই মরমদি থাটকী স্বরদি মথং-মনাও নাইদনা লৈ।

(৫) থাটকী স্বব অদু তাবদা 'রঞ্জক্তা' হায়বদি পুক্লিং শুমহৎনীংঙাই ওইবগী দরকার লৈতে, মরমদি করিগুম্বা স্বর অমগী তোঙান তোঙানবা মশক অদু থংনে-থংননা লাকপা য়াবনীনা 'রঞ্জক্তা' পোকপা (পুক্লিং শুমহৎহনবা) ওইথোক্তে। অদুবু রাগদদি রঞ্জক্তা ওইহনবা তঙাইফদে।

(৬) থাটপু মশক-খঙনবগীদমক থাটতুদগী পোক্লকপা রাগদুগী মমিং থোল্লি। কাফী হায়বা রাগ অসি কাফী থাটতগী পোকপনি, মরম অদুনা থাটতুবুসু কাফী থাট হায়না কৌই। রাগ কাফী পাক চাউরবা অমদি মমীং লৈরবা রাগনি. মাগী মমাগী নত্রগা মপাগী মশক লৌরিবা থাটসু কাফী থাট হায়না কৌই।

(৭) থাট হায়বসিদা বাদী, সমবাদী, শকপ-শোনবগী মতম অমদি পকর, ন্যাসনচিংবা অমত্তা লৈরোই মরমদি থাটতি শক্কদবা অমদি খোংগদবা পোৎ নত্তে। রাগদদি হায়রিবশিংসি মশীং শুনা য়াওদবা য়াদে। মদুগা লোয়নননা রঞ্জক্তা পোকহন্দবসু য়াদে।

থাটতা য়াওরিবা কোমল অমদি তীব্র স্বরশিংগী লৈফম খেন্নবা মরম্না থাট খৃদিংমক অমগা-অমগা তোঙান-তোঙালহল্লি, খেন্নরিবা অসিনা মরম ওইদুনা তোঙান-তোঙানবা থাট মখল কয়ামুক পোকই।

চতুর পণ্ডিত কী মখাগী দোহাসিদা থাটশিংগী মমিং পীরি :-

**"যমন, বিলাবল, ঔর খমাজী, ভৈরব, পুরবি, মারুবা, কাফী,**
**আসা, ভৈরবী, তোরী, বখানে দশমতি ঠাঠ চতুরাগুণি মানে"**

হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী থাট ১০ গী মমি অমসুং কোমল, তীব্র স্বরশিং মখাদা উৎলি।

| | থাটকী মমিং | স্বরগী মমিং | আরোহগী স্বরশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | বিলাবল | শুদ্ধ স্বরনি | সা রে গ ম প ধ নি র্সা |
| ২ | কল্যান | তীব্রর্ম, অতৈনা শুদ্ধ | সা রে গ ম প ধ নি সা |
| ৩ | খমাজ | নি কোমল | সা রে গ ম প ধ নি র্সা |
| ৪ | ভৈরব | রে ধ কোমল | সা রে গ ম প ধ নি র্সা |
| ৫ | পূর্বী | রে ধ কোমল র্ম তীব্র | সা রে গ র্ম প ধ নি র্সা |
| ৬ | মারবা | রে র্ম | সা রে গ র্ম প ধ নি র্সা |
| ৭ | কাফী | গ নি কোমল | সা রে গ ম প ধ নি র্সা |
| ৮ | আসাবরী | গ ধ নি কোমল | সা রে গ ম প ধ নি সা |
| ৯ | ভৈরবী | রে গ ধ নি কোমল | সা রে গ ম প ধ নি র্সা |
| ১০ | তোরী | রে গ ধ কোমল র্ম তীব্র | সা রে গ র্ম প ধ নি র্সা |

ব্যাঙ্কটমখী পণ্ডিতনা সপ্তকী শুদ্ধ অমসুং বিকৃত পুল্লগা স্বর ১২ দগী অঙ্কগী পাম্বৈনা থাট ৭২ পুথোক্লম্মী। মখোয়শিংদুগী মনুংদগী ১৯ খক খল্লগা মহাক্কী মতমদা চৎনরম্বা দক্ষিনী সঙ্গীত পদ্ধতিগী রাগ পূম্নমক খঙ্গৎলগা থাট ১৯ দুদা য়েম্বোক্লম্মী। ব্যাঙ্কটমখীগী থাট ৭২ দগী থাট ১০ খক খল্লি অদুগা হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী রাগ পূম্নমক থাট ১০ দুদা য়েম্বোকই হায়বদি বর্গীকরন তৌই।

থায়নগী মতমদা ষড়জ গ্রাম অমদি মধ্যম গ্রাম হায়বসিদগী পোকপা মূর্চ্ছনা ময়াম লৈরম্মী। অদুবু শতাব্দী ১৭ হায়বদি ব্যঙ্কটমখীগী মতমদগী হৌজিক ফাওবদনা 'গ্রাম' অমদি 'মূর্চ্ছনা' গী মহুত্তা মেল হায়বদি থাট পদ্ধতি ওইনা চৎনরে। মতম মতমদুদা চৎনরিবা রাগশিংগী দরকারগী মতুংইন্না গ্রন্থকারশিংনা মখোয় মখোয়গী থাট মশীং লেপ্লি। খুদম ওইনা রামামাত্যনা ২০, ব্যঙ্কটমখীনা ১৯, সোমনাথনা ১৫ অমসুং পণ্ডিত ভাতখণ্ডেগীনা ১০ ওইরে। থাট ১০ অসিগী মমীংশিং অসিদি পুন্নমক্না খণ্ডনববা, মমীং চৎলবা রাগশিংগী মমীং লৌদুনা থোল্লি। অদুগুম্বা রাগশিং অদুবু 'আশ্রয় রাগ' হায়বগসু খঙনৈ। মখোয়দুদি - য়মন, বিলাবল, খমাজ, ভৈরব, পূর্বী, মারবা, কাফী, আসাবরী, ভৈরবী অমদি তোড়ীনি।

# রাগ পোকপা

নাদদগী শ্রুতি, শ্রুতিদগী স্বর, স্বরদগী সপ্তক, সপ্তক্কী থাট পোকই হায়বসি মথক্তসু হায়খ্রে। হৌজিক খণ্ডগদবদি থাটতগী রাগ পোকই হায়বসিনি।

মতৌ করম্না রাগ পোক্লক্লিবনো, হংবা য়াবা ৱাহংনি। ভারতীয় সঙ্গীত পদ্ধতি হায়বদি ভারতকী ওইবা সঙ্গীত অসিদি শুদ্ধ অমদি বিকৃত পূল্লগা স্বর ১২ নি। মখোয়শিংসিবু মফম চান-চানা থমদুনা মতাং চানা শীজিন্নদুনা রাগ পোকহল্লি।

রাগ কদায়বু কৌবগে, অমদি রাগদা করম-করম্না মরুওইবা পোংলম য়াওবগে হায়বসিসু খণ্ডদবা য়াদবা ৱাফম অমনি।

রাগদা স্বর অমদি বর্ণ পোংলম অনী অসি য়াওই অদুবু পোংলম অনী অসি তোঙান তোঙান্না খাইদোক্লুনা লৈরিবমথৈদি রাগ ওইবা য়াদে। অনী অসি তিনশিন্নরবতদা রাগ ওইরকই। মদুগা লোয়ননা রঞ্জন হায়বদি তাবদা নুংশিবা অমদি নুংঙাইবা ফাওহন্দবসু য়াদে।

রাগ-স্বর অমদি বর্ণনা নীংথিনা শেম-শাদুনা লৈতেংলবা অমদি তারুবদা মীগী থম্মোয় শুমহৎনীংঙাইগী মশক ওইবা মখোল অদুবু রাগ কৌই।

**য়োংয়ং ধ্বনিবিশেষস্তু স্বরবর্ণবিভূষিত**

**রঞ্জকো জনচিতানাং স রাগ কথিতো বুদ্ধৈ : ।।**

**ভাবার্থ:**- স্বর অমদি বর্ণনা মরম ওইদুনা ফজহল্লিবা অমসুং অতাবা মীগী পূক্লিং নুংঙাইহল্লিবা মখোলগী থোইদোকপা রচনা অদুবু বুদ্ধি লৈবা মীশিংনা রাগ কৌই।

## রাগগী নিয়ম

রাগ অমা ওইনবা শেমগৎপদা নিয়ম খরা লৈগনি। হায়রিবা নিয়মশিংদু মখাদা পীরি।

(১) রাগ পূম্নমক থাটশিংদগী পোকই।

(২) রাগদা য়ামদ্রবদা স্বর ৫ দি শোয়দনা চঙই। অদুগা য়াম্লবদা স্বর ৭ লৈগনি। আরোহ-অবরোহ লৈগনি, নত্তবদি রাগ ওইবা য়াদে। আরোহ-অবরোহ য়াওদ্রবদি রাগ অদু মশক খঙবা ঙম্লোই। আরোহ-অবরোহদগী রাগগী চলন অমদি জাতিনচিংবা খঙবা ঙমই।

(৩) রাগদা মধ্যম অমসুং পঞ্চম স্বর অনীমক পূন্না বর্জিত ওইবা (য়াওদবা) য়াদে।

(৪) সপ্তক অমা শেম্বদা 'সা' না মতেং ওইনৈ, মরম অসিনা রাগ খুদিংমক্তা 'সা' য়ুম্ফমগুম্না য়াম্না মরু ওই, অদুনা রাগদা 'সা' হায়বদি ষড়জ অসি করিগুম্বা মতমদসু বর্জিত ওইদে।

(৫) রাগদা রঞ্জকতা ওইদবা য়াদে, মরমদি 'রাগ' হায়বা ৱাহৈ অসিমক 'রঞ্জ' দগী পোকপনি, মসিগী অর্থবু 'নুংঙাইবা' হায়বনি। রাগগী পরিভাষাদসু হায়বদি শব্দোক্তা পীবা ৱাহম্লোক্তসু 'রঞ্জকোজনচিত্তানাং' হায়রি হায়বদি তাবদা নাকোং অমসুং পুক্নিং নুংঙাইরবা স্বর রচনা অদুবু পণ্ডিতশিংনা রাগ কৌই।

(৬) রাগদা স্বর অমগী তোঙান-তোঙানবা মশক হায়বদি কোমল তীব্র থংন-থংননা শীজিন্নবা য়াদে খুদম ওইনা - ম র্ম নত্তগা গ গ, অদুবু নিয়মগী ওন্ন-তৈনবদা লৈবা রাগ খরসু লৈতবা নত্তে, খুদম ওইনা -কেদার, বিহাগ, ললিতনচিংবা।

(৭) রাগদা বাদী স্বর য়াম্না মরুওই। বাদী স্বর য়াওদনা রাগ ওইবা য়াদে। রাগগী স্বরশিংগী মনুংদা বাদী স্বরনা মকোক্নি, অমদি রাগগী থৱায়নি।

## রাগগী জাতি

রাগদা জাতি হায়রগা রাগ অদুদা শীজিন্নরিবা স্বর মশীংবু খঙনৈ। করিগুম্বা রাগদা য়ামদ্রবদা স্বর ৫ অমদি য়াম্লবদা স্বর ৭ য়াওগনি। অদুনা রাগদা শীজিন্নবা স্বর মশীংগী মতুংইন্না হায়বদি রাগগী আরোহ অমদি অবরোহদা চঙলিবা স্বর মশীং অদুগী মতুংইন্না রাগশিংসি জাতি মখল অহুম থোক্না খায়দোকই, মখোয় অদুদি :-

(১) 'সম্পূর্ণ জাতি' হায়বদি আরোহ-অবরোহদা স্বর ৭-৭ লৈগনি।

(২) 'ষাডব জাতি' হায়বদি আরোহ্-অবরোহদা স্বর ৬-৭ লৈগনি।

(৩) 'ঔডব জাতি' হায়বদি আরোহ্-অবরোহদা স্বর ৫-৫ লৈগনি।

মথক্কী মরুওইবা জাতি অসিদা নত্তনা থাট খুদিংমক্তা জাতি ৯-৯ লৈগনি। মখোয় অদুদি -

| | | |
|---|---|---|
| (১) ঔডব-ঔডব | - | আরোহ-অবরোহদা স্বর ৫-৫ |
| (২) ঔডব-ষাডব | - | আরোহদা স্বর ৫, অবরোহদা স্বর ৬ |
| (৩) ঔডব সম্পূর্ণ | - | আরোহদা স্বব ৫, অবরোহদা স্বর ৭ |
| (৪) ষাড়ব-ষাড়ব | - | আরোহ্-অবরোহদা স্বর ৬-৬ |
| (৫) ষাড়ব-সম্পূর্ণ | - | আরোহদা স্বর ৬ অবরোহদা স্বর ৭ |
| (৬) ষাড়ব-ঔড়ব | - | আরোহদা স্বর ৬ অবরোহদা স্বর ৫ |
| (৭) সম্পূর্ণ-সম্পূর্ণ | - | আরোহ-অবরোহদা স্বর ৬-৬ |
| (৮) সম্পূর্ণ-ষাড়ব | - | আরোহদা স্বর ৭ অবরোহদা স্বর ৬ |
| (৯) সম্পূর্ণ-ঔডব | - | আরোহদা স্বর ৭ অবরোহদা স্বর ৫ |

# আশ্রয় রাগ

থাটপু মশক খঙননবগীদমক্তা থাট অদুমক্তদগী পোকখিবা মীয়াম পাক-শন্না মমিং খঙনরবা রাগ অদুগী মমিং লৌদুনা থাটকী মমিং থোল্লি। মমিং লৌরিবা পোকফম ওইরিবা রাগ অদুবু আশ্রয় রাগ হায়না কৌই। অসিগুম্বত্রূ নিয়ম অসি থায়নগী অমদি অনৌবা যুগকী পণ্ডিতশিংনা মত অমত্তা ওইনা য়ানৈ, মসি হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী নিয়মমক্তি। করিগুম্বা থাট অমবু মশক মমীং লেপথোক্রুবগীদমক্তা থাটতুদগী পোক্লকখিবা পূম্নমক্কা খঙনরবা মমীং চৎপা রাগ অমগী মমীং লৌরগা থাট অদুগী মমীং থোল্লি। খুদম ওইনা - সা রে গ ম প ধ নি সা স্বর সপ্তক অসিদগী রাগ কাফী হায়বসি পোকখ্রে, অদুনা অসিগুম্বা স্বর সপ্তক অসিগী মমীং কাফী থাট হায়না কৌরে।

পাক-চাউনা মমিং খঙনরবা রাগ, মাগী মশা-মরেং খুদিংদগী রাগ কয়ামুক পুথোকপা য়ারিবা অদুগুম্বা রাগগী মমীং লৌদুনা থাটকী মমীং থোল্লিবা রাগ অদুবু আশ্রয় রাগ কৌই। রাগ কাফী অসিমক আশ্রয় রাগ অমনি। মতৌ অসুম্না লেমহৌরিবা থাট ৯ অদুদসু হায়রিবা নিয়ম অসি চপ মান্নবা পানগনি।

নীংশিংগদবা রাফম অমনা থাটশিংদগী পোকখিবা রাগশিংদা থাট অদুগী আশ্রয় রাগগী মমি অমদি মওং-মতৌ খরগী মখৈদি উবা ফংগনি হায়বসিনি। কাফী থাটতগী পোকপা রাগশিংদা কাফী থাটকী আশ্রয় রাগ 'কাফী রাগ' গী মওং-মতৌ খরমখৈদি শোয়দনা উবা ফংগনি।

আশ্রয় রাগবু থাটবাচক রাগ হায়বদি থাটকী মশক তাকপা 'শক্তাকপা' রাগ হায়নসু কৌই। হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা আশ্রয় রাগ ১০ শুই, মখোয়দুদি - য়মন, বিলাৱল, খমাজ ভৈরব, পূর্বী, মারৱা, কাফী, আসাৱরী, ভৈরবী অমদি তোড়ী অসিনি।

হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিবু উত্তর ভারতীয় সঙ্গীত পদ্ধতি অমদি ভাতখণ্ডে সঙ্গীত পদ্ধতি হায়রগস খঙনৈ।

পদ্ধতি অসিগী থাট ১০ গী মমিং পরেং অমদি স্বর সপ্তকশিং লোয়ননা মখোয়গী আশ্রয় রাগ ১০ গী মমিং অমদি আরোহ-অবরোহশিং মখাগী চার্ট অসিদা পীরি।

| | থাট মমিং | থাটকী স্বর সপ্তক | আশ্রয় রাগগী মমীং অমদি আরোহ-অবরোহ |
|---|---|---|---|
| ১ | বিলাবল | সা রে গ ম প ধ নি সা̇ | আরোহ- সা রে গ ম প ধ নি সা̇<br>অবরোহ- সা̇ নি ধ প ম গ রে সা |
| ২ | কল্যান | সা রে গ র্ম প ধ নি সা̇ | আরোহ- সা রে গ র্ম প ধ নি সা̇<br>অবরোহ- সা̇ নি ধ প র্ম গ রে সা |
| ৩ | খমাজ | সা রে গ ম প ধ নি সা̇ | আরোহ- সা রে গ ম প ধ নি সা̇<br>অবরোহ- সা̇ নি ধ প ম গ রে সা |
| ৪ | ভৈরব | সা রে গ ম প ধ নি সা̇ | আরোহ- সা রে গ ম প ধ নি সা̇<br>অবরোহ- সা̇ নি ধ প ম গ রে সা |
| ৫ | পূর্বী | সা রে গ র্ম প ধ নি সা̇ | আরোহ- সা রে গ র্ম প ধ নি সা̇<br>অবরোহ- সা̇ নি ধ প র্ম গ রে সা |
| ৬ | মারবা | সা রে গ র্ম প ধ নি সা̇ | আরোহ- সা রে গ র্ম ধ নি সা̇<br>অবরোহ- সা̇ নি ধ র্ম গ রে সা |
| ৭ | কাফী | সা রে গ ম প ধ নি সা̇ | আরোহ- সা রে গ ম প ধ নি সা̇<br>অবরোহ- সা̇ নি ধ প ম গ রে সা |
| ৮ | আসাবরী | সা রে গ ম প ধ নি সা̇ | আরোহ- সা রে গ ম প ধ নি সা̇<br>অবরোহ- সা̇ নি ধ প ম গ রে সা |
| ৯ | ভৈরবী | সা রে গ ম প ধ নি সা̇ | আরোহ- সা রে গ ম প ধ নি সা̇<br>অবরোহ- সা̇ নি ধ প ম গ রে সা |
| ১০ | তোড়ী | সা রে গ র্ম প ধ নি সা̇ | আরোহ- সা রে গ র্ম প ধ নি সা̇<br>অবরোহ- সা̇ নি ধ প র্ম গ রে সা |

# বাদী, সম্বাদী, অনুবাদী অমদি বিবাদী

হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী শৈশকপা (গায়ক) অমদি অখোংবা (বাদক) শিংনা রাগদা স্বর মখল মরিখক শীজিন্নৈ, মখোয় অদুদি - বাদী, সম্বাদী, অনুবাদী অমদি বিবাদী স্বর কৌই। রাগগী মনুংদা বাদী, সম্বাদী স্বর অনী অসি খাইদোকত্রগা লেমহৌরিবা স্বরশিং অদুবু অনুবাদগী স্বর হায়না কৌই।

**বাদী স্বর :-** সঙ্গীত শাস্ত্রদা বাদী স্বরবু রাগগী মথৱায়-মমিনি হায়না লৌদুনা মসিবু জীব স্বর হায়নসু খঙনৈ। রাগ অমগী মনুংদা বাদী স্বর হায়বসি মকোক থোংবা অমদি মরুওইবা স্বরনি। রাগগী স্বরশিংগী মনুংদা বাদী স্বরনা খ্বাইদগী হেন্না মপাঙ্গল কল্লি, স্বর অসিদা ইতত্তনা পোথাফম অমদি য়াম্না হেন্না ন্যাস তৌফম ওই। খুদম ওইনা রাগ বিহাগতা 'গ' না বাদীগী থবক মখাগী অসুম্না তৌই।

'গ, রে, সা, নি় সা গ, প, গ ম গ, নি প গ ম গ, নি় সা গ ম প -, গ ম গ -, রে সা'। রাগ বিহাগতা তৌবগুম্না রাগ য়মনদসু 'গ' (গন্ধার) স্বর অসিনা বাদী স্বর ওইবা মরম্না স্বর পূম্নমক্তগী হেন্না শীজিন্নৈ। খুদম-

'গ রে সা, নি় রে গ, প র্ম গ, র্ম গ প র্ম ধ প ম গ, ধ় নি় রে গ, র্ম গ, প রে, গ, নি় রে গ, গ, রে সা।

বাদী স্বরগী মতেংনা হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী রাগশিংগী শকপা-খোংবগী মতম চাউরাক্না খঙবা ঙমই। রাগগী নিয়ম মতুংইন্না করিগুম্বা রাগ অমগী বাদী স্বর পূর্বাঙ্গ হায়বদি 'স রে গ ম প' ফাওবগী মনুংদা স্বর অমদা বাদী স্বর ওইরবদি রাগদুগী শকপগী মতম অসি পূর্ব-অঙ্গ হায়বদি নুংথিলগী পুঙ ১২ দগী নুমিদাংগী পুঙ ১২ ফাওবগী মনুংদা, মতম অমদা হেক্তা ওইগনি। অদুগা করিগুম্বা রাগগী বাদী স্বর অদুনা সপ্তকী উত্তরাঙ্গদা হায়বদি ম প ধ নি সা - স্বরশিংগী মনুংদা অমদা ওইরবদি উত্তর-অঙ্গ হায়বদি নুমিদাংগী পুঙ ১২ দগী অয়ুক্কী পুঙ ১২

ফাওবগী মনুংদা মতম অমদা 'গায়ন সময়' শকপগী মতম হেক্তা ওইগনি। খুদম ওইনা - ভৈরব রাগগী বাদী স্বর ধ না ওইরে, সম্বাদীনা রে নি। অদুনা ভৈরব রাগগী শকপগী মতম অসি নুমিদাং পুঙ ১২ দগী অয়ুক্কী পুঙ ১২ ফাওবগী মনুংদা মতম অমদা হেক্তা ওইগনি।

**বাদী স্বর :-** হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী রাগশিংদা য়াম্না মরুওইবা স্বর অমা ওইবা মরম্না বাদী স্বরবু নিংথৌগা চাংদম্নৈ। লৈবাক অমা লৈরবদি নিংথৌ অমা তঙাইফদনা লৈতবা য়াদে, মতৌ অদুগুম্না বাদী স্বরনা রাগ অমগী নিংথৌনি, বাদী স্বর য়াওদ্রবদি রাগ ওইবা য়াদে, শাস্ত্রশিংদা মখাগী অসুম্না হায়রি -

**'প্রমোগে বহুল : স্বর বাদী রাজ্যত্র গীয়তে।'**

ভাবার্থ - রাজ্য (লৈবাক) গী মশক ওইবা রাগ দা বাদী স্বরনা নিংথৌগা চপ মান্নে হায়না প্রমাণ তৌই।

**সম্বাদী স্বর :-** লৈবাক অমদা নিংথৌগী মখাদা মন্ত্রী লৈবগুম রাজ্যগী মশক ওইরবা রাগগী সম্বাদী স্বরনা মন্ত্রীগী ফম লৌরি। বাদী স্বরদগী খরা হন্থনা, অদুগা য়াওরিবা অতৈ স্বরদগীদি য়াম্না হেন্না শীজিন্নরিবা স্বর অদুবু সম্বাদী স্বর কৌই। সম্বাদী স্বরদি বাদী স্বরগী মরুওইবা তেংবাংবা অমনি। মখোয় অনীগী মরক্তা অচেৎপা অমদি তৎন-থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ।

বাদী স্বরদগী মশীংথীবা হৌরগা মরিশুবা নত্ত্রগা মঙাশুবা স্বরদা সম্বাদী স্বর লৈ। খুদম ওইনা 'সা' না বাদী ওইরবদি 'ম' নত্ত্রগা 'প' না সম্বাদী ওইগনি। নিয়ম অসিবু সঙ্গীত শাস্ত্রদা অসুম্না হায়রি - বাদী অমদি সম্বাদী স্বর অনী অসি ষড়জ মধ্যম মরী (ভাও) নত্ত্রগা ষড়জ পঞ্চম মরী (ভাও)না বাদী সম্বাদী অনীগী মরী লৈনহল্লি। সপ্তক্কী স্বর সা রে গ ম প ধ নি র্সা গী পূর্ব ভাগ (অনেম্বা শরুক) কী সা রে গ ম অমদি উত্তর ভাগ (অন্নাংবা শরুক) কী প ধ নি সা স্বরশিং অসি অমগা অমগা মরী লৈনহল্লি। ষড়জ মধ্যম মরী (ভাও)গী স্বরশিং সা-ম, রে-প, গ-ধ, ম-নি, প-র্সা। র্সা-প, নি-ম, ধ-গ, প-রে, ম-সা অমদি ষড়জ পঞ্চম মরী (ভাও)গী স্বর পুঙবাশিং সা-প, রে-ধ, গ-নি, ম-র্সা। র্সা-ম, নি-গ, ধ-রে, প-সা স্বরশিং অসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ। খুদম ওইনা রাগ ভৈরবীগী বাদী স্বর মধ্যমনি, সম্বাদী স্বরনা ষড়জনি, অদুনা বাদী সম্বাদী স্বর অনী অসি ষড়জ মধ্যম মরী (ভাও) ওইরে। অসুম্না রাগ কল্যান (য়মন) গী বাদী স্বর

'গ' নি, সম্বাদী স্বরনা 'নি' নি। মসিনা বাদী-সম্বাদী স্বর অনী অসি-ষড়জ পঞ্চম মরী (ভাও) ওইরে।

বাদী অমদি সম্বাদী স্বর অনী অসি পূর্বাঙ্গ উত্তরাঙ্গ অনীগী মনুংদা অঙ্গ অমত্তদগী ওইদে। বাদীনা সপ্তক্কী পূর্বাঙ্গদা লৈরবদি সম্বাদীনা সপ্তক্কী উত্তরাঙ্গদা লৈগনি। অদুগা বাদী স্বরনা সপ্তক্কী উত্তরাঙ্গদা লৈরবদি সম্বাদী স্বরনা সপ্তক্কী পূর্বাঙ্গদা লৈগনি। করিগুম্বা রাগগী স্বর অমদা বাদী ওইরবদি বাদী স্বর অদুদগী হৌনা মশীং থীবদা মঙাশুবা স্বরদা সম্বাদী স্বর, মসিবু ষড়জ-পঞ্চম মরী (ভাও) কৌই। অদুবু মঙাশুবা স্বর অদুনা বর্জিত ওইরবা হায়বদি রাগ অদুদা মঙাশুবা স্বর অদু য়াওদ্রবদি মরিশুবা স্বরদা সম্বাদী ওইগনি। মসিবু ষড়জ-মধ্যম ভাও কৌই। খুদম ওইনা রাগ য়মন দা 'গ' না বাদী স্বরনি, অদুগা 'গ' দগী মশীং থীরগা মঙাশুবা স্বরদি 'নি' তারে, মরম অদুনা 'নি' স্বর অসি সম্বাদী স্বর ওইরে। মসিবু ষড়জ-পঞ্চম ভাও কৌই। রাগ ভুপালীসু 'গ' না বাদী স্বরনি, 'গ' দগী হৌদুনা থীবদা মঙাশুবা স্বরদি 'নি' নি। অদুবু 'নি' স্বর অসি রাগ ভুপালীদা বার্জিত ওইবা মরম্না 'নি' দা সম্বাদী ওইদদুনা 'ধ' দা সম্বাদী স্বর ওইরে, মসিবু ষড়জ-মধ্যম ভাও কৌই।

**অনুবাদী স্বর :-** বাদী অমসুং সম্বাদী স্বর নত্তবা লেমহৌরিবা স্বরশিং অদুবু অনুবাদী স্বর কৌই। খুদম ওইনা রাগ বিহাগতা গ না বাদী স্বরনি, 'নি' না সম্বাদীনি। স্বর অনী অসি খাইদোকখ্রগা লেমহৌরিবা স্বর সা রে ম প ধ স্বরশিং অসি অনুবাদী স্বরনি। অনুবাদী স্বরগী থোইদোকপা মগুনদি হায়রিবা স্বরশিং অসি য়াওদনা বাদী সম্বাদী স্বর খক্তনা রাগ ওইবা য়াদে হায়বদি বাদী সম্বাদী স্বর অনী অসিদংনা রাগ অমা শকপা নত্তুগা খোংবা য়ারোই। মরম অদুনা রাগ অমা ওইহনবা অমদি রাগ অদুবু মশক ফজহনবদা অনুবাদী স্বরশিংগী অচৌবা থৌংদাং লৈ। অনুবাদী স্বরশিং অসি নিংথৌগী মনাই-মশল অমদি লাম্মীগা চাংদম্নবা য়াই। লৈবাক অমদা ফম্নাই-ফনাইবা, মনাই-মশল-লাম্মী কাঙলুপ য়াওদনা নিংথৌখক্তনা লৈবাক পানবা ঙমদবগুম রাগদা অনুবাদী স্বর য়াওদনা রাগগী মশক উৎপা ঙমদে।

**বিবাদী স্বর :-** করিগুম্বা রাগদা শীজিন্নদবা স্বর অদুবু বিবাদী স্বর হায়না কৌই। খুদম ওইনা বৃন্দাবনী সারঙ্গ রাগদা সা রে ম প নি অমসুং নি হায়বা

স্বরশিং অসি নত্তবা লেমহৌরিবা স্বরশিংদি বিবাদি স্বরনি। করিগুম্বা রাগ অমগী বিবাদী স্বর অদু অতোপ্পা রাগগী বাদী, সম্বাদী অমদি অনুবাদী স্বর ওইবা য়াই। রাগ বৃন্দবনী সারঙ্গদা কোমল ধৈবত 'ধ' স্বর অসি বিবাদী স্বরনি অদুবু হায়রিবা স্বর অসি রাগ ভৈরব অমদি তোরীদদি বাদি স্বর ওই। বিবাদি স্বরবু রাগগী শত্রু (য়েক্লবা) স্বর কৌই। অদুবু করি করিগুম্বা মতমদা রাগবু হেন্না ফজহন্নবগীদমক্তা বিবাদী স্বর অসি খজিক্তং শীজিন্নে, তৌবতদি শীজিন্নবা মতমদা য়াম্না চেকশিন্না অমদি হৈ-শিংনা শীজিন্নবা তাই। নত্তবদি রাগগী শকফম কায়খিদুনা অমাঙবা ওইবা য়াই।

বিবাদী স্বর অসি শীজিন্নদবা য়াদবা মওংদা খক শীজিন্নরোইদবনি। বিবাদী স্বর শীজিন্নদবনা রাগদা করিসু অকায়বা লৈতে। হৈনা-শিংনা শীজিন্নরবদি ভাবুক্কী পূক্লিং হূবা ঙমই লোয়ননা থাগৎ ঝাহৈ কয়া ফংই। খুদম ওইনা রাগ বিহাগ, কেদার অমদি ছায়ানটতা বিবাদী স্বর শীজিন্নবা য়াই। বিহাগতা তীব্র 'র্ম' শীজিন্নদুনা নি় সা গ ম প র্ম গ ম গ ' নত্তগা 'সা নি ধ প র্ম প গ ম গ ' কেদারদা সা নি ধ প র্ম প ধ ম, ম প ধ নি ধ প ম প ধ প ম, প ম, রে সা হায়বা য়াই। মতৌ অসুম তৌনা নি কোমল অসি কেদারদা বিবাদী ওইনা শীজিন্নে, রাগ ছায়ানটতা প নি ধ প রে হায়না শীজিন্নে।

অশকপা অমদি অখোংবশিংনা মতম লৈবা খিবিক্তা বাদী, সম্বাদী, অনুবাদী অমদি বিবাদী স্বরশিং অসি মখোয় মখোয়গী শীজিন্নফম য়েংদুনা চুম্না অমদি মওং তানা শীজিন্ননবা ঝাখল খনগনি। স্বর মরি অসি চাংদম্নবদা 'অভিনবরাগমঞ্জরী' গী অইবনা মখাগী অসুম্না হায়রি :-

**বাদী স্বরস্তু রাজা স্যামন্ত্রী সম্বাদী সংজ্ঞিত ঃ।**
**স্বরো বিবাদী বৈরী স্যাদনুবাদী চ ভৃত্যবত ।।**

**ভাবার্থ :-** বাদী স্বরবুনা নিংথৌগা, সম্বাদীবুনা মন্ত্রীগা বিবাদীনা য়েক্লবা, লোয়ননা অনুবাদী স্বরনা মনাই-মশলগা চাংদম্নে।

# বর্ণ

ঈশৈ শকপা অমদি খোংবদা স্বরশিংবু মথং-মনাও নাইহন্না চৎহল্লিরবা খোঙচৎ অমদি শাজৎ কয়ামুক অদুবু বর্ণ কৌই। বর্ণ মখল মরি থোক্লা খায়দোকই - স্থায়ী বর্ণ, আরোহী বর্ণ, অবরোহী বর্ণ অমদি সঞ্চারী বর্ণ। 'অভিনবরাগমঞ্জরী' দা অসুন্না হায়রি :-

**গানক্রি যোচৎতে বর্ণ : স চতুর্ধা নিরূনসিত**
**স্থায়য়ারোহ্যাবরোহী চ সঞ্চারী ত্যর্থ লক্ষনম্ ।।**

**ভাবার্থ :-** ঈশৈ শকপগী থবকপু বর্ণ কৌই। বর্ণ মখল মরি লৈ- স্থায়ী, আরোহী, অবরোহী অমদি সঞ্চারী বর্ণ।

(১) স্থায়ী বর্ণ :- ঈশৈ শকপা অমদি খোংবদা করিগুম্বা স্বর অমবু হন্না হন্না হায়বা অদুবু স্থায়ী বর্ণ কৌই, খুদম - সা সা সা রেরে গগগগ মম অসিনচিংবা।

(২) আরোহী বর্ণ :- সা দগী নি রোমদা মথং মথং কাখৎখিবা অদুবু আরোহী বর্ণ কৌই। মদুদি সা রে গ ম প ধ নি নচিংবা

(৩) অবরোহী বর্ণ :- শকপা অমদি খোংবা মতমদা নি দগী হৌদুনা মথং মথং সা ফাওবা কুমথরকপবু অবরোহী বর্ণ কৌই খুদম- নি ধ প ম গ রে সা অসিনচিংবা।

(৪) সঞ্চারী বর্ণ :- স্থায়ী, আরোহী, অবরোহী বর্ণ অহুম্বু পুল্লপ তিন্নদুনা ওইবা মওং অদুবু সঞ্চারী বর্ণ কৌই। মসিদা করিগুম্বা স্বরনা মথক্তা কাখৎলি, করিগুম্বা স্বরনা হন্না হন্না হায়দুনা লৈ, হায়বদি সঞ্চারী বর্ণ অসি করিগুম্বা মতমদা আরোহী, করিগুম্বা মতমদা অবরোহী অদুগা করিগুম্বা মতমদনা স্থায়ী বর্ণগী মওংদা উই, খুদম ওইনা - সা সা সা, রে গ ম প ধ প সা প ম গ রে সা অসিনচিংবা।

খণ্ডজিনগদবা ঃ- ঈশৈ অমদি গত নচিংবগী অহানবা শরুক হায়বদি 'স্থায়ী' হায়বা অদুগা 'স্থায়ী বর্ণ' গা অনী অসি করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈনদে। স্থায়ী বর্ণ হায়বদি লেপ্পুনা লৈবা অমদি অরেপ্পা হায়বনি।

# পূর্বাঙ্গরাগ অমসুং উত্তরাঙ্গ রাগ

**পূর্বাঙ্গ অমদি উত্তরাঙ্গ :-**

সপ্তকপু চপ মান্নবা শরুক অনী থোক্লা খায়দোক্লগা অহানবা শরুক সা রে গ ম ফাওববুনা পূর্বাঙ্গ কৌই, অনীশুবা শরুক প ধ নি সা বুনা উত্তরাঙ্গ কৌই। সপ্তকপু অনীথোক্লা মান্নবা খায়দোকপা য়াননবগীদমক্তা তার সপ্তকী সা ফাওবা লৌশিল্লি। অদুবু হায়রিবা স্বর ৪-৪ অসিদনদি খুদোংচাদবা মরম খরা লৈবনা পূর্বাঙ্গদা সা দগী প ফাওবা, অদুগা উত্তরাঙ্গদনা ম দগী সা ফাওবা লৌশিন্দুনা খরা পাকথোকহল্লি।

সপ্তক অমবু অনীথোক্লা খায়দোকপগুম্না পুঙ ২৪গী মতম অসিসু অনী থোক্লা খায়দোকই, অহানবা শরুক্তা অয়ুক্কী পুঙ ১২ দগী অহিংগী পুঙ ১২ ফাওবা, অদুগা অনীশুবা শরুক্তা অহিংগী পুঙ ১২ দগী অয়ুক্কী পুঙ ১২ ফাওবা অসিনি। অহানবা শরুক অসিবুনা পূর্বার্ধ, অমদি অনীশুবা শরুকপুনা উত্তরার্ধ কৌই।

**পূর্ব রাগ, উত্তর রাগ :-**

পূর্বার্ধ দা হায়বদি অয়ুক্কী পুঙ ১২ দগী নুমিদাংগী পুঙ ১২ ফাওবগী মনুংদা শক্লরিবা অমদি খোংনরিবা রাগশিং অদুবু পূর্বরাগ হায়না কৌই। অদুগা নুমিদাংগী পুঙ ১২ দগী অয়ুক্কী পুঙ ১২ ফাওবা হায়বদি উত্তরার্ধগী মতমদা শক্লরিবা অমদি খোংনরিবা রাগশিং অদুবুনা উত্তর রাগ কৌই।

সপ্তক্কী অহানবা শরুক পূর্বাঙ্গ :- সা রে গ ম প ফাওবগী মনুংদা করিগুম্বা স্বর অমদা বাদী ওইরবদি মদুবু পূর্বাঙ্গ বাদী রাগ হায়না কৌই। অদুবু করিগুম্বা সপ্তক্কী উত্তরাঙ্গ স্বরশিং হায়বদি ম প ধ নি সা ফাওবগী মনুংদা অমদা বাদী স্বর ওইরবদি রাগ অদু উত্তরাঙ্গ বাদী রাগ কৌই। রাগগী বাদী স্বরগা মতমগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনি। রাগ অমা পূর্বাঙ্গ বাদী রাগ ওইরবদি অয়ুক্কী পুঙ ১২ দগীনা

নুমিদাংগী পুঙ ১২ ফাওবগী মনুংদা (পূর্বভাগতা) রাগ অদুগী শকপগী মতম 'গায়ন সময়' ওইগনি। মতৌ অদুগুম্না রাগ অদুনা উত্তরাঙ্গ বাদী রাগ ওইরবদি উত্তরভাগতা হায়বদি নুমিদাং পুঙ ১২ দগী অয়ুক্কী পুঙ ১২ ফাওবগী মনুংদা রাগদুগী 'গায়ন সময়' শকপা খোংবগী মতম ওইগনি। অদুনা বাদী স্বরবু মশক-খণ্ডলবা অমদি লৈফম্বু খণ্ডলবদি চাউরাক্না রাগদুগী শকপগী অমসুং খোংবগী মতম খঙবা ঙমই।

**পূর্বাঙ্গ উত্তরাঙ্গগী মফম খরা হেন্না পাকথোক-চাউথোকহনবা :-**

বাদী-সম্বাদীগী মরমদা অকক্লবা নিয়ম অমা লৈ মদুদি সপ্তক অমবু শরুক অনী থোক্না খায়দোক্লগা পূর্বাঙ্গগী স্বরশিংদগী স্বর অমনা রাগদুগী বাদী স্বর ওইরবদি অনীশুবা শরুক হায়বদি উত্তরাঙ্গগী স্বর অমনা সম্বাদী স্বর ওইগনি হায়বসিনি। বাদী সম্বাদী অনীগী মনুংদা থাপ্নগদবনা স্বর মরিদগী মঙা ফাওবনি। শ্রুতি মশীংদা ওইরগনা শ্রুতি ৯ দগী ১৩ ফাওবা থাপ্নগনি। ষড়জ-মধ্যম ভাব অমসুং ষড়জ-পঞ্চম ভাবনা মরম ওইদুনা বাদী-সম্বাদী অনীবু অমগা অমগা মরী লৈনহল্লি হায়বসি মথক্তসু পনম্রে। মসিগী অর্থদি করিগুম্বা বাদী স্বর অদু গ ওইববদি সম্বাদী স্বর অদু 'ধ' নত্ত্রগা 'নি' কোমলনা ওইগনি। মসিগী ওন্না-তৈনবদা করিগুম্বা বাদী স্বর অদু 'ধ' না ওইরবদি সম্বাদী স্বর 'গ' নত্ত্রগা 'রে' ওইগনি।

মথক্তা হায়রিবা থবক-থৌরাং হায়বদি নিয়ম কয়ামুকসি লৈরবসু শাস্ত্রকারশিংগী মাঙদদি খুদোংথীবা অমদি সমস্যা অমা অদুমক মায়োক্নদুনা লৈ, মদুদি ১বদা, রাগ ভৈরবী হায়বসি মধ্যমনা বাদী স্বরনি, ষড়জনা সম্বাদী স্বরনি, অদু ওইরবদি রাগ ভৈরবীগী বাদী স্বর অসি সপ্তক্কী পূর্বাঙ্গদা লৈররে, হায়বদি সপ্তক্কী অহানবা শরুক সা রে গ ম ফাওবগী মনুংদা লৈরে, মরম অসিনা রাগ ভৈরবীগী শকপা-শোনবগী মতম (গায়ন-সময়) অসি অয়ুক ওইফম থোক্তে। করিগুমবা রাগ অসিগী শকপগী মতম (গায়ন-সময়) অসি অয়ুক ওইরবদি হায়বদি উত্তরাঙ্গদা লৈরবদি ভৈরবীগী বাদী স্বর 'ম' সপ্তক্কী পূর্বাঙ্গদা করিগী লৈরম্লিবনো? অসিগুম্বা খুদোংথীবা অমদি হংনীংঙাই ওইবা মফম কয়ামুক অমা রাগ 'কামোদ' নচিংবদসু লৈ।

অতোপ্পা খুদোংথীবা অমনা ভীমপলাসীনচিংবা রাগ থরদসু মধ্যমনা বাদী ওইরগা ষরজনা সম্বাদী ওই। অদুবু সপ্তক্কী পূর্বাঙ্গগী শরুক অসি সা দগী ম ফাওবদমক লৌরবদি রাগ অসিগী বাদী, সম্বাদী স্বর অনীমক সপ্তক্কী পূর্বাঙ্গদা

লৈমিন্নরে, অদু ওইরবদি বাদী-সম্বাদী গী নিয়মগী মায়োক্তা লৈরে হায়বদি নিয়ম ইন্দ্রে। মথক্তা হায়খ্রিবা অদুগুম্না বসন্ত নচিংবা রাগ খরদসু সা অব্রাংবা হায়বদি তারা সা না বাদী স্বরনি অদুগা পঞ্চম না সম্বাদী স্বরনি। মথক্তা হায়রিবা অসুম্না সপ্তক্কী অনীশুবা শরুক হায়বদি উত্তরাঙ্গ অসি 'প' দগী 'সা' ফাওবা ওইরবদি রাগ বসন্তগী বাদী, সম্বাদী স্বর অনীমক সপ্তক্কী উত্তরাঙ্গদা লৈমিন্নরে মসিসু বাদী সম্বাদীগী নিয়মগী ব্রাংমদনি, অদুনা নিয়ম ইন্দ্রে হায়বা তারে।

হায়রিবা অরুবা খুদোংথীবশিং অসি কোক্লনবগীদমক পূর্বাঙ্গ উত্তবাঙ্গগী মফমশিং অসি খরা পাকথোক চাউথোকহল্লে। পূর্বাঙ্গদা সা রে গ ম ফাওবতমক ওইরম্বদগী পঞ্চম ফাওবা লৌশিন্দুনা সা রে গ ম প স্বর ৫ না ওইহল্লে। উত্তরাঙ্গদসু প ধ নি সা ফাওবতমক ওইরম্বদগী মধ্যম ফাওবা লৌশিন্দুনা ম প ধ নি সা স্বর ৫ না উত্তরাঙ্গ ওইহল্লে। মতৌ অসুম্না য়েম্ভোকপা (বিভাজন তৌবা) দগী 'সা ম প' স্বর অহুম অসিদি সপ্তক্কী পূর্বাঙ্গদসু য়াওই, উত্তরাঙ্গদসু য়াওই। স্বর অহুমসিগী মনুংদগী স্বর অমনা বাদী ওইরবদি পূর্বাঙ্গবাদী রাগ সু ওইবা য়াই নত্রগা উত্তরাঙ্গাবাদী রাগসু ওইবা য়াই। পূর্বাঙ্গ রাগরা নত্রগা উত্তরাঙ্গ রাগরা খঙননবগীদমক রাগদুগী শকপগী মতম (গায়ন সময়) তঙাইফদনা খঙদবা য়াদে। রাগশিংদুগী গায়ন সময় (শকপগী মতম) খঙলবতদা রাগদু পূর্বাঙ্গবাদীরা, উত্তরাঙ্গবাদীরা হায়বা অরেপ্পা খঙবা ঙমগনি। খুদম ওইনা রাগ মালকৌঁস দা 'ম' না বাদী স্বরনি। 'ম' স্বর অসি সপ্তক্কী পূর্বাঙ্গ উত্তরাঙ্গ অনীমক্তা য়াওই, মরমদি রাগ মাসকৌঁস অসি পূর্বাঙ্গবাদী রাগরা নত্রগা উত্তরাঙ্গবাদী রাগরা হায়বা অরেপ্পা থিবা তারবদি মখাদা পীরিবা নিয়ম খরা অসিনা লেপকনি। মদুদি অহিংগী অহুশুবা য়ুথক (ত্রিতীয় প্রহর) দা হায়বদি অহিং মমৈ ওইরকপা পুঙ ১২ তারকপা মতমদা রাগ অসিগী শকপা শোনবগী মতমনি হায়না লৌনৈ। নুমিদাং পুং ১২ দগী অয়ুক্কী পুং ১২ তাবা ফাওবগী মতম অসি উত্তব ভাগনি, মতম অসিদা উত্তরাঙ্গ বাদী রাগশিং শকপা-শোনবনচিংবা তৌই। মরম অসিনা মথক্তা হায়রিবা ব্রাফমসিগী মতুংইন্না রাগ মালকৌঁস উত্তরাঙ্গবাদী রাগনি। রাগ মালকৌঁস গী বাদী স্বর মধ্যম 'ম' অসি সপ্তক্কী উত্তরাঙ্গগী স্বরশিংগী মনুংদা অমনি। মতৌ অসুম্না পূর্বাঙ্গ অমদি উত্তবাঙ্গগী মফম খরা পাকথোক- চাউথোকপদগী পূর্বাঙ্গবাদী উত্তবাঙ্গবাদীগী মতাংদা খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লবা তারম্বদু কোকপ্নে হায়বদি লায়থোকহনে

# রাগশিংগী শকপা অমদি খোংবগী মতম
## (সময় সিদ্ধান্ত)

হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা রাগ খুদিংমক্কী শকপ-শোনবগী অকক্লবা মত লৈ, নিয়ম অসি থায়না - আ: কুইখ্রবা মতমদগী চৎনরকপনা হৌজিক ফাওবা চৎনরি। রাগ খুদিংমক মখোয় মখোয়গী শকপা-শোনবগী মতমশিং অদু কায়হন্দনা অমদি মতম চানা শক-শোল্লিবমখৈ থোইদোক হেন্দোক্লা নুংঙাইবা ফংই হায়বা খ্রাফম অসি কক্লিংঙাই লৈত্রবা খ্রাফম্নি। সঙ্গীত কলা হায়বসিদমক মতম মতম মতুংইন্না অহোংবা, অওনবা কয়ামুক লৈখ্রে, অদুবু রাগগী শকপা খোংবগী মতম অসিদি ঙসি ফাওবা হোংবা লৈত্রি। সঙ্গীতকী গ্রন্থকার খুদিংমক মথক্তা পীরিবা নিয়ম অসিদা লেঙদনা অদুমক ঙসি ফাওবা লৈরি। অদুনা নিয়ম অসি হৌজিক-হৌজিকমক চৎনরি।

হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা রাগশিংসি মরু ওইনা কাঙলুপ অহুম থোক্লা খায়দোকই, মসি রাগগী মতম মতুংইন্না খায়দোকপনি। মদুদি :-

(১) 'রে' অমসুং ধ কোমল ওইবা কাঙলুপ অমা

(২) 'রে' অমসুং ধ তীব্র হায়বদি শুদ্ধ ওইবা কাঙলুপ অমা

(৩) 'গ' অমসুং নি কোমল ওইবা কাঙলুপ অমা

(১) রে অমসুং ধ কোমল ওইবা রাগশিংবু হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা 'সন্ধি প্রকাশ রাগ' হায়রগা খঙনরে। হায়বদি রাগশিংসিগী মমীং সন্ধিপ্রকাশ রাগ হায়না কৌরে। ২শুবা অমদি ৩শুবা কাঙলুপকী রাগশিংগীদি থোইদোকপা মমীং লৈতে। মখোয়বু শম্লা 'রে' অমসুং 'ধ' শুদ্ধ ওইবা কাঙলুপ অমদি 'গ' অমসুং 'নি' কোমল ওইবা রাগ কাঙলুপ হায়রগা খঙনরে।

সন্ধি প্রকাশ হায়বদি অমম-অঙান তাইনবা, লোন্নবা মতম হায়বনি। সন্ধি প্রকাশকী মতম অসি নোংমদা অনীরক লৈ। নোংহাল্লকপগী অমম-

অঙান শিন্নবা মতম অমা অমদি নুমিৎ তারকপগী অমম-অঙান শিন্নবা অসিমা।

নোংঙাল্লকপা অমদি নুমিৎ তারকপা মতমদা শক্লরিবা অদুগা খোংনরিবা রাগশিং অসিবু সন্ধিপ্রকাশ রাগ কৌই। সন্ধি প্রকাশকী মতম অসি নোংঙানগদবা খরা রাংলিঙৈ মতমদগী হৌরকপনা নোংঙাল্লবা মতুং খরা থেঙথবা ফাওবা ওই, নুমিৎ তারকপগীসু নুমিৎ তাগদবা খরা রাংলিঙৈদগী হৌরগা মতুং মতম খরা ফাওবা ওই। সন্ধিপ্রকাশকী মতম অসি পুঙ অহুম লোমনি। অয়ুক্কী সন্ধি প্রকাশ নোংঙাল্লকপগী পুঙ ৪দগী হৌরগা অয়ুক্কী পুঙ ৭ ফাওবনি। অদুগা নুমিদাংগী সন্ধি প্রকাশসু নুংথিলগী পুঙ ৪ দগী হৌরগা নুমিদাংগী পুঙ ৭ ফাওবনি।

সন্ধি প্রকাশ রাগশিংগী থোইদোকপা মশক অমনা মধ্যম অসি য়াম্না মরু ওই। সন্ধি প্রকাশ রাগদা তীব্র মধ্যম 'ম' শীজিন্নরবদি মদু সন্ধ্যা কালীন সন্ধি-প্রকাশ রাগনি হায়বদি নুমিদাংরাইরমগী অমম-অঙান শিন্নবা মতমগী রাগনি হায়না খঙনগনি। অসুম্না শুদ্ধমধ্যম 'ম' না মরুওইনা শীজিন্নরবদি রাগ অদু প্রাতকালীন সন্ধিপ্রকাশ রাগ হায়বদি অয়ুক্কী অমম-অঙান শিন্নবা মতমগী সন্ধিপ্রকাশ রাগনি হায়না খঙনগনি। সন্ধিপ্রকাশ রাগদা 'রে' কোমল শোয়দনা ওইগনি, অদুগা ধ দি কোমল ওইরবসু নত্রগা ওইদ্রবসু য়াই। নুমিদাংরাইরমগী সন্ধিপ্রকাশ রাগদা 'ম' অনী শীজিন্নবা য়াওরবসু তীব্র মধ্যম্না মরু ওইবনি, শুদ্ধ মধামদি গৌন ওইগনি হায়বদি অপান্নবা শীজিন্নরোই। অয়ুক্কী সন্ধিপ্রকাশ রাগদসু 'ম' অনী শীজিন্নবা য়াওই, অদুবু শুদ্ধ মধ্যম্না হেন্না মরু ওই। তীব্র মধ্যমদি থোইনা মরু ওইদে।

(২) 'রে' 'ধ' শুদ্ধ ওইবা রাগশিং :- রে কোমল, গ শুদ্ধ ওইবা রাগশিংগী মতুংদা 'রে' 'ধ' শুদ্ধ ওইবা রাগশিংগী মতাং লাকই। বিলাবল, খমাজ অমদি কল্যান থাঠকী রাগশিং কাঙলূপ অসিগী মনুং চল্লি। কাঙলূপ অসিগী রাগশিংদা মরুওইনা মমীং পনবা য়ারিবসি বিলাবল, দেশকার, ভুপালী, গৌরসারঙ্গ, খমাজ, বিহাগ, য়মন, কেদারনচিংবনি। কাঙলূপ অসিগী থোইদোক-হেন্দোকপা রাফম অমনা মখোয়দা মতম লৈবা খিবিক্তা 'গ' শুদ্ধতমক শীজিন্নৈ, 'নি' দি কোমল অমদি শুদ্ধ অনীমক শীজিন্নবা য়াই।

কাঙলূপ অসিগী রাগশিংগী শকপগী মতমদি অয়ুক্কী পুঙ ৭ তগী ১০ ফাওবা অমা অমদি নুমিদাংগী পুঙ ৭ তগী ১০ ফাওবনি।

'রে' 'গ' শুদ্ধ ওইবা রাগশিংদা 'ম' গী মফম থোইনা হন্থদে। অয়ুক্কী পুঙ ৭ তগী ১০ ফাওবগী মনুংদা শকপা রাগশিংসিদা শুদ্ধ মধ্যম মরুওইনা শীজিন্নে। অদুগা নুমিদাংগী পুঙ ৭ তগী ১০ ফাওবদা শকপা রাগশিংদা তীব্র মধ্যমনা মরুওইনা শীজিন্নে। অদুবু হায়রিবা নিয়মসি ইন্দবা, মসিগী মায়োক্তা লৈবা রাগ কয়ামুকসু লৈতবা নত্তে। মখোয়শিংদুদি অয়ুক্কী রাগদা 'হিন্দোল' দা তীব্র র্ম শীজিন্নে। নুমিদাংগী রাগ খমাজ দেশ, তিলককামোদ দুর্গানচিংবদা শুদ্ধ মধ্যম শীজিন্নে। অদুবু সন্ধিপ্রকাশ রাগশিংদদি নিয়ম অসি কোমথোকপা, থোইনা ইন্দবা য়াওদে হায়বা য়াই, অদুগা অতৈ মতমগী রাগশিংদদি নিয়ম ইনবা, ইন্দবা নাই অমদি খরমখৈ কোমথোকই।

(৩) গ অমদি নি কোমল ওইবা রাগ :- অনীশুবা কাঙলূপকী রাগশিং শকপা লোইখিবগা 'গ' 'নি' কোমল ওইবা রাগশিংগী মতম অমুক লাকই। হায়রিবা মতম অসি অহিং-নুংথিল অনীমক্তা পুঙ ১০ দগী পুঙ ৪ তাবা ফাওবনি, হায়বদি নুমিদাং পুঙ ১০ দগী অয়ুক্কী পুঙ ৪ ফাওবা অমদি অয়ুক্কী পুঙ ১০ দগী নুংথিলগী পুঙ ৪ ফাওবগী মতম অসিনি। রাগ কাঙলূপ অসিগী মতম হেন্না য়াম্বগী মরম অসি অনীথোক্না খায়দোকপা য়াই:- অহানবদা, তোড়ী, আসাবরী, ভৈরবী অমদি কাফী থাট মরিগী রাগশিং লাকই, অদুনা মতম য়ামখিবনি; অনীশুবদা, তোড়ী, ভৈরবী দেশীনচিংবা, কাঙলূপকী রাগশিংসি পুঙ ১২ গী মমাঙ হায়বদি অয়ুক্কী পুঙ ১০ দগী শকপা (শোনবা) হৌগদবনি। অদুবু নিয়ম অসিগী মায়োক্তা লৈবা রাগসু লৈতবা নত্তে। মখোয়শিংদুদি পটতীপ, মধুবন্তীনচিংবা রাগশিংনি। রাগশিং অসি গ কোমল ওইরবসু 'নি' দি শুদ্ধ ওই।

# অধ্বদর্শক স্বর

অৱাংথংবা ভারতত্তা চৎনরিবা হিন্দুস্তানী সঙ্গীততা 'ম' মধ্যম স্বর অসি য়াম্না মরু ওইবা স্বরনি। রাগশিংগী শকপগী মতম হায়বদি গায়ন সময় অসি নুমিদাংলা নত্ত্রগা নুংথিল্লা হায়বসি মধ্যম স্বরনা তাকই। মরম অসিনা হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা 'ম' স্বরবু অধ্বদর্শক স্বর হায়বদি মায়কৈ তাকপা নত্ত্রগা লম্বেল তাকপা স্বর হায়না কৌই।

নোংম্মা শারিবা পুঙ ২৪ গী মতম অসিবু অনী থোক্লা খায়দোক্লগা অহানবা শরুক অদুবু পূর্বার্ধ কৌই। মসিগী মতম্মা অয়ুক্কী পুঙ ১২ দগী নুমিদাংগী পুঙ ১২ তাবা ফাওবনি। অনীশুবা শরুক অসিবুনা উত্তরার্ধ কৌই, মসিগী মতম্মা নুমিদাংগী পুঙ ১২ তাবদগী অয়ুক্কী পুঙ ১২ তাবা ফাওবনি। অহানবা শরুক হায়বদি পূর্বার্ধদা 'র্ম' তীব্র মধ্যম্মা মরুওই, অদুগা অনীশুবা শরুক্তনা শুদ্ধ 'ম' মধ্যম্মা মরুওইনা শীজিন্নৈ।

মথক্তা হায়রিবা নিয়মশিংসি ইন্দবা, নিয়মগী মায়োক্তা লৈবা রাগ কয়ামুকসু লৈতবা নত্তে, অদুবু পণ্ডিতশিংনা পুন্মমক অসি লেঙহন্দনা থম্বা যানবা নিয়ম অমদি অদুম শেম্বিরম্মী।

মথক্তা পল্লিবা নিয়মশিং অসি ঙাক্লা চৎলিবা, মপুঙফানা ঙাক্লা চৎপা রাগশিংদি সন্ধিপ্রকাশ রাগশিংনি, নুমিদাংৱাইরম হায়বদি সায়ং কালীন সন্ধিপ্রকাশ রাগশিংদা 'র্ম' তীব্র মধ্যম্মা মরুওইবা স্বরনি, মখোয়সি মাররা অমদি পূর্বী থাটতগী পোকপা রাগশিংনি। রাগ পূর্বীদা মধ্যম অনী অনী শীজিন্নরবসু র্ম তীব্র মধ্যম্মা মরুওইবা স্বরনি। শুদ্ধ মধ্যমদি হেন্না মরু ওইদে। অয়ুক্কী হায়বদি প্রাত কালীন সন্ধি প্রকাশ রাগশিংদনা শুদ্ধ মধ্যম্মা মরুওইবা স্বরনি। রাম কলি, ললিতনচিংবা রাগদা 'ম' অনী য়াওই, অদুবু শুদ্ধ মধ্যম্মা মরুওইবা স্বরনি, তীব্র মধ্যমদি মরু ওইদে। খরা শন্দোক্লা হায়বা তারবদা - নুংথিল পুঙ ৪ দগী অয়ুক্কী পুঙ ৪ ফাওবা (গ নি কোমল ওইবা রাগশিং নত্তনা) শক্র-শোন্নরিবা রাগশিংসি 'র্ম'

তীব্র মধ্যাম্মা অয়াম্বা শীজিন্নৈ। মতৌ অসুম্মা অয়ুক পুঙ ৪ দগী নুংথিল পুঙ ৪ তাবা ফাওবা (অয়ুক্কী সন্ধি প্রকাশ রাগশিং খুদম ওইনা - রামকলী, শোহনী বসন্তনচিংবা অমদি নুংথিলগী রাগশিংগী মনুংদা হিন্দোল, তোরী মুলতানীনচিংবা রাগশিং নত্তুনা) কোমল মধ্যাম্মা মরু ওইবা স্বরনি। মরম অসিনা মধ্যম স্বর অসিনা অহিং অমদি নুংথিলগী মতম্বু তাকই হায়দুনা মসিবু অধ্বদর্শক স্বর হায়রগা খঙনৈ।

মতাং অসিদা খঙজিনগদবা অমনা সন্ধিপ্রকাশ রাগশিংদা 'গ' অমসুং 'নি' স্বর অনী অসি অমুক্তদা পুল্লপ্পা বর্জিত ওইবা য়াদে হায়বদি স্বর অনী অসি পুল্লপ্পা লৌথোকপা য়াদে। করিগুম্বা রাগ অমদা 'গ' বর্জিত ওইরবদি 'নি' য়াওগনি, অদুগা নি বর্জিত ওইরগনা 'গ' য়াওগনি।

সন্ধিপ্রকাশ রাগশিংগী মমাঙদা লৈবা হায়বদি সন্ধিপ্রকাশ রাগশিংগী মতম য়ৌদ্রিঙৈগী মমাঙ নুমিদাং গী প্রহর (য়ুথক) ৩ শুবদা অমদি নুংথিলগীসু ৩ শুবদা শরুদবা 'গ' 'নি' কোমল ওইবা রাগশিংসি অয়াম্বনা 'সা', 'ম' অমদি 'প' স্বর অহুম অসিদা লেপই হায়বদি বিশ্রাম তৌই। অমদি স্বর অহুম অসিগী মনুংদা অমা নত্তুগা অমদা বাদী স্বর ওই।

শকপগী মতমগী মতুংইন্না রাগশিংসি শরুক অহুমথোক্না খায়দোকই; মদুদি :-

(১) রে অমসুং ধ কোমল ওইবা রাগশিং হায়বদি সন্ধিপ্রকাশ রাগশিং :- কাঙলূপ অসিগী রাগশিংসি রে কোমল শোয়দনা ওইগনি, অমদি 'গ' 'নি' তীব্র হায়বদি শুদ্ধ স্বর ওইগনি, 'ধ' দি কোমল নত্তুগা তীব্র (শুদ্ধ) ওইবা য়াই।

(২) 'রে' 'ধ' তীব্র (শুদ্ধ) ওইবা রাগশিং:- কাঙলূপ অসিগী রাগশিং অসি 'রে' 'গ' অমসুং 'ধ' তীব্র (শুদ্ধ) ওইগনি। 'নি' দি কোমল ওইরবসু তীব্র ওইরবসু য়াই।

(৩) 'গ' 'নি' কোমল ওইবা রাগশিং :- কাঙলূপ অসিগী রাগশিংসিদা 'গ' 'নি' কোমল শোয়দনা ওইগনি, 'রে' অমসুং 'ধ' দি কোমল ওইরবসু তীব্র (শুদ্ধ) ওইরবসু ইয়া-য়াই।

মথক্তা হায়রিবা রাগ কাওলূপশিংসিগী শকপগী মতমগী নিয়ম (সময় সিদ্ধান্ত) গী মতুংইন্না পুঙ ২৪ গী মনুংদা করম করম্বা মতমদা করম করম্বা রাগ শক-শোনগদগে হায়বগী অরায়বা নিয়ম অমা খঙজিনবা চুমই। নিয়ম অদুদি 'রে' 'ধ' শুদ্ধ ওইবা রাগশিং শকপগী মতম লোইশ্রবা মতুংদা শক্কদবনি। হায়রিবা মথং -মনাও নাইবা মওং অসি নোংমগী মনুংদা হায়বদি পুঙ ২৪ গী মনুংদা অনীরক ওইগদবনি। মতৌ অসুন্না কাওলূপ অহুম অসিগী রাগ খুদিংমক পুঙ ২৪ গী মনুংদা গায়ন সময় (শকপগী মতম) অনীরক লাকই।

# পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীগী থাট ৭২

পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখী খা ভারতকী তঞ্জোর হায়বা মফম অদুদা লৈরম্বা মমীং চৎলবা অফাওবা পণ্ডিত অমনি। মহাক্না ১৭ শুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা 'চতুর্দাণ্ডিপ্রকাশিকা' কৌবা সঙ্গীতকী লাইরিক অমা ইরম্মী। মহাক্না অঙ্কগী মতেংনা সপ্তকী শুদ্ধ অমদি বিকৃত স্বর ১২ দগী থাট ৭২ পুথোক্লম্মী। সপ্তকী শুদ্ধ অমদি বিকৃত স্বর ১২ দগী থাট ৭২ পুথোকপগী নিয়ম হায়বদি সিদ্ধান্ত অসি মহাক্কী, মথক্তা পনখিবা 'চতুর্দাণ্ডিপ্রকাশিকা' হায়বা লাইরিক অদুগী মতেংনা চৎনহল্লম্মী। অদুম্মদি ওইরগা থাট-রাগ বর্গীকরণ তৌনবগীদমক্তদি শুপ্নতগী থাট ১৯ খক্তমক শীজিন্নরম্মী। অসুম্না দক্ষিনী পদ্ধতিগী রাগ পুম্নমক থাট ১২ অদুদা হাপচিল্লি হায়বদি বর্গীকরণ তৌই।

থাটকী শব্দোকপা অর্থ হায়বদি পরিভাষা দি 'অভিনবরাগমঞ্জরীদা' মখাগী অসুম্না পীরি।

**মেলঃ স্বরসমুহঃ স্যাদ্রাগব্যঞ্জনশক্তিমান্।**

**ভাবার্থ :-** রাগ ওইরকপা অমদি পোক্লকপা স্বরগী কাণ্ডলূপ নত্ত্রগা মপৈ অদুবু মেল নত্ত্রগা থাট হায়না কৌই।

**ব্যঙ্কটমখীগী থাটকী থোইদোকপা মরম খরা :-** থাটতি মতম লৈবখিবিক্তা সম্পূর্ণ ওইগনি। থাটতা স্বর ৭ তগী তাবা নত্ত্রগা হেনবা য়াদে। থাট কী স্বর ৭ মথং-মনাও কায়দনা লৈগদবনি হায়বদি 'সা' গী মতুংদা রে, রেগী মথংদা 'গ', 'গ' গী মথংদা 'ম' অসুম্না 'নি' ফাওবা কায়দনা লৈগনি। করিগুম্বা স্বর অমগী মশক অসি থংন-থংননা লৈবা য়াই হায়বদি থংননা শীজিন্নবা য়াই হায়বা রাফম অসি পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীনা হায়। অদুবু স্বরগী মীৎয়েংদা য়েংলগদি স্বর অমগী মশক অনী থংননা শীজিন্নবা যাদে হায়রি। ব্যঙ্কটমখীগী স্বরদি মমীং অনী-অনী থোক্লা লৈখিবনা থংননা শীজিন্নবদা অকায়বা লৈতে। স্বর অমগী মমীং অনী

থোল্লিবগী মরমদি শুপ্পগী রাগগী মীৎয়েংখক্তদা শীজিন্নরম্বনি; থাটকীদমক্তদি অমখক্তমক ওইগনি।

অনৌবা যুগ অসিদা শুদ্ধ অমসুং বিকৃত পূল্লগা স্বর ১২ শুরিবা অসিগুমদুনা পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীগীসু স্বর ১২ অদুম শুই। মহাক্কী স্বরগী মমীং ২-২ শুরিবা অসিগী মনুংদা দারকারগী মতুংইন্না অমা হেক্তা শীজিন্নবা য়াই, খুদম ওইনা করিগুম্বা থাট অমদা 'রে' অনী লৈরম্লবদি অহানবা 'রে' অদুদি 'রে' ওইনা অদুম লৈগনি, অনীশুবা 'রে' অদুদি 'গ' ওইগনি। মতৌ অসুম্না 'গ' অনী লৈরবসু অহানবগী গ অদু ষট শ্রুতি 'রে' ওইনা লৈগনি, অনীশুবা অদুনা 'গ' ওইগনি। 'ধ' অনী লৈরবদি অহানবগী 'ধ' অদু 'ধ' ওইনা লৈগনি ২শুবা 'ধ' না 'নি' ওইগনি। অসুম্না 'নি' অনী লৈরবদি অহানবা 'নি' না 'ধ' ওইগনি, অনীশুবা 'নি' না 'নি' ওইগনি।

**হিন্দুস্থানী অমদি ব্যঙ্কটমখী স্বরশিং চাংদম্নবা**

| হিন্দুস্থানীগী স্বর মমীং | পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীগী স্বর মমীং |
|---|---|
| সা | সা |
| রে কোমল | রে শুদ্ধ |
| রে শুদ্ধ | রে পঞ্চশ্রুতি 'রে' নত্ত্রগা শুদ্ধ গ |
| গ কোমল | গ ষটশ্রুতি রে নত্ত্রগা সাধরণ গ |
| গ শুদ্ধ | গ অন্তর 'গ' |
| ম শুদ্ধ | ম শুদ্ধ ম |
| ম তিব্র | ম প্রতি ম নত্ত্রগা বরালী ম |
| প | প |
| ধ কোমল | ধ শুদ্ধ |
| ধ শুদ্ধ | ধ পঞ্চশ্রুতি 'ধ' শুদ্ধ 'নি' |
| নি কোমল | নি ষটশ্রুতি ধ নত্ত্রগা বৈশিক 'নি' |
| নি শুদ্ধ | নি কাকলী 'নি' |

মথক্তা হায়খিবা মরমশিং অসিনা দক্ষিন ভারতকী সঙ্গীতকী থাট শেম্বদা স্বর অমগী মশক অনী থংন-থংননা শীজিন্নরবসু সা রে গ ম প ধ নি র্সা মথং-মনাও অদুদি কায়দনা অদুম উগনি।

**থাট কী থোইদোকপা নিয়ম খরা -**

(১) থাট মতম লৈবা খিবিক্তা স্বর ৭ ওইগদবনি। স্বর ৭ তগী তারবদি থাট শেম্বা য়াদে। মরমদি স্বর ৭ তগী তারবদি স্বর ৭ কী ওইবা হায়বদি সম্পূর্ণ রাগ পুথোকপা য়াদে।

(২) থাট কী স্বরশিং অসি সা রে গ ম প ধ নি হায়না মথং-মনাও কায়দনা লৈদগদবনি নত্তবদি থাট শেম্বা য়াদে।

(৩) থাটতা স্বর অমগী মশক অনী হায়বদি কোমল অমসুং তীব্র থংননা শীজিন্নবা য়াই। উত্তর ভারতীয় সঙ্গীতকী স্বর পদ্ধতিগী মীৎয়েংদদি স্বর অমত্তগী মশক অনী থংননা শীজিন্নবা য়াদে হায়বসি মমাঙদসু হায়খ্রে। অদুবু ব্যঙ্কটমখীগী স্বর পদ্ধতিদদি অকায়বা লৈতে।

(৪) থাটতা আরোহদমক লৈগনি, অবরোহগী থোইদোক্লা কান্নবা লৈতে। থাটতা রঞ্জক্তা (পূক্লিং হূহনবা) গী থোইদোকপা দরকার লৈতে।

পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীগী থাট ৭২ অসি মতৌ করম তৌনা শেম্বগে হায়বা অদু অমুক য়েংলসি :-

অহানবদা, পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীনা সপ্তকী স্বর ১২ হায়বদি সা দগী নি ফাওবা মথং-মনাও কায়দনা লৌই মদুদি সা রে রে গ গ ম র্ম প ধ ধ নি নি । মতম খরদংগী ওইনা তীব্র 'র্ম' থাদোক্লগা তার সা ফাওবা লৌশিন্নগা স্বর ১২ মপুঙ ফাহল্লি। স্বর ১২ অসিবু শরুক অনী থোক্লা খায়দোক্লগা শরুক অমমমদা ৬-৬ লৈরে। অহানবা শরুকপুনা সপ্তকী পূর্বার্ধ কৌরে, অনীশুবা অদুবুনা উত্তরার্ধ হায়রে।

| পূর্বার্ধ | উত্তরার্ধ |
|---|---|
| সা রে রে গ গ ম | প ধ ধ নি নি সা |

সপ্তক অমদা স্বর ৭ লৈবসিদা তার (অৱাংবা) সা হাপচিল্লগা স্বর ৮ শুহল্লে। থাট শেম্বদা সপ্তকী শরুক ২ থোক্লা খায়দোক্লগা শরুক অনীমক্তা ৪-৪ লৈরে। পূর্বার্ধ গী স্বর ৪ না স্বর ৬ য়াওবা কাঙলূপ অমা পুথোকপা য়ারে। উত্তরার্ধ দসু অসিগুম্বা কাঙলূপ অমা শেম্বা য়ারে। অহানবা শরুকী স্বর কাঙলূপকী

অহৌবা 'সা' অকোনবদা 'ম' লৈগনি, অনীশুবগী শরুক্ত হৌবদা 'প' অরোইবদা সা লৈগনি। মখাগী চার্ট অসি য়েংসি :-

| পূর্ব মেলার্ধ | উত্তর |
|---|---|
| (১) সা রে রে ম | (১) প ধ ধ সা |
| (২) সা রে গ ম | (২) প ধ নি সা |
| (৩) সা রে গ ম | (৩) প ধ নি সা |
| (৪) সা রে গ ম | (৪) প ধ নি সা |
| (৫) সা রে গ ম | (৫) প ধ নি সা |
| (৬) সা গ গ ম | (৬) প নি নি সা |

মতৌ অসিগুম্না সপ্তকী ভাগ খুদিংগী তোঙান-তোঙানবা স্বরশিংগী কাঙলূপ ৬-৬ পুথোকপা য়াই। অহানবা ওয়থংবা স্বরগী পরেংশিং অসিবুনা পূর্ব মেলার্ধ কৌই। সপ্তকী স্বর ১২ অসিবু তোঙান-তোঙানবা মওংদা স্বরশিংসি অমগা অমগা খেন্নবা শেল্লগা থাট ৩৬ পুথোকপা য়াই।

পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীনা পূর্ব মেলার্ধগী অহানবা স্বর পরেং অসিদা উত্তর মেলার্ধগী স্বর মপৈ হায়বদি ১বা স্বর পরেং অসি শমজিল্লগা অহানবা থাট অমা শেল্লে। মতৌ অসুম্না য়েৎথংবা ২ শুবা স্বর পরেং অসি অহানবা ওয় থংবা পরেং অসিদা অমুক শমজিনগনি। মসিনা ২শুবা থাট ওইরে। অসুম তৌদুনা মথং-মনাও কায়হন্দনা ৩,৪,৫ অমদি ৬শুবা ফাওবা শমজিনগনি। মসি ফাওবদা থাট ৬ শুরগনি। ওয় থংবগী পূর্ব মেলার্ধগী ২শুবা স্বর পরেং অসিদা অমুকসু য়েৎথংবা উত্তর মেলার্ধগী ১,২,৩,৪,৫,৬ ফাওবা মথং-মথং শনজিন্নরগা থাট ৬ শুরে। মতৌ অসুম্না অরোইবা ফাওবদা পুল্লপ্না থাট (৬ x ৬ = ৩৬) ৩৬ শুগনি।

পূর্ব মেলার্ধগী অহানবা স্বর পরেংদা উত্তর মেলার্ধগী স্বর পরেংশিং অহানবদগী তরুক শুবা ফাওবা মথং মথং শমজিন্নবগী খুদম মখাদা উৎলি।

| পূর্ব মেলার্ধ | উত্তর |
|---|---|
| (১) সা রে রে ম | (১) প ধ ধ সা |
| (২) সা রে রে ম | (২) প ধ নি সা |
| (৩) সা রে রে ম | (৩) প ধ নি সা |

(৪) সা রে রে ম　　　(৪) প ধ নি স̇া
(৫) সা রে রে ম　　　(৫) প ধ নি স̇া
(৬) সা রে রে ম　　　(৬) প নি নি স̇া

অনীশুবদা

(১) সা রে গ ম　　　(১) প ধ ধ স̇া
(২) সা রে গ ম　　　(২) প ধ নি স̇া
(৩) সা রে গ ম　　　(৩) প ধ নি স̇া
(৪) সা রে গ ম　　　(৪) প ধ নি স̇া
(৫) সা রে গ ম　　　(৫) প ধ নি স̇া
(৬) সা রে গ ম　　　(৬) প নি নি স̇া

মতৌ অসুন্না পূর্বমেলার্থ মশীং ৬ শুবা ফাওবা তৌগনি। শমজিন্নরবা স্বরশিংদগী থোক্লকপা থাটশিংগী শক্তম মখাদা পীরি :-

(১) সা রে রে ম প ধ ধ স̇া
(২) সা রে রে ম প ধ নি স̇া
(৩) সা রে রে ম প ধ নি স̇া
(৪) সা রে রে ম প ধ নি স̇া
(৫) সা রে রে ম প ধ নি স̇া
(৬) সা রে রে ম প নি নি স̇া

অসুমতৌনা অঙ্কগী পাম্বনা শুদ্ধ মধ্যমগী থাট ৩৬ পুথোকই, তীব্র মধ্যমগী থাট ৩৬ অমগা পুল্লপ্পা থাট ৭২ শুরে। কাউরোইদবদি, হান্নগী মওং অদুদা শুপ্লগী তীব্র মধ্যমদং হোংলগা অনৌবা থাট ৩৬ অমগা অমুক পুথোকপদুনা পূন্না থাট ৩৬ + ৩৬ = ৭২ শুবনি। মখোয়শিংসিগী মনুংদগী থাট ১৯ শক্তমক হৌজিক ফাওবা চৎনরি।

# থাট অমদগী রাগ ৪৮৪ পোকপা

পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীনা থাট ৭২ পুথোক্লবা মতুংদা অমুক অঙ্কগী পান্থৈনা থাট অমখক্তদগী রাগ ৪৮৪ পুথোকই। জাতি খেন্নবনা মরম ওইরদুনা থাট অমখক্তদগী রাগ ৪৮৪ পোকহনবগী মতাংদা হায়রি - রাগগী জাতি অসি মরুওইনা অহুম থোক্লা খায়দোকই :- সম্পূর্ণ-সম্পূর্ণ, ষাড়ব-ষাড়ব, অমদি ঔড়ব-ঔড়ব। জাতিশিং অদুবু অমুক থুগাইরগা অমগা অমগা তিনশিন্নদুনা জাতি ৯ অমুক শুহল্লি, মখোয় অদুদি (১) সম্পূর্ণ - সম্পূর্ণ (২) সম্পূর্ণ - ষাড়ব (৩) সম্পূর্ণ - ঔডব (৪) ষাড়ব - সম্পূর্ণ (৫) ষাড়ব - ষাড়ব (৬) ষাড়ব - ঔডব (৭) ঔডব - সম্পূর্ণ (৮) ঔডব - ষাড়ব (৯) ঔডব - ঔডব

পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীগী রাগ রচনা বিধি হায়বদি রাগ শেম্বগী পথাপ-পরিং অসি শন্নপ্লা মওংদা হায়বা তারবদি অসুম্মা হায়বা য়াই। অহানবদা শুদ্ধ থাট হায়বদি বিলাৱল থাট অসিদা রাগ গী জাতি মাপল অসিনা পান্থৈ ওইরগা রাগ মশীং কয়ামুক পুথোকপা য়াই।

## (১) সম্পূর্ণ জাতি রাগ :-

সম্পূর্ণ-সম্পূর্ণ রাগ অমখক্তদগী হেন্না পুথোকপা য়াদে, মরমদি আরোহ-অবরোহ স্বর ৭*৭ তনি। অদুনা রাগ অমদগী হেন্না পুথোকপা য়াদে।

## (২) সম্পূর্ণ-ষাডব রাগ :-

কাঙলূপ অসিদা রাগ ৬ খক পুথোকপা য়াগনি। আরোহদদি সম্পূর্ণ জাতি ওইবনীনা রাগ খুদিংমক্তা আরোহদি চপ মান্নগনি অদুগা অবরোহদদি হোংগনি। আরোহ অসিবু অবরোহ ৬ মক্তা মথং মথং শমজিল্লবদি রাগ ৬ পোক্কনি। অবরোহদা ১বদা রে, ২শুবদা গ, ৩শুবদা ম, ৪শুবদা প, ৫শুবদা ধ অমদি ৬শুবদা নি বর্জিত ওইগনি, হায়বদি য়াওরোই। খুদম ওইনা:-

| আরোহ | অবরোহ |
|---|---|
| (১) সা রে গ ম প ধ নি | সা̇ নি ধ প ম গ x সা |
| (২) সা রে গ ম প ধ নি | সা̇ নি ধ প ম x রে সা |
| (৩) সা রে গ ম প ধ নি | সা̇ নি ধ প x গ রে সা |
| (৪) সা রে গ ম প ধ নি | সা̇ নি ধ x ম গ রে সা |
| (৫) সা রে গ ম প ধ নি | সা̇ নি x প ম গ রে সা |
| (৬) সা রে গ ম প ধ নি | সা̇ x ধ প ম গ রে সা |

### (৩) সম্পূর্ণ-ওডব জাতি রাগ :-

কাওলূপ অসিগী রাগদস্ আরোহদি হোংলোই, অবরোহদদি মথং মথং হোংদুনা চৎকনি। সপ্তকী 'সা' নত্তনা অতৈ স্বরদি ২-২ জুরা ওইনা বর্জিত ওইগনি হায়বদি য়াওরোই। অদুগুম্বা স্বর জুরা অদু ১৫ রক শেমগনি। হায়রিবসি অবরোহদতা ওইগনি, আরোহদদি বর্জিত ওইরোই। খুদম ওইনা স্বরশিংগী জুরা-নি ধ, নি প, নি ম, নি গ, নি রে, ধ প, ধ ম, ধ গ, ধ রে, প ম, প গ, প রে, ম গ, ম রে, গ রে, জুরা ১৫ অসি অবরোহ ১৫ রক্তা থাদোক থাদোক্লুনা চৎকনি।

| | আরোহ অমা (১) | অবরোহ তরামঙা (১৫) |
|---|---|---|
| (১) | সা রে গ ম প ধ নি | x x প ম গ রে সা |
| (২) | সা রে গ ম প ধ নি | x ধ x ম গ রে সা |
| (৩) | সা রে গ ম প ধ নি | x ধ প x গ রে সা |
| (৪) | সা রে গ ম প ধ নি | x ধ প ম x রে সা |
| (৫) | সা রে গ ম প ধ নি | x ধ প ম গ x সা |
| (৬) | সা রে গ ম প ধ নি | নি x x ম গ রে সা |
| (৭) | সা রে গ ম প ধ নি | নি x প x গ রে সা |
| (৮) | সা রে গ ম প ধ নি | নি x প ম x রে সা |
| (৯) | সা রে গ ম প ধ নি | নি x প ম গ x সা |
| (১০) | সা রে গ ম প ধ নি | নি ধ x x গ রে সা |
| (১১) | সা রে গ ম প ধ নি | নি ধ x ম x রে সা |

| | |
|---|---|
| (১২) সা রে গ ম প ধ নি | নি ধ x ম গ x সা |
| (১৩) সা রে গ ম প ধ নি | নি ধ প x x রে সা |
| (১৪) সা রে গ ম প ধ নি | নি ধ প x গ x সা |
| (১৫) সা রে গ ম প ধ নি | নি ধ প ম x x সা |

**(৪) ষাড়ব-সম্পূর্ণ রাগ-৬ :-**

জাতি অসিগী রাগশিং অসিসু নম্বর ২শুবদা হায়খিবা অদুগুম্না তৌগনি, খেন্নবা হায়ববু মসিদনা আরোহদা স্বর অমা বর্জিত ওইগনি হায়বদি য়াওরোই। অবরোহনা সম্পূর্ণনি অদুগা আরোহনা ষাড়বনি।

| আরোহ তরুক (৬) | অবরোহ তরামঙা (১৫) |
|---|---|
| (১) সা রে গ ম প ধ x | নি ধ প ম গ রে সা |
| (২) সা রে গ ম প x নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৩) সা রে গ ম x ধ নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৪) সা রে গ x প ধ নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৫) সা রে x ম প ধ নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৬) সা x গ ম প ধ নি | নি ধ প ম গ রে সা |

**(৫) ষাড়ব-ষাড়ব জাতিগী রাগ ৬ x ৬ = ৩৬**

কাঙলূপ অসিগী রাগ ৩৬ শুই। মসিগী নিয়ম - সপ্তকী স্বর ৭ কী মনুংদা 'নি' বর্জিত তৌরগা স্বর ৬ তমক থমগনি। মথংদ ধ, মথংদা প, মথংদা ম, অদুদগী গ অরোইবদা রে মথং মথং ওইনা লৌথোক্কনি হায়বদি বর্জিত তৌগনি। অসুম্না ষাডব জাতিগী আরোহ ৬ লৈগনি, মসিগা চপ মান্ননা ষাডব জাতিগী 'নি' দগী বর্জিত তৌবা অবরোহ ৬ অমা মথং মথং শমজিনগনি। মতৌ অসুম্না তৌরবা মতুংদা অহানবা আরোহদা ৬শুবা অবরোহদগী হৌদুনা মথং-মথং ৬ লক শমজিনগনি, অসুম্না ষাডব জাতিগী রাগ ৬ পুথোক্কনি। আরোহ ২শুবা, ৩শুবা, ৪শুবা, ৫শুবা অমদি ৬শুবা ফাওবদা অবরোহশিং শমজিনবদা ষাডব-ষাডব জাতিগী রাগ পূম্না ৬ x ৬ = ৩৬ পুথোকপা য়াগনি। খূদম ওইনা :-

| | আরোহ তরুক (৬) | অবরোহ তরামঙা (১৫) |
|---|---|---|
| (১) | সা রে গ ম প ধ x | x ধ প ম গ রে সা |
| (২) | সা রে গ ম প x নি | নি x প ম গ রে সা |
| (৩) | সা রে গ ম x ধ নি | নি ধ x ম গ রে সা |
| (৪) | সা রে গ x প ধ নি | নি ধ প x গ রে সা |
| (৫) | সা রে x ম প ধ নি | নি ধ প ম x রে সা |
| (৬) | সা x গ ম প ধ নি | নি ধ প ম গ x সা |

মতৌ অসুম্না অহানবা আরোহ ৬ অমসুং অবরোহ ৬ পুথোক্লগা মখাগী অসুম্না রাগ পুথোক্কনি। ১বা আরোহদা অবরোহ ৬ শমজিন্নদুনা রাগ পুথোক্কনি মথংদা ২শুবদগী রাগ ৬, ৩শুবদগী রাগ ৬ মথং মথং পুথোক্লবদি রাগ ৩৬ শুগনি।

| | রাগগী আরোহ | রাগগী অবরোহ |
|---|---|---|
| (১) | সা রে গ ম প ধ x | নি ধ প ম গ x সা |
| (২) | সা রে গ ম প ধ x | নি ধ প ম x রে সা |
| (৩) | সা রে গ ম প ধ x | নি ধ প x গ রে সা |
| (৪) | সা রে গ ম প ধ x | নি ধ x ম গ রে সা |
| (৫) | সা রে গ ম প ধ x | নি x প ম গ রে সা |
| (৬) | সা রে গ ম প ধ x | x ধ প ম গ রে সা |

অসুম্না ৬ লক হন্না তৌগনি। মথক্কী অসুম্না অমুকসু অনীশুবা আরোহ পরেং অসি অবরোহ পরেং ৬ অসি হাপচিল্লক্কনি। মথং-মথং মশীং ৬শুবা ফাওবা লেংশিল্লকপদা রাগ ৬ x ৬ = ৩৬ শুগনি।

### (৬) ষাডব - ঔরব রাগ (৬ x ১৫) = ৯০

জাতি অসিগী রাগ ৯০ শুই। রাগশিংসি পুথোক্লবা পথাপ (নিয়ম) শন্নপ্না মখাদা পীরি।

আরোহ ৬ অবরোহ ১৫ হান্না শেমগনি। মথক্তসু য়াওস্রে, আরোহদা সপ্তক্কী স্বর ৭ অসি নি দগী হৌনা রে ফাওবা স্বর অমমম থাদোক্লুনা আরোহ ৬

শেমগনি। মথংদা অবরোহ ১৫ শেমগনি। অবরোহ খুদিংগী স্বর ২-২ থাদোক্লুনা অবরোহ ১৫ শেমগনি। খুদম:- নিধ, নিপ, নিম, নিগ, নিরে, ধপ, ধম, ধগ, ধরে, পম, পগ, পরে, মগ, মরে, গরে।

মথক্কী স্বর জুরা ১৫ অসি মথং মথং অবরোহ খুদিংগী বর্জিত ওইদুনা চৎলগা অবরোহ ১৫ শেমগনি। মখাদা চার্ট অমা উৎলি:-

| | আরোহ (৬) | অবরোহ (৫) |
|---|---|---|
| (১) | সা রে গ ম প ধ x | x x প ম গ রে সা |
| (২) | সা রে গ ম প x নি | x ধ x ম গ রে সা |
| (৩) | সা রে গ ম x ধ নি | x ধ প x গ রে সা |
| (৪) | সা রে গ x প ধ নি | x ধ প ম x রে সা |
| (৫) | সা রে x ম প ধ নি | x ধ প ম গ x সা |
| (৬) | সা x গ ম প ধ নি | নি x x ম গ রে সা |
| | | নি x প x গ রে সা |
| | | নি x প ম x রে সা |
| | | নি x প ম গ x সা |
| | | নি ধ x x গ রে সা |
| | | নি ধ x ম x রে সা |
| | | নি ধ x ম গ x সা |
| | | নি ধ প x x রে সা |
| | | নি ধ প x গ x সা |
| | | নি ধ প ম x x সা |

মতৌ অসুম্না মথক্কী আরোহ কাওলৃগুগী অহানবা নং ১গী আরোহগী পরেং অসিদা অবরোহগী পরেং ১৫ অসি মথং-মনাও কায়হন্দনা মথং-মথং শমজিনগনি, খুদম ওইনা-

| ষাড়ব জাতি রাগগী |  | ঔড়ব জাতি রাগগী |
|---|---|---|
| আরোহ (৬) | (৬ X ১৫ = ৯০) | অবরোহ |
| (১) সা রে গ ম প ধ x |  | x x প ম গ রে সা |
| (২) সা রে গ ম প ধ x |  | x ধ x ম গ রে সা |
| (৩) সা রে গ ম প ধ x |  | x ধ প x গ রে সা |
| (৪) সা রে গ ম প ধ x |  | x ধ প ম x রে সা |
| (৫) সা রে গ ম প ধ x |  | x ধ প ম গ x সা |
| (৬) সা রে গ ম প ধ x |  | নি x x ম গ রে সা |
| (৭) সা রে গ ম প ধ x |  | নি x প x গ রে সা |
| (৮) সা রে গ ম প ধ x |  | নি x প ম x রে সা |
| (৯) সা রে গ ম প ধ x |  | নি x প ম গ x সা |
| (১০) সা রে গ ম প ধ x |  | নি ধ x x গ রে সা |
| (১১) সা রে গ ম প ধ x |  | নি ধ x ম x রে সা |
| (১২) সা রে গ ম প ধ x |  | নি ধ x ম গ x সা |
| (১৩) সা রে গ ম প ধ x |  | নি ধ প x x রে সা |
| (১৪) সা রে গ ম প ধ x |  | নি ধ প x গ x সা |
| (১৫) সা রে গ ম প ধ x |  | নি ধ প ম x x সা |

মথক্কী অসুম্না নং ২ গী অনী শুবা আরোহদা অমুক শমজিনগনি। আরোহগী পরেং ৬শুবা ফাওবা মথং-মথং পোল্লকপা ষাড়ব-ঔড়ব জাতিগী রাগ ৬ x ১৫ = ৯০ শুগনি।

## (৭) ঔড়ব-সম্পূর্ণ জাতি রাগ ১৫ x ১ = ১৫

ঔড়ব-সম্পূর্ণ জাতিসু রাগ ১৫ শুই। রাগশিংসি পোকপগী পথাপ-পরিং (নিয়ম)দি সম্পূর্ণ-ঔড়ব জাতিগী রাগ পোকপগী পথাপ (নিয়ম)গা মান্নে। খেন্নবা হায়ববু অহানবগীনা আরোহদা সম্পূর্ণ ওই অমদি অবরোহদনা ঔড়ব ওই। অনীশুবদনা আরোহদা ঔড়ব ওই অদুগা অবরোহদনা সম্পূর্ণ ওই। আরোহদা 'সা' নত্তনা লেমহৌরিবা স্বরশিং অদু জুরা ১৫ থোক্লা শেমগনি, খুদমদি - ধনি, পনি, মনি, গনি, রেনি, পধ, মধ, রেধ, মপ, গপ, রেপ, গম, রেম, রেগ।

স্বর জুরাশিংসি আরোহ খূদিংগী জুরা অমমম, মথং-মথং থাদোক্তুনা চৎকনি অমদি আরোহ ১৮ শুগনি। অবরোহদি সম্পূর্ণনিনা অমখক্তা ওইগনি।

ঔডব-আরোহ খূদিংগী সম্পূর্ণ অবরোহ অসি মথং-মথং হাপচিনগনি।

| আরোহ -১৫ | | অবরোহ - ১ |
|---|---|---|
| (১) | সা রে গ ম প x x | নি ধ প ম গ রে সা |
| (২) | সা রে গ ম x ধ x | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৩) | সা রে গ x প ধ x | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৪) | সা রে x ম প ধ x | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৫) | সা x গ ম প ধ x | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৬) | সা রে গ ম x x নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৭) | সা রে গ x প x নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৮) | সা রে x ম প x নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (৯) | সা x গ ম প x নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (১০) | সা রে গ x x ধ নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (১১) | সা রে x ম x ধ নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (১২) | সা x গ ম x ধ নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (১৩) | সা রে x x প ধ নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (১৪) | সা x গ x প ধ নি | নি ধ প ম গ রে সা |
| (১৫) | সা x x ম প ধ নি | নি ধ প ম গ রে সা |

### (৮) ঔডব-ষাড়ব জাতি রাগ ১৫ x ৬ = ৯০

জাতি অসিগী রাগশিং পোক্লকপগী পথাপ পরিং, মথক্তা হায়খ্রিবা, ষাড়ব-ঔড়ব জাতিগী পথাপকা চপ মান্নে, খেন্নবা হায়ববু অহানবগীনা আরোহদা স্বর ৬ অমদি অবরোহদা স্বর ৫ ওই, অনীশুবা ঔডব-ষাড়ব জাতি অসিগীনা আরোহদা স্বর ৫ অমদি অবরোহদা স্বর ৬ ওইবখকসিদনি। আরোহ খূদিংগী স্বর জুরা ১৫ অসি জুরা অমমম থাদোক্তুনা চৎকনি, খুদম ওইনা- ধনি, পনি, মনি, গনি, রেনি, পধ, মধ, গধ, রেধ, মপ, গপ, রেপ, গম, রেম, রেগ। স্বর জুরা ১৫ অসি বর্জিত ওইবা অরোহ ১৫ ফংগনি, অদুগা স্বর অমমম বর্জিত ওইবা অরোহ

১৫ ফংগনি, অদুগা স্বর অমমম বর্জিত ওইবা অবরোহ ৬ ফংগনি। মতৌ অসুম্না য়ুম্ফম ওইগদৌরিবা আরোহ-অবরোহ অসি হান্না পুথোক্লগা রাগশিং পুথোক্কনি, খুদম-

| ঔডব আরোহ -১৫ | | ষাডব অবরোহ - ৬ |
|---|---|---|
| (১) | সা রে গ ম প x x | x ধ প ম গ রে সা |
| (২) | সা রে গ ম x ধ x | নি x প ম গ রে সা |
| (৩) | সা রে গ x প ধ x | নি ধ x ম গ রে সা |
| (৪) | সা রে x ম প ধ x | নি ধ প x গ রে সা |
| (৫) | সা x গ ম প ধ x | নি ধ প ম x রে সা |
| (৬) | সা রে গ ম x x নি | নি ধ প ম গ x সা |
| (৭) | সা রে গ x প x নি | |
| (৮) | সা রে x ম প x নি. | |
| (৯) | সা x গ ম প x নি | |
| (১০) | সা রে গ x x ধ নি | |
| (১১) | সা রে x ম x ধ নি | |
| (১২) | সা x গ ম x ধ নি | |
| (১৩) | সা রে x x প ধ নি | |
| (১৪) | সা x গ x প ধ নি | |
| (১৫) | সা x x ম প ধ নি | |

মথক্কী অহানবা ঔডব আরোহ অসিদা ষাডব অবরোহ ৬-৬ মথং মনাও কায়দনা হাপচিনগনি। মথংদা অনীশুবদা অমুক তৌগনি, অসুম্না মথং মথং ১৫ ফাওবদা রাগ ১৫ x ৬ = ৯০ পোক্কনি, খুদমগীদমক ঔডব-ষাডব জাতিগী রাগ ১৫ খক্তং মখাদা উৎলি।

| | আরোহ | অবরোহ |
|---|---|---|
| (১) | সা রে গ ম প x x | x ধ প ম গ রে সা |
| (২) | সা রে গ ম প x x | নি x প ম গ রে সা |
| (৩) | সা রে গ ম প x x | নি ধ x ম গ রে সা |

| | | |
|---|---|---|
| (৪) | সা রে গ ম প x x | নি ধ প x গ রে সা |
| (৫) | সা রে গ ম প x x | নি ধ প ম x রে সা |
| (৬) | সা রে গ ম প x x | নি ধ প ম গ x সা |
| (৭) | সা রে গ ম x ধ x | x ধ প ম গ x সা |
| (৮) | সা রে গ ম x ধ x | নি x প ম গ রে সা |
| (৯) | সা রে গ ম x ধ x | নি ধ x ম গ রে সা |
| (১০) | সা রে গ ম x ধ x | নি ধ প x গ রে সা |
| (১১) | সা রে গ ম x ধ x | নি ধ প ম x রে সা |
| (১২) | সা রে গ ম x ধ x | নি ধ প ম গ x সা |
| (১৩) | সা রে গ x প ধ x | x ধ প ম গ রে সা |
| (১৪) | সা রে গ x প ধ x | নি x প ম গ রে সা |
| (১৫) | সা রে গ x প ধ x | নি ধ x ম গ রে সা |
| (১৬) | সা রে গ x প ধ x | নি ধ প x গ রে সা |
| (১৭) | সা রে গ x প ধ x | নি ধ প ম x রে সা |
| (১৮) | সা রে গ x প ধ x | নি ধ প ম গ x সা |
| (১৯) | সা রে x ম প ধ x | x ধ প x গ রে সা |
| (২০) | সা রে x ম প ধ x | নি x প ম গ রে সা |
| (২১) | সা রে x ম প ধ x | নি ধ x ম গ রে সা |
| (২২) | সা রে x ম প ধ x | নি ধ প x গ রে সা |
| (২৩) | সা রে x ম প ধ x | নি ধ প ম x রে সা |
| (২৪) | সা রে x ম প ধ x | নি ধ প ম গ x সা |
| (২৫) | সা x গ ম প ধ x | x ধ প ম গ রে সা |
| (২৬) | সা x গ ম প ধ x | নি x প ম গ রে সা |
| (২৭) | সা x গ ম প ধ x | নি ধ x ম গ রে সা |
| (২৮) | সা x গ ম প ধ x | নি ধ প x গ রে সা |
| (২৯) | সা x গ ম প ধ x | নি ধ প ম x রে সা |
| (৩০) | সা x গ ম প ধ x | নি ধ প ম গ x সা |

মতৌ অসুম্না রাগ ৩০ অসি ৩লক পুথোক্লগা ঔডব-ষাডব জাতিগী রাগ ৯০ শুগনি হায়বদি ১৫ x ৬ = ৯০

## (৯) ঔডব-ঔডব জাতিগী রাগ = ২২৫

জাতি অসিগী রাগ ১৫ x ১৫ = ২২৫ শুই। মসিসু মথক্তা তৌখিবা নিয়ম (পথাপ) গা চপ মান্নে। ঔডব আরোহগী অহানবা স্বর পরেংসিদা ঔডব অবরোহ্ পরেং ১৫ অদু মথং-মনাও কায়দনা হাপচিনগনি। মতৌ অসুম্না লোইবা ফাওবা চথগনি। অহানবদা ঔডব আরোহ অমদি ঔডব অবরোহ পুথোক্কনি।

| | আরোহ -১৫ | অবরোহ - ১৫ |
|---|---|---|
| (১) | সা রে গ ম প x x | x x প ম গ রে সা |
| (২) | সা রে গ ম x ধ x | x ধ x ম গ রে সা |
| (৩) | সা রে গ x প ধ x | x ধ প x গ রে সা |
| (৪) | সা রে x ম প ধ x | x ধ প ম x রে সা |
| (৫) | সা x গ ম প ধ x | x ধ প ম গ x সা |
| (৬) | সা রে গ ম x x নি | নি x x ম গ রে সা |
| (৭) | সা রে গ x প x নি | নি x প x গ রে সা |
| (৮) | সা রে x ম প x নি | নি x প ম x রে সা |
| (৯) | সা x গ ম প x নি | নি x প ম গ x সা |
| (১০) | সা রে গ x x ধ নি | নি ধ x ম গ x সা |
| (১১) | সা রে x ম x ধ নি | নি ধ x ম x রে সা |
| (১২) | সা x গ ম x ধ নি | নি ধ প x গ x সা |
| (১৩) | সা রে x x প ধ নি | নি ধ প x x রে সা |
| (১৪) | সা x গ x প ধ নি | নি ধ প x গ x সা |
| (১৫) | সা x x ম প ধ নি | নি ধ প ম x x সা |

খূদমগীদমক্ত ঔডব-ঔডব জাতিগী রাগ ১৫ দং পুথোক্লুনা উৎলি।

### ঔডব-ঔডব জাতিগী রাগ ১৫ গী শক্রম:-

| | আরোহ -১৫ | অবরোহ - ১৫ |
|---|---|---|
| (১) | সা রে গ ম প x x | x x প ম গ রে সা |
| (২) | সা রে গ ম প x x | x ধ x ম গ রে সা |

(৩) সা রে গ ম প x x — x ধ প x গ রে সা
(৪) সা রে গ ম প x x — x ধ প ম x রে সা
(৫) সা রে গ ম প x x — x ধ প ম গ x সা
(৬) সা রে গ ম প x x — নি x x ম গ রে সা
(৭) সা রে গ ম প x x — নি x প x গ রে সা
(৮) সা রে গ ম প x x — নি x প ম x রে সা
(৯) সা রে গ ম প x x — নি x প ম গ x সা
(১০) সা রে গ ম প x x — নি ধ x ম গ x সা
(১১) সা রে গ ম প x x — নি ধ x ম x রে সা
(১২) সা রে গ ম প x x — নি ধ প x গ x সা
(১৩) সা রে গ ম প x x — নি ধ প x x রে সা
(১৪) সা রে গ ম প x x — নি ধ প x গ x সা
(১৫) সা রে গ ম প x x — নি ধ প ম x x সা

মথক্কী অসুম্না ১৫ রক শেমগৎপদা ঔডব জাতি রাগ ২২৫ থোক্লক্কনি। মথক্কী রাগ শেম্বগী পথাপ-পরিংসিদগী খণ্ডবা ঙম্বদি শুপ্নগী শুদ্ধ থাট হায়বদি বিলাবল থাটতগী রাগ ৪৮৪ শেম্বা য়ারে হায়বসিনি।

খুদম-

| | | | |
|---|---|---|---|
| সম্পূর্ণ - সম্পূর্ণ | = | রাগ | ১ |
| সম্পূর্ণ - ষাড়ব | = | রাগ | ৬ |
| সম্পূর্ণ - ঔডব | = | রাগ | ১৫ |
| ষাড়ব - সম্পূর্ণ | = | রাগ | ৬ |
| ষাড়ব - ষাড়ব | = | রাগ | ৩৬ |
| ষাড়ব - ঔডব | = | রাগ | ৯০ |
| ঔডব - সম্পূর্ণ | = | রাগ | ১৫ |
| ঔডব - ষাড়ব | = | রাগ | ৯০ |
| ঔডব - ঔডব | = | রাগ | ২২৫ |

পুন্না রাগ ৪৮৪ নি।

মথক্কী নিয়ম (পথাপ) শিং অসিদগী অঙ্কগী পাম্বৈনা রাগগী জাতিশিংদগী শুপ্নগী বিলাবল থাটতগী রাগ ৪৮৪ পোকই, অদুনা ব্যঙ্কটমখীগী থাট ৭২ দগীদি রাগ ৪৮৪ x ৭২ = ৩৪৮৪৮ পুথোকপা য়াই।

বাদী সম্বাদী ওহ্নোক-ওনশিন তৌরগা পোকপা রাগগী মশীং শুপ্নগী বিলাবল থাটতগী ২০৯১ নি। অদু ওইরবদি ব্যঙ্কটমখীগী থাট ৭২ দগী পোক্লদবা রাগ মশীং ২০৯১ x ৭২ = ১৫০৫৫২ নি, অদুনা মথক্তা পীরিবা রাগ মশীং অসিগা তিনশিন্নরবদি ১৫০৫৫২ + ৩৪৮৪৮ = ১৮৫৪০০ শুরে। অদুবু হায়রি শাস্ত্রকারশিংনা।

"য়োয়ং ধ্বনিবিশেষস্তু স্বরবর্নবিভূষিত
রঞ্জকো জনচিত্তানাং স রাগ কথিতোবুধৈ।।"

**ভাবার্থ :-** স্বর অমদি বর্ণনা লৈতেংলবা খোঞ্জেলনা অতাবশিংবু নুংঙাইহনবদুবু রাগ কৌই।

রাগগী শব্দোক্কবা অর্থ অসি য়েংলুরগদি জাতিদগী পুথোকপা য়াবা রাগ মশীং অসিদা রাগদা য়াওফম থোকপা গুণ অমদি রঞ্জক্তানচিংবদু শুনা য়াওবদি ওইথোক্তবা য়াই। অদুনা অঙ্কগী পাম্বৈনা পুথোকপা অসুক য়াম্বা মেল খূদিংমক রাগনি হায়বা য়াদে মরমদি মখোয়দা পৃক্লিং হুনবগী মশক ওইবা গুণ (রঞ্জক্তা) অদু য়াওদে। মরম অদুনা হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা চাউরাক্লা রাগ ২০০ রোমদনি চৎনরিবসি। মখোয়শিংসিদি রাগ অমদা লৈফম থোকপা রঞ্জক্তানচিংবগী গুণশিং শুনা য়াওরবনি।

# হিন্দুস্তানী সঙ্গীতকী থাট ৩২ শেম্বা

পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীগী থাট শেম্বদা অঙ্কগী পাম্বেনা থাঠ ৭২ পুথোকপা ঙমই হায়খ্রে। অদুবু হৌজিক্কী অনৌবা মতমগী হিন্দুস্তানী স্বর সপ্তক্কী খ্বাইদগী য়াম্বা থাটতি অঙ্কগী পাম্বেনা পুথোকপা ৩২ অসিনি। থাট শেম্বগী নিয়মদি প: ব্যঙ্কটমখীগী নিয়মগা চপ মান্নে।

১ বদা, সপ্তক্কী স্বর ১২ দা তীব্র 'র্ম' লৌথোক্লগা তার 'সা' হাপ্চিনগনি, খুদম ওইনা - সা রে রে গ গ ম প ধ ধ নি নি সা। স্বর ১২ অসিবু অমুক অনী থোক্লা খায়দোক্লনি,

১বা (পূর্ব মেলার্ধ) সা রে রে গ গ ম

২বা (উত্তর মেলার্ধ) প ধ ধ নি নি সা

মথক্কী মেলার্ধ অনীসিনা অমুক স্বর মশীং ৪-৪ গী মেলার্ধ ৪ শেমগনি। থাট শেম্বগী নিয়মদা সপ্তক্কী স্বরশিংসি মথং-মনাও কায়না থম্বা য়াদে, মরমদি থাটকী মরুওইবা নিয়মদি সপ্তক্কী স্বর ৭ অসি মথং-মনাও নাইনা লৈগদবনি। হিন্দুস্তানী সঙ্গীত হায়বদি উত্তর সঙ্গীত পদ্ধতিদদি থাট শেম্বদা স্বর অমগী মশক অনী হায়বদি শুদ্ধ অমসুং বিকৃত থংন-থংননা লৈবা য়াদে।

| পূর্ব মেলার্ধ | | উত্তর মেলার্ধ | |
|---|---|---|---|
| (১) | সা রে গ ম | (১) | প ধ নি র্সা |
| (২) | সা রে গ ম | (২) | প ধ নি র্সা |
| (৩) | সা রে গ ম | (৩) | প ধ নি র্সা |
| (৪) | সা রে গ ম | (৪) | প ধ নি র্সা |

মথক্কী পূর্ব অমদি উত্তর মেলার্ধ অনী অসি পূনশিন্নদুনা থাট শেমগনি।

মথক্তা তৌখিবা পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীগী থাট শেম্বগী নিয়ম অদু কায়দনা অদুম তৌগনি।

(১)

১) সা রে গ ম, প ধ নি সা (ভৈরবী থাট)
২) সা রে গ ম, প ধ নি সা
৩) সা রে গ ম, প ধ নি সা
৪) সা রে গ ম, প ধ নি সা

(২)

১) সা রে গ ম, প ধ নি সা (ভৈরব থাট)
২) সা রে গ ম, প ধ নি সা
৩) সা রে গ ম, প ধ নি সা
৪) সা রে গ ম, প ধ নি সা

(৩)

১) সা রে গ ম, প ধ নি সা (আসাবরী থাট)
২) সা রে গ ম, প ধ নি সা
৩) সা রে গ ম, প ধ নি সা (কাফী থাট)
৪) সা রে গ ম, প ধ নি সা

(৪)

১) সা রে গ ম, প ধ নি সা
২) সা রে গ ম, প ধ নি সা
৩) সা রে গ ম, প ধ নি সা (খমাজ থাট)
৪) সা রে গ ম, প ধ নি সা (বিলাবল থাট)

শুদ্ধ 'ম' য়াওবা থাট ১৬ অসি মতৌ অসুম তৌনা পুথোকই। মথক্তা লৈরিবা থাটশিং অসিদা শুদ্ধ 'ম' অসি তীব্র ম ওন্থোক্লবদি থাট ১৬ অমগা অমুক থোক্লক্কনি, (১৬ + ১৬ = ৩২) অসুম্না। অনী অসি পুনশিল্লগা থাট ৩২ শুগনি।

(১)

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা (তোড়ী থাট)

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

(২)

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

সা বে গ র্ম, প ধ নি সা (পূর্বী থাট)

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা (মারবা থাট)

(৩)

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

(৪)

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা

সা রে গ র্ম, প ধ নি সা (কল্যান থাট)

অসুম্না তীব্র মধ্যম (র্ম) য়াওবা স্বর কাঙলূপ্তগী থাট ১৬ অমা অমুক পুথোক্তুনা থাট ৩২ শুরে। অদুবু মখোয়শিং অসিদগী হৌজিক্কী মতমদা থাট ১০ খক্তং চৎনরি, মখোয় অদুদি:-

| হিন্দুস্তানী থাট | কর্নাটক থাট |
|---|---|
| ১। বিলাবল | ধীরশঙ্করাভরন |
| ২। কল্যান | মেচ কল্যান |
| ৩। কাফী | খরহরপ্রিয়া |

| হিন্দুস্তানী থাট | কর্নাটক থাট |
|---|---|
| ৪। আসাবরী | নট ভৈরবী |
| ৫। ভৈরব | মায়ামালব গৌর |
| ৬। ভৈরবী | হনুমত্ত তোরী |
| ৭। খমাজ | হরি কম্ভোজী |
| ৮। পূর্বী | কামরাধনী |
| ৯। মারবা | গমন প্রিয়া |
| ১০। তোড়ী | শুভপন্তুররালী |

# থাট অমদি রাগ চাংদম্নবা

| থাট | রাগ |
|---|---|
| ১) সপ্তক্তগী থাট পোকই থাটতি রাগগী মপী-মপানি। | ১) থাটতগী রাগ পোকই রাগদি থাটকী মচা-মশূনি। |
| ২) থাটকী মতম লৈবা খিবিক্তা সম্পূর্ণ হায়বদি স্বর ৭ শুদবা য়াদে। | ২) রাগগী স্বর মশীংদি তঙাইফদবা লৈতে। |
| ৩) থাটকী জাতি ১ খক্তনি। | ৩) বাগগী জাতি ৯ লৈ। |
| ৪) থাটতি ঈশৈ শকপা য়াদে। | ৪) রাগদি ঈশৈ শক্লে-শোন্নে। |
| ৫) থাটতা রঞ্জক্তা হায়বদি পূক্লিং হূবা নুংঙাইবা দরকার লৈতে। | ৫) রাগদা রঞ্জক্তা (পূক্লিং হূবা) তঙাইফদনা য়াওদবা য়াদে। |
| ৬) থাটতা বাদী সম্বাদী গায়ন সময় (শকপগী মতম) পকর, ন্যাসকী স্বরনচিংবগী দরকার লৈতে। | ৬) রাগদা, বাদী সম্বাদী, গায়ন সময় (শকপগী মতম) পকর, ন্যাসনচিংবগী দরকার লৈ। |
| ৭) থাটতা আরোহদমক দরকার ওই। | ৭) রাগদা আরোহ অবরোহ অনীমক দরকার ওই। |
| ৮) থাটতা স্বর ৭ অসি মথং-মনাও কায়দনা লৈগদবনি। | ৮) রাগদদি স্বর ৭ অসি মথং-মনাও কায়রবসু কায়দ্রবসু ইয়া য়াই, অককনবা লৈতে। |
| ৯) থাটকী মমীংদি মখোয়দগী পোকপনি হায়বা য়ানবা মমীং চৎলবা রাগশিংগী মিং লৌরগা থোল্লি। | ৯) রাগগী মমীংদি কনাগুম্বা অমদগী তাংদুনা থোন্দে। |

# থাট অমদি রাগগী মরুওইবা সিদ্ধান্ত

**থাটকী সিদ্ধান্ত (ওইফম থোকপা) :-**

(১) থাটতি মতম লৈবা খিবিক্তা স্বর ৭ ওইগদবনি, হায়বদি সম্পূর্ণ জাতি ওইগদবনি। শুদ্ধ স্বর ওইরবসু বিকৃত স্বরবু ওইরবসু ওইনিংবা ওইবা য়াই।

(২) থাটকী স্বর ৭ অসি মতম লৈবা খিবিক্তা মথং-মনাও কায়বা য়াদে। সা গী মথংদা রে, রেগী মথংদা গ, অসুম্না নি ফাওবা মথং-মনাও কায়দনা লৈগদবনি।

(৩) থাটতগী রাগ পোকই হায়বসি পূম্নমক্না য়ানরে।

(৪) থাট হায়বসি শক্লবা পোৎ নত্তে, মরম অসিনা মঙোন্দা রঞ্জক্তা, বাদী সম্বাদী, পকর, ন্যাস অমদি গায়ন সময় (শকপগী মতম্মচিংবা) থোইদোকপা লৈতে।

(৫) উত্তরী সঙ্গীত পদ্ধতিদা থাট মশীং ১০ লৈ, মখোয়দুদি :- বিলাৱল, কল্যান, খমাজ, কাফী, আসাৱরী, ভৈরব, ভৈরবী, পূর্বী, মারৱা অমসুং তোড়ী। মখোয়শিংসি জনক থাট, মপী-মপানি হায়না খঙনৈ। থাটশিংগী মমীংসি মখোয়দগী পোকপা মরুওইবা রাগশিংগী মমীং লৌদুনা থোল্লি।

(৬) থাট খূদিংমক আরোহ-অবরোহ স্বর মশীং অমদি জাতিনচিংবা চপ মান্নে। মরম অসিনা শুপ্নগী আরোহ নত্ত্রগা অবরোহ উবদা করম্না থাটনো হেক্তা খঙবা ঙমই। খূদম ওইনা হায়রবদা করিগুম্না থাট অমগী অবরোহদা 'রে' 'ধ' কোমল ওইরবদি অবরোহদসু শোয়দনা 'রে ধ' কোমল ওইগনি হায়বা খঙই। মরম অদুনা থাটতা আরোহ অবরোহ পূন্না লৈবগী কান্নবা লৈতে, আরোহদং লৈরগা য়ারে।

**রাগগী সিদ্ধান্ত :-**

(১) রাগ খুদিংমক থাটতগী পোকপনি হায়বসি খুদিংমক্তা য়ানরে।

(২) রাগদা য়ামদ্রবদা স্বর ৫ দগী তাদনা অমদি ৭ তগীদি হেনদনা লৈগনি। স্বর ৫ না শাবশিংবু ঔডব, ৬ না শাবশিংবু ষাডব অদুগা ৭ না শাবা রাগশিংবুনা সম্পূর্ণ জাতিগী রাগ হায়না কৌই। জাতি মখল অহুম অসি পূনশিন্নরগা জাতি ৯ শুই।

(৩) রাগদা খ্বাইদগী মরুওইবা স্বরদি বাদী স্বরনি, মথংদা সম্বাদী স্বরনি। স্বরশিং অসি নত্তবা অতৈ লৈহৌরিবা স্বরশিংবু অনুবাদী স্বর কৌই। রাগশিংদা য়াওদবা স্বর অদুবু বিবাদী স্বর কৌই।

(৪) রাগদা রঞ্জক্তা পোকহন্নবগীদমক্তা বিবাদী স্বর শীজিন্নে। খুদম ওইনা কেদার হমীরনচিংবা রাগদা নি কোমল অমদি বিহাগতা ম তীব্র মধ্যম শীজিন্নবা য়াওই।

(৫) রাগ খুদিংমক্কী থাট, বাদী সম্বাদী, জাতি, আরোহ-অবরোহ, গায়ন সময়, চলন অমদি শীজিন্নগদবা স্বরসিং অদু অকক্লবা মওংদা থমই অমদি মখোয়শিংদু কায়হন্দনা ঙাক্লা চৎনৈ।

(৬) রাগ খুদিংমক শক-শোনবগী অরেপ্পা মতম লৈ। অদুবু ঋতুগী রাগশিংদি নোংমগী মনুংদা মতম খুদিংমক্তা শকপা-খোংবা য়ানৈ-খুদম ওইনা বর্ষা ঋতুদা মলহার, বসন্ত ঋতুদা বসন্ত অমসুং বহার শক্লীংবা মতমদা শকপা য়াই।

(৭) সপ্তকপু শরুক অনী থোক্লা খায়দোকই। সা রে গ ম প অমসুং ম প ধ নি সা। অহানবা শরুক অসিবু পূর্বার্ধ, অনীশুবা শরুকপুনা উত্তরার্ধ কৌই। সপ্তকপু অনী থোক্লা খায়দোকপদা 'ম প' স্বর অনীসিদা খায়দোকফম ওই। মতৌ অসুম্না নোংমগী নুমিৎপুসু শরুক অনী থোক্লা খায়দোকই। অয়ুক্কী পুঙ ১২ দগী নুমিদাংগী পুঙ ১২ ফাওবা অমা অমদি নুমিদাংগী পুঙ ১২ দগী অয়ুক্কী পুঙ ১২ ফাওবা অমা। অহানবা শরুকপু পূর্বার্ধ, অনীশুববুনা উত্তরার্ধ কৌই। করিগুম্বা রাগগী সপ্তক্কী পূর্বার্ধদা বাদী স্বর লৈরবদি রাগদুগী শকপগী মতমসু পূর্বার্ধগী মতমদা

ওইগনি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা, বাদী স্বরনা উত্তরার্ধদা লৈরবদি রাগদুগী শকপগী মতমসু উত্তরার্ধগী মতমদা ওইগনি।

(৮) রাগ খুদিংমক বাদী স্বরনা পূর্বার্ধদা লৈরবদি সম্বাদী স্বর অদু উত্তরার্ধদা লৈগনি। অদুগা বাদী স্বরনা উত্তরার্ধদা লৈরবদি সম্বাদী স্বরনা পূর্বার্ধদা লৈগনি।

(৯) বাদী-সম্বাদী স্বর অনীগী থাপ্পগদবা স্বর মশীং য়ামদ্রবদা ৩ য়াম্লবদা ৪ ফাওবনি। শ্রুতিরোমদা হায়রগনা য়ামদ্রবদা শ্রুতি ৯ য়াম্লবদা শ্রুতি ১৩ ফাওবা থাপ্পগনি।

(১০) করিগুম্বা রাগ অমদা বাদী স্বর অমদি সম্বাদী স্বর অনী ওহ্লোক্লবদা রাগদুগী চলন, মশক অমদি শকপগী মতম্মচিংবা পূমওন ওল্লি, খুদম ওইনা :- ভুপালী অমদি দেশকারদা তৌরিবসিনি।

(১১) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী মতুংইন্না করিগুম্বা রাগদা শুদ্ধ 'নি' দা বাদী স্বর ওইরোই অদুগা তীব্র মধ্যম 'ম' দা বাদী অমদি সম্বাদি খক ওইরোই।

(১২) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী মতুংইন্না করিগুম্বা স্বর অমগী মশক অনী হায়বদি শুদ্ধ অমদি বিকৃত অনী থংননা শীজিন্নবা য়াদে। ললিতনচিংবা রাগ খরদা শীজিন্নরবসু মদু নিয়মগী মায়োক্তনি, অদুনা ললিত নিয়মগী ৱাংমদা লৈবা রাগনি হায়না লৌনৈ।

(১৩) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী শকপগী নিয়ম (সময় সিদ্ধান্ত) গী মতুংইন্না রাগ পূম্নমক কাঙলূপ অহুম থোক্লা খায়দোকই। মখোয়দুদি ১বদা 'নি' 'রে' অমদি 'ধ' কোমল স্বর ওইবা রাগ ২শুবদা 'রে' অমদি 'ধ' তীব্র ওইবা রাগ, ৩শুবদা 'গ' অমসুং 'নি' কোমল স্বর ওইবা রাগ কাঙলূপ অসিনি। 'রে' 'ধ' কোমল ওইবা স্বরশিংবু সন্ধিপ্রকাশ স্বর হায়নসু কৌই। সন্ধিপ্রকাশ কী মতম অসি পুঙ ৪ দগী ৭ ফাওবনি, হায়রিবসি অয়ুক নুমিদাং অনীমক্তনি। হায়রিবা মতম অসিদা সন্ধিপ্রকাশ রাগশিং শকই। তীব্র 'ম' শীজিন্নবা সন্ধিপ্রকাশ রাগশিংবু সয়ং কালিন সন্ধিপ্রকাশ রাগ কৌই। অদুগা শুদ্ধ মধ্যম 'ম' য়াওবা সন্ধিপ্রকাশ রাগশিংবুনা প্রাতকালিন সন্ধিপ্রকাশ রাগ কৌই। শুদ্ধ 'ম' শীজিন্নবা সন্ধিপ্রকাশ

রাগশিংদি অয়ুক্কী পুঙ ৪ দগী ৭ ফাওবগী মনুংদা শকই, অদুগা তীব্র 'ম' শীজিন্নবা সন্ধি-প্রকাশ রাগশিংবুনা নুংথিলগী পুঙ ৪ দগীনা ৭ ফাওবদা শক্লে।

২শুবদা 'রে' 'ধ' শুদ্ধ ওইবা রাগশিংনা নুমিদাং পুঙ ৭ তগী ১০ ফাওবা অমসুং অয়ুক্কী পুঙ ৭ তগী ১০ ফাওবগী মনুংদা শক্লে।

৩শুবদা 'গ' 'নি' কোমল ওইবা রাগশিংনা নুমিদাংগী পুঙ ১০ দগী অহিংগী পুঙ ৪ তাবা ফাওবা অমসুং অয়ুক্কী পুঙ ১০ দগী নুমিদাংবাইরম পুঙ ৪ ফাওবগী মতমদা শকই।

(১৪) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিগী মতুংইন্না সন্ধ্যাকালিন সন্ধিপ্রকাশ রাগসিংদা 'গ' অমদি 'নি' স্বর ২ অসি পুল্লপ্পা বর্জিত ওইদে। মতৌ অসুম্না প্রাতকালিন সন্ধিপ্রকাশ রাগদা 'রে' 'ধ' স্বর অনীমক পূন্না বর্জিত ওইবা য়াদে। 'গ' 'নি' কোমল ওইবা রাগশিং হায়বদি সন্ধিপ্রকাশকী মমাঙদা শক্লবা অমদি নুমিদাং অমসুং নুংথিলগী ৩শুবা প্রহর হায়বদি ত্রিতীয় প্রহরদা শকপা রাগশিংদা 'সা', 'ম', 'প' স্বর অহুমসিদা ন্যাস তৌগল্লি হায়বদি লেপকল্লি। স্বর ৩ অসিদা বাদী স্বরসু ওইগল্লি।

হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা রাগশিংগী শকপগী মতম মতুংইন্না তোঙান-তোঙান্না মখল অনী থোক্লা খায়দোকই, মখোয়দুদি - পূর্ব্বরাগ অমদি উত্তররাগ। অয়ুক্কী পুঙ ১২ দগী অহিংগী পুঙ ১২ ফাওবদা শক্লরিবা রাগশিং অদুবুনা পূর্ব-রাগ কৌই অমদি অহিংগী পুঙ ১২ দগী অয়ুক্কী পুঙ ১২ ফাওবদা শক্লরিবা রাগ অদুবুনা উত্তর রাগ কৌই। অহানবগী পুঙ ১২ গী মতম অদুবুনা পূর্বার্ধ অদুগা অকোনবগী পুঙ ১২ অদুবুনা উত্তরার্ধ কৌই। পূর্ব-রাগশিং অসি মহৌশানা আরোহদা অদুগা উত্তর-রাগশিংনা অবরোহদা রঞ্জক্তা হায়বদি ফজবা হেনহল্লি।

(১৫) করিগুম্বা স্বর অমগী মশক অনী হায়বদি কোমল অমদি শুদ্ধ পূন্না শীজিন্নবা রাগ লৈ। অদুগুম্বা রাগদুদি আরোহদা শুদ্ধ অমদি অবরোহদা কোমল শীজিন্নগনি। খুদম- দেশ, বৃন্দবনী সারঙ্গনচিংবা।

(১৬) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা রাগ খরা লৈ। হায়রিবা রাগশিং অসিবু শক্লক্লবদি থাট অমদগী অতোপ্পা থাটকী রাগশিং শক্কদৌরে খোংগদৌরে হায়বা খঙনৈ। মখোয় অদুদি জয় জয়বন্তী, মুলতানীনচিংবা। অসিগুম্বা রাগশিং অসিবু 'পরমেলপ্রবেশক' রাগ কৌই। মসিগী অর্থদি মেল অমদগী অতোপ্পা মেল অমদা চঙলকপা হায়বনি। খুদম ওইনা - জয় জয়বন্তী রাগদা শুদ্ধ অমদি কোমল গ অমসুং নি শুদ্ধ, কোমল য়াওই, মরম অসিনা খমাজ থাটতগী গ নি কোমল ওইবা কাফী থাটকী রাগশিং লোমদা চঙশিল্লক্কদৌরে হাযবা খঙহল্লি হায়দুনা অসিগুমবা রাগশিং অসিবু পরমেলপ্রবেশক রাগ কৌই।

(১৭) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা করিগুম্বা রাগ অমদা 'ম' অমদি 'প' অনীমক পূল্লপ্না বর্জিত ওইদে। 'ম' বর্জিত ওইরবদি 'প' শোইদনা লৈগনি, অদুগা 'প' না বর্জিত ওইরবদি 'ম' দু শুদ্ধ ওইরবসু তীব্র ওইরবসু অমদি শোয়দনা লৈগনি। রাগ মাররাদা ম, প বর্জিত ওইরবসু তীব্র ম দি শীজিন্নে।

(১৮) গম্ভীর ওইবা রাগশিংদি পূর্বাঙ্গগী মন্দর অমসুং মধ্যম সপ্তক্তা চিংলেম্না শান্নগনি, অদুগা চঞ্চল ওইবা রাগশিংদদি উত্তরাঙ্গগী তার সপ্তক্তা অয়াম্বনা চলন তৌগনি হায়বদি শান্নগনি। মসিনা রাগদুগী মশক ফজবা হেঙ্গৎহনগনি।

(১৯) রাগগী ফজবা অমদি রঞ্জক্তা হেঙ্গৎহন্নবগীদমক্তা করি করিগুম্বা মতমদা রাগ অমা শকপদা নত্তগা খোংবদা অতোপ্পা রাগ অমগী মমি তাহল্লি। মদুবু তিরোভাব-আভিরভাব তৌবা কৌই।

(২০) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা রাগগী খ্বাইদগী মরুওইবা অমদি খ্বাইদগী হেন্না শীজিন্নবা স্বর অদুবু বাদী স্বর কৌই। বাদী স্বরদুগী মতুংইন্না রাগদু পূর্বাঙ্গবাদীনি নত্তগা উত্তরাঙ্গবাদীনি হায়বদু খঙবা ঙমই।

(২১) হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা মধ্যম স্বর অসিসু য়াম্না মরুওইবা স্বর অমনি মরমদি মধ্যম স্বর অসিনা থাট মশক খণ্ডহনবদা খুদোং চাহল্লি। মসিদসু নত্তনা মধ্যম স্বরনা অহিং অমদি নুংথিলগী রাগগী মশক খণ্ডহল্লি। নুমিদাংগী রাগ অয়াম্বা তীব্র মধ্যম শীজিন্নে। অয়ুক নুংথিলগী রাগ অয়াম্বদনা শুদ্ধ মধ্যম শীজিন্নে।

# তিরোভাব-আবিরভাব

ৰাহৈ অনী অসিবু অয়াম্বা মীশিংনা আবিরভাব-তিরোভাব হায়না ওন্ন-তৈননা হায়নৈ, মরমদি রাগ অমা শকপা নত্তুগা খোংবদা শক্লিবা রাগদু ঙাইহাক্তংগী ওইনা থন্নুগা মাগা মশক মান্নবা অতোপ্পা রাগ অমগী মমি খরদং তাহনবা য়াই। অসুম্না অহানবা শক্লিবা, খোংলিবা রাগ অদুগী মমী শামখিবা নত্তুগা মুৎখিবা অদুবু তিরোভাব ওইবা কৌই। অদুগা অমুকসু অতোপ্পা রাগগী মমি অদু মুৎখিদুনা হান্নগী শক্লিবা রাগ অদুদা হঙ্গিল্লক্তুনা মশক শেংদোক্লকপা অদুবুনা আবিরভাব ওইবা কৌই। মরম অসিনা আবিরভাব-তিরোভাব হায়বগী মহুত্তা তিরোভাব-আবিরভাব হায়না শীজিন্নবনা চুমগনি।

সঙ্গীতকী মরুওইবা পান্দমদি নাকোংনা তাবদা রঞ্জক্তা হায়বদি নুংশিবা পোকহনবা হায়বসিনি। মরম অসিনা রাগগী নিয়মসু ঙাক্লা চত্তবা য়াদে, অদুগা অমুকসু রাগগী খোইথুম্লবা (রঞ্জক্তা) হেলহন্নবগীমদমক রাগগী নিয়মশিং খরমখৈদি কোমথোক্তবা য়াদবনি। মসিমক শাস্ত্রনা য়াই, মরমদি 'রঞ্জকো জনচিত্তানাং স রাগ কমিতোবুধে' হায়বা শাস্ত্রগী ৱারম অসিগী মতুং ইন্ননি। তিরোভাব-আবিরভাবকী মরুওইবা পান্দমসু রাগদা মধুরতা (অথুম্বা) অমদি রঞ্জক্তা (পুক্লিং নুংঙোলহনবা) হায়বদু হাপ্পবগীদমক্তনি। হায়রিবা থবক অসি খঙদনা অমদি হৈতনা তৌবদি চুমদে, নত্তুবদি ফজহনবগী মহুত্তা রাগদুবু মশক থীহনবা য়াই, অমাঙবসু ওইবা য়াই। খঙজিনগদবদি রাগদা তিরোভাব-আবিরভাব তৌদবা য়াদে হায়বগী তঙাইফদবা করিসু লৈতে।

তিরোভাব তৌবদা মতম শাংনা তৌবা চুমদে। মতম খরগীদমক্তা তৌগদবনি, মতম শাংলবদি রাগদা অমাঙবা ওইরকই। অমদি শাংলগা অতাবা মীগী নাকোংদা রাগ অমমুক তাহন অমমুক তাহন তৌবগী মওংদা লাক্কনি। খুদম:- রাগ হমীরদা তিরোভাব-আবিরভাব।

(ক) সা রে সা গ ম ধ[নি] নি ধা সাঁ, নি ধ প - (হম্বীর)

(খ) র্ম প ধ প ম, প ম ঽ রে সা - (কদার, তিরোভাব)

(গ) গ ম ধ[নি] ঽ সাঁ, নি ধ প - (হম্বীর আবিরভাব)

# থাট-রাগ বর্গীকরণ

## (তোঙান-তোঙানবা কাঙলূপকী রাগশিংবু মরী লৈনবা থাটশিংদা য়েহ্নোক্তুনা খায়দোকপা।)

হৌজিক চৎনরিবা রাগ-গায়ন অসি থোইদোক্লা অরিবা যুগতা জাতি-গায়ন হায়না চৎনবম্মী। মসিগী ৱারম পূম্নমক ভরত মুনিগী নাট্য-শাস্ত্রদা য়াওরে। হৌজিক্কী মতমদদি হায়রিবা জাতি-গায়ন অসি চৎনখিদ্রে, অদুগা জাতিগী অর্থসু হৌজিক্কীগা মতমদুগীগা খেন্নরে। হৌজিক্তি রাগদা শীজিন্নবা স্বর মশীংদা অর্থ তৌরে। নৈনবা অমদি শীজিন্নবদা খুদোং চাননবগীদমক থায়নদগী হৌনা স্বর অমসুং বর্ণনা লৈতেংলবা অমদি তাবদা নুংশিবা মখোলশিং অদুবু শরুক খরা থোক্লা খায়দোকই। মদুদি মহার্ষি ভরতনা জাতিশিংবু শুদ্ধ অমসুং বিকৃত হায়না খায়দোক্তুনা য়েহ্নোকই। পণ্ডিত শারঙ্গদেবনা ভাষা, বিভাষা, অন্তরভাষা, গ্রাম-রাগ, রাগ, উপরাগ, ভাষাঙ্গ, ক্রিয়াঙ্গ অমদি উপাঙ্গ কৌবা বর্গ (কাঙলূপ) ১০ দা রাগশিংবু য়েহ্নোকখি। অতোপ্পা পণ্ডিতশিংনা অমুক শুদ্ধ, ছায়ালগ অমসুং সঙ্কীর্ন, রাগ-রাগিনী, মেল, রাগাঙ্গ, থাট-উপথাট পদ্ধতিনচিংবা বর্গশিংদা রাগশিংবু খায়দোক্তুনা শেম্নবা থৌরাং কয়ামরুম তৌনরম্মী। অসুম্না মতম-মতমগী মতুংইন্না রাগ বর্গীকরণ গী নিয়ম কয়ামুক শেমখ্রে, অদুবু নোংম-নোংমগী মৃৎখ্রে। পণ্ডিত ভাতখণ্ডেনা থাট ১০ গী মনুংদা রাগ পূম্নমক য়েহ্নোকপা অসিনা হৌজিক খ্বাইদগী হেন্না চৎনরি।

থাটপু সংস্কৃত লোন্দা 'মেল' কৌই। সঙ্গীতকী ইতিহাসতা মেল হায়বদি থাট পদ্ধতি হৌদোকপিরম্বদি 'রাগ তরাঙ্গিনী' গী লেখক পণ্ডিত লোচননি। মহাক্লা রাগ রাগিনী পদ্ধতি অসি তোক্লগা মেল পদ্ধতি শেমখি। মহাক্লা মেল অমদি থাট ১২ খক পুথোক্লগা মদুগী মনুংদা রাগ ৭৫ য়েহ্নোকখি। মসিগী মতুংদা রামামাত্যনচিংবা পণ্ডিত অয়াম্বনা রাগ-রাগিনী পদ্ধতিবুদি থাট পদ্ধতিবুনা হেন্না শকখণ্ডখি। পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীনা থাট পদ্ধতি হায়বদি মেল পদ্ধতিবু অমুক

হন্না শেমগৎখি, মদুদা মহাক্না অঙ্কগী পাম্বৈনা মেল ৭২ পুথোকখি। পণ্ডিত ভাতখণ্ডেসু মেল পদ্ধতিদা পূক্লিং লূপখিদুনা মহাক্না 'লক্ষ্য সঙ্গীত' কৌবা লাইরিক অমা ইদুনা মদুদা মেল পদ্ধতিবু 'থাট পদ্ধতি কৌদুনা থাট ১০ পুথোকই। মখোয়শিংদুগী মমীং বিলাৱল, খমাজ, কল্যান, কাফী, আসাৱারী, ভৈরব, ভৈরবী, পূর্বী, মাৱৱা অমদি তোড়ীনি।

পণ্ডিত ভাতখণ্ডেগী থাট ১০ গী স্বরশিংসি অমগা অমগা মান্নদে তোঙান-তোঙাল্লি। থাট-রাগ বর্গীকরণদা কোমল, তীব্র স্বর লোয়ননা রাগগী অঙ্গ অমদি স্বরূপনচিংবা য়েংদুনা তৌই। করিগুম্বা রাগ অমা মাগী স্বরদা য়েংলগা থাটকী মশক লেপ্পদা খুদোংচাদবা লৈরবদি রাগদুগী স্বরূপ য়েংলগা লেপকনি। খূদম ওইনা -ভুপালী অমসুং দেশকার রাগ অনী অসি স্বরদা য়েংলবদি মশক চপ মান্নে। অদুবু মশক মান্নজরবসু স্বরূপ অমদি অঙ্গদি খেন্নে। রাগ ভুপালী কল্যানগী অঙ্গনা শরুক হেন্না য়াওই, মরম অদুনা কল্যান থাটতা চিংশিল্লে। অদুগা দেশকারবুনা বিলাৱল থাটতা লৈহল্লি, মরমদি বিলাৱল অঙ্গনা হেন্না য়ামই। মতৌ অসুম্না রাগ অমগী স্বরদা থাট লেপ্পা ঙমদ্রবদি রাগদুগী অঙ্গ, স্বরূপ অমদি প্রকৃতিনচিংবা য়েংলগা থাটকী মশক লেপ্পি। রাগ বৃন্দাবনী সারঙ্গ অসি মসিদা শীজিন্নরিবা স্বরশিংসি য়েংলবদি খমাজ থাটকী রাগ ওইবা য়াবনি, অদুবু রাগসিগী অঙ্গনা মরম ওইদুনা কাফী থাটতগী পোকপা রাগ ওইহল্লি।

অরিবা মতমদগী হৌদুনা হৌজিক্কী অনৌবা মতম অসি ফাওবগী মনুংদা ভারত্তা কলাকার কয়া, পণ্ডিত কয়া পোকখ্রে। মখোয়শিং অসিনা অৱা-অনা, মশাগী ওইজবা পুম্বা তুংওইনরগা মমল য়াম্লবা কলাগী মচাক-মথুম কয়া থিজিন-হূমজিন্দুনা মীওইবা সমাজদা চাউরবা মমল য়াম্লবা দান কয়া অমা তৌরম্লে। মদুনা মরম ওইরদুনা ঙসিদি ভারত্তদা নত্তনা পৃথিবীগী মফম খুদিংদা ভারতীয় সঙ্গীতকী মফম ফংলে। মরম অসিনা অসিগুম্বা পণ্ডিতশিং অসিবু ঐখোয়না খক কাউথোকফম থোক্তে। পণ্ডিতশিং অসিনা তৌরাম্লবা, মীওইবনা শীজিন্নবা য়াননবা শেম-শাদুনা থম্লম্লবা সঙ্গীতকী মওং-মতৌ, নীতি-নিয়মশিং কয়া অমদি মহর্ষি ভরতনা শতাব্দী ২ দগী ৫ ফাওবগী মনুংদা ইখিবনি হায়নরিবা 'ভরত নাট্য শাস্ত্র' কৌবা লাইরিক অসিদা য়াওরি। ভরত মুনিনা লৈরম্বা, হিংলম্বা (শতাব্দী) গী মতাংদদি পণ্ডিতশিংগী মত খেন্নবা খরা লৈ। সঙ্গীতকী ইতিহাসকী মতুংইন্না বৈদিক যুগতা বেদ-গান তৌবদা স্বর অহুমখক্তদা তৌরম্মী স্বরশিংদুদি উদাত্ত,

অনুদাত্ত অমদি স্বরিত কৌই। সামবেদদি 'সঙ্গীত ময়' ঈশৈগী মশক ওইরম্মী। মতমদুদগী অতৎ-অখম লৈতনা চেষ্টুরকপা সঙ্গীতকী ঈচেলনা ভরত মুনিগী মতমদদি মপুঙ-মরৈ ফাররে হায়বমক য়াই। ভরত মুনিগী মতমদা 'শুদ্ধ' জাতিদা স্বর ৭ শীজিন্নৈ, মখোয়গী মমীংসু স্বর ৭ কী মমীংদা য়ুম্ফম ওইদুনা - ষাডজী, আর্ষভী, গান্ধারী, মধ্যমা, পঞ্চমী, ধবতীনচিংবা থোল্লি। অসিগুম্বা শুদ্ধ জাতিশিংসিগী মশক-মতৌ, গ্রহ, ন্যাস খরা হোংদোক্লগা অমদি স্বর অমা নত্ত্রগা অনী ফাওবা লৌথোক্লগা বিকৃত জাতি ওইহল্লি। স্বর অমদি বর্ণনা লৈতেংলবা ফজরবা রচনা অদুবু জাতি কৌনরম্মী, মতৌ অসিমক রাগগী মতাংদসু চৎনরম্মী। গ্রামদগী মূর্চ্ছনা, মূর্চ্ছনাদগী জাতি পোকই। প্রাচিন হায়বদি অরিবা মতমদা জাতিগী মওং-মতৌ হায়বদি লক্ষন অসি ১০ খক চৎনরম্মী। মদুবু ভরত মুনিনা 'দস বিধি জাতি লক্ষনম্' হায়না কৌরম্মী।

নারদ কৌবা সঙ্গীত বিদ্বান অমনা (দেবর্ষি নারদ নত্তে) ইবা 'সঙ্গীত মকরণ্ড' কৌবা লাইরিক্তা ইহান হানবা ওইনা রাগশিংবু পুংলিঙ্গ, স্ত্রীলিঙ্গ অমদি নপুংসক কৌদুনা খায়দোকপা বর্গীকরণ অমা হৌদোক্লম্মী। মসিগা লোয়ননা গমক্কী পান্বৈনা 'কম্পিত গমক' 'অর্ধকম্পিতা' অমসুং 'কম্পিতবিহিত' কৌবা কাঙলূপ অহুম খায়দোকই। মদুবু গ্রাম অমসুং রাগ বর্গীকরণ হায়না কৌই। মাগী বর্গীকরণ অসিদা 'রাগিনী' হায়বা ৱাহৈ য়াওদে, পুরুষ রাগ স্ত্রী রাগ অমদি নপুংসক রাগ হায়না কৌরম্মী। মসিদা পুরুষ রাগ ২১, স্ত্রীরাগ ২৪ অমদি নপুংসক রাগ ১৩ নি। অদুগা নারদনা ইহান হানবা ওইনা রাগশিংগী শক্তদবা মতম অমদি তোঙান তোঙানবা প্রহরগী রাগশিংসু মাগী লাইরিক অসিদা ইরম্লে: খূদম ওইনা প্রাত :- কালিন রাগ, সায়ং কালিন রাগ, মধ্যাহ্ন রাগ অমদি নুমিৎ-তারবা মতুংদা শক্তদবা রাগশিং অসিনচিংবা।

- ঃঃ -

## রত্নাকরগী দশ বিধি রাগ বর্গীকরণ

শতাব্দী ১৩ গী ময়াইরাইদা ইখিবা পণ্ডিত শারঙ্গ দেবগী 'সঙ্গীত রত্নাকর' কৌবা লাইরিক অদুদা 'দশ বিধি রাগ বর্গীকরণ' হায়বা রাগ বর্গীকরণ মখল অমা অমুক চৎনবা হৌখি। মখল ১০ অদুদি :- (১) গ্রামরাগ, (২) রাগ, (৩) উপরাগ, (৪) ভাষা রাগ, (৫) বিভাষা রাগ, (৬) অন্তরভাষা রাগ, (৭) রাগাঙ্গ রাগ, (৮) ভাষাঙ্গ রাগ, (৯) উপাঙ্গ রাগ অমদি (১০) ক্রিয়াঙ্গ রাগ অসিনি। হায়নরিবা রাগ মখল (কাণ্ডলূপ) ১০ অসিগী মনুংদগী অহানবদগী তরুকশুবা রাগ কাণ্ডলূপ ফাওবসি 'মার্গী সঙ্গীত' নত্রগা গান্ধর্ব গীত কী মনুং চনখ্রে। অদুগা লেমহৌবা কাণ্ডলূপ মরিদুনা দেশী সঙ্গীত নত্রগা গানগী মনুং চল্লে। কাণ্ডলূপশিং অসিগী মরমদা অশন্বা রাফম খরা মখাগী অসুম্না পীরি।

### গ্রাম রাগ, রাগ অমদি উপরাগ :-

ষড়জ অমদি মধ্যম গ্রামদগী মূর্চ্ছনা পোকই, মূর্চ্ছনানা অমুক যুম্ফম ওইরগা গ্রাম রাগ পোকই, গ্রাম রাগগী মশীং ৩০ নি। গ্রাম রাগদগী শক্লবা য়ারবা রাগ খরসু পোকই, মখোয়গী মমীংদি রাগ অমদি উপরাগ কৌই। মতৌ অসুম্না গ্রাম রাগ অমদি উপরাগ অসিসু রাগ বর্গীকরণ মখল অমা ওইরম্মী। 'সঙ্গীত রত্নাকর' দা গ্রাম রাগ ৩০, রাগ ২০ অমদি উপরাগ ৮ গী শন্দোকপা মরম য়াওই।

### ভাষা, বিভাষা অমদি অন্তরভাষা :-

মথক্তা হায়খিবগুম্না মখোয়শিং অসিসু গ্রাম রাগদগী পোকপা রচনাশিংগী মনুং চনবনি।

**শুদ্ধ, ছায়ালগ অমদি সঙ্কীর্ণগী বর্গীকরণ :-**

প্রাচিন কাল হায়বদি অরিবা মতমদা রাগশিংবু শুদ্ধ ছায়ালগ অমদি সঙ্কীর্ণ কৌবা কাওলূপ খায়দোক্তুনা য়েঙ্খোকপগী পথাপ অমা চৎনরম্মী। মদুগী মতুংইন্না শুদ্ধরাগ হায়বসিনা করিগুম্বা রাগ অমত্তগী মমি তাদবা রাগবু শুদ্ধরাগ কৌই। করিগুম্বা রাগ অমদা অতোপ্পা রাগগী মমি তাবদুবুনা ছায়ালগ, অদুগা রাগ অমদা রাগ কয়ামুক্কী মমি তারকপা অদুবুনা সঙ্কীর্ণ রাগ কৌই। মসিগী মীৎয়েংদা হায়রগদি কল্যান, মুলতানী তোড়ীনচিংবা রাগশিংসি শুদ্ধ রাগশিংনি। ছায়ানট, তিলক কামোড, পরজনচিংবনা ছায়ালগ অদুগা পীলু, ভৈরবীনচিংবনা সঙ্কীর্ণ রাগনি হায়নৈ।

# মধ্য যুগ (ময়াই ওইবা যুগ)

## (১) শুদ্ধ, ছায়ালগ অমদি সঙ্কীর্ণ :-

মধ্য যুগতা শুদ্ধ, ছায়ালগ অমদি সঙ্কীর্ণ হায়না খায়দোকপগী চৎনবী অসিগী থোইদোকপা অর্থ অমমুক হৌর্জিক্তি লৈতে। অদুম্মক চৎথরি, তৌবদবু মসিগী মায়কৈদা থোইদোক্লা খন্নবদি তৌনদ্রে, নোংম-নোংমগী খন্ন-নৈনবগী পাম্নবা হছ্রক্লি।

## (২) মেল রাগ বর্গীকরণ :-

মেল হায়বগী অর্থদি হৌজিক মতমদা চৎনরিবা 'থাট' হায়বসিনি। হৌজিক্কী মতমদা থাট রাগ চৎনরিবা অসিগুম্না মধ্য কাল হায়বদি ময়ায় ওইবা মতমদা মেল রাগ অসি চৎনরম্মী। মেল মশীংগী মতাংদা খেন্নবা মত কয়ামরুম লৈ হায়বসি মতাং খরদসু পনখ্রে। অদুবু ব্যঙ্কটমখীগী অঙ্কনা পুথোকপা মেল ৭২ না মরম ওইদুনা মেলগী চনৈনবা পুম্নমক লোইশিনখি। অসিগুম্বা মেল ৭২ অসিদগী ১৯ খক্তি হৌজিক ফাওবা কর্ণাটিক সঙ্গীতা মেল হায়না চৎনরি। মধ্য কালগী মেল রাগ বর্গীকরণ অসি প্রাচীন কালগী গ্রাম মূর্চ্ছনা বর্গীকরণদগী খরা হেন্না ফগৎলবা চাওখৎলবা মওংনি।

## (৩) রাগ রাগিনী বর্গীকরণ :-

ময়ায় ওইবা যুগতা তৌরম্বা অমদি চৎনরম্বা থোইদোক হেন্দোকপা মতাং অমনা অরিবা মতমগী নারদগী 'সঙ্গীত মকরন্দ' কৌবা লাইরিক্তা লৈরম্বা স্ত্রীরাগ, পুরুষ রাগ অমসুং নপুংসক রাগ পদ্ধতি অদুদা যুম্ফম ওইরগা রাগ-রাগিনী পদ্ধতি হায়বা অমা শেম্লক্লে। মসিদসু মত অমত্তা মান্নদে, মরুওইবা মত ৪ খক লৈরে। মদুদি, শোমেশ্বর মত, ভরত মত, কাল্লিনাথ মত অমদি হনুমান মত অসিনি। মখোয় অসি মতম অদুগী মমীং লৈরবা পণ্ডিত ওাক্তনি।

১) **শিব নত্ত্বগা শোমেশ্বর মত :-** মত অসিগী মতুংইন্না রাগ ৬ নি, মখোয়দুদি :- শ্রী, বসন্ত, পঞ্চম, ভৈরব, মেঘ অমদি নটনারায়ণ

নি। রাগ খুদিংগী রাগিনী ৬/৬, মখোয়গা লোয়নবা পুত্র রাগ অমদি পুত্র বধু (মচাগী মমৌ) রাগশিংনি।

২) **কৃষ্ণ নত্তুগা কল্লিনাথ মত :-** মসিসু অহানবগী মত কা মান্নে, রাগ ৬ নি মমীং মান্নে, অদুবু রাগিনী ৬ অমসুং পুত্র-বধু শিংদি মান্নদে।

৩) **ভরত মত :-** মত অসিগী মতুংইন্না রাগ ৬কী মমীং - ভৈরব, মালকৌঁস, হিন্ডোল, দীপক, শ্রী অমসুং মেঘ রাগনি। রাগিনীনা ৬-৬ নি, পুত্ররাগ, পুত্র বধু ৮-৮ নি।

৪) **হনুমান মত :-** মত অসিগী রাগ ভরত মতকীগা চপ মান্নে। রাগ খুদিংগী রাগিনী ৫-৫ নি পুত্র, পুত্র বধু ৮-৮ নি। মতৌ অসুল্লা রাগ-রাগিনীগী বংশাবলী হায়বদি পারী-পুরীগী মরী শেমগৎখি। ময়ায় থংবা মতমগী রাগ-রাগিনীশিংদুগা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবশিংসিগা য়াম্না খেন্নে, অদুনা রাগ-রাগিনী পদ্ধতি অসি স্বরগী অমদি রাগগী মশক মান্নবনচিংবগী মায়কৈরোমদা রাখল চঙলম্ব্রা হায়বগী মরমদদি খঙবা ঙমদ্রে।

খৃষ্টাব্দ ১৮১৩ দা পটনাদা লৈরম্বা মুহম্মদ রজা কৌবা সঙ্গীত বিদ্বান অমনা ইরম্বা লাইরিক 'নগমাত-এ-আসফী' দা রাগ-রাগিনী পদ্ধতি হায়বদি চৎন-পথাপ ইহান হানবা ওইনা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লুনা আলোচনা তৌরম্মী। অদুবু মশামক্তি পদ্ধতি অসিগী রাংমদা লাচ্ছোক্লুনা অনৌবা পথাপ অমা হৌদোক্লবা থবক্তি তৌরমদ্রে। হান্নগী পদ্ধতি অসিদা রাগ-রাগিনীশিংগী মমীং খরা হোংদোক-হোংজিন তৌরগা মাগী পদ্ধতি অমা চৎনহল্লম্মী।

শুদ্ধ, ছায়ালগ অমসুং সঙ্কীর্ণ হায়বা কাঙলূপ অসিসু মধ্যম যুগতা য়াম্না চৎনরম্লবসু হৌজিক্তি মসি থোইদোক্লা মরুওইদ্রে, চুম্নগী মমীংতা মঙায়রে। বোম্বেগী নারায়ণ মোর্দেশ্বর খরে কৌবা বিদ্বান অমনা রাগাঙ্গ ৩০ খক পুথোক্লুনা রাগ পূম্নমক মদুদা হাপচিন্দুনা শেল্লম্মী। অদুবু মাগী চৎন-পথাপ অসিগী রাগ মশীং য়াম্মনবা, লুমনবা মরম্না মোর্দেশ্বরগী পদ্ধতি অদুসু চৎনহনবা ঙমখিদ্রে। হৌজিক্কী মতমদদি থাটরাগ পদ্ধতিনা অতৈ পদ্ধতি পূম্নমক্কগী হেন্না ফবা, লায়বা, অমদি বৈজ্ঞানিক ওইবা মরম্না মসিবু ভারতকী মফম পূম্নমক্তা চৎনরি অমদি পাম্নরি।

## গ্রাম অমসুং মূর্চ্ছনা

খুঙ্গংদা মী কয়ামরুম লৈবগুম্না সঙ্গীতকী ওইবা গ্রামদা মূর্চ্ছনা কয়া লৈ। খুঙ্গংগী মীশিংনা মচা-মশূ মথং মথং শন্দোরকপগুম্না গ্রামদগী জাতি-গায়ন কয়া শন্দোরকই।

গ্রাম হায়বা ৱাহৈ অসি অচন্না অর্থদা খুঙ্গং হায়বনি। থায়নগী হায়বদি প্রাচিন সঙ্গীত অসি 'গ্রাম' হায়বা ৱাহৈ অসিগা যাম্না মরী লৈনৈ। ভরত মুনিনা গ্রাম অহুম হায়বদি ষড়জ, মধ্যম অমসুং গন্ধার গ্রামগী মমীং পল্লি, গন্ধার গ্রামদি স্বর্গদা লৈখ্রে হায়। ষড়জ অমদি মধ্যম গ্রাম অনীগী মরমদদি শুগাইনা হায়রম্মী। ষড়জ গ্রামগী মরু ওইবা স্বরদি 'সা' নি, মধ্যম গ্রামগী মরু ওইবা স্বরনা 'ম' নি। হায়রিবা স্বর অনী অসি গ্রামগী অহানবা হায়বদি অহৌবা স্বরনি। গন্ধার গ্রামগী অশেংবা অমদি মরু ওইবা স্বরদি 'নি' নি, অদুনা 'নিষাদ গ্রাম' কৌবনি। গন্ধার গ্রাম অসি স্বর্গলোক্তা গন্ধর্বশিংনা শীজিন্নখ্রে হায়নৈ। শ্রুতিগী অথাপ্পা অমদি অনকপগী খেন্নবদু লেপ্পবা স্বর ৭ গী মপৈ অদুবু গ্রাম কৌই।

**ষড়জ গ্রাম :-** থায়নগী প্রাচিন সঙ্গীত্তা শ্রুতিগী অরোই-অরোইবদা স্বর থম্মী।

**'চতুশ্চতুশ্চতুশ্চৈব ষড়জ মধ্যম পঞ্চমাঃ।**
**দ্বে দ্বে নিষাদ, গন্ধারবৌ ত্রিস্ত্রী ঋষভ ধৈবতৌ'**

হায়বা নিয়মসিগী মতুংইন্না 'সা' দা শ্রুতি ৪, 'রে' দা শ্রুতি ৩, 'গ' দা শ্রুতি ২, 'ম' দা ৪, 'প' দা ৪, 'ধ' দা ৩ অমদি 'নি' দা শ্রুতি ২ নি। মদুগী মওংদু মখাদা অসুম্না পীরি।

| সা | রে | গ | ম | প | ধ | নি |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৪ | ৭ | ৯ | ১৩ | ১৭ | ২০ | ২২ |

মসিবু ষডজ গ্রাম কৌই। হায়রিবা স্বরশিংগী লৈফমদা হোংদোক-হোংজিন তৌগ্নবদি মদু ষডজ গ্রাম ওইররোই।

**মধ্যম গ্রাম :-** গ্রাম অসিগী স্বর ৭ অসি মথং-মনাও কায়দনা শ্রুতি ৪, ৩, ২, ৪, ৩, ৪, ২ দা স্বরশিং লৈ। গ্রাম অসি ৫ শুবা স্বর 'প' অমদি ৬ শুবা স্বর 'ধ' অনী অসি ষডজ গ্রামগী 'প' অমসুং 'ধ' গী লৈফমগা খেন্নে, অসি নত্তবা স্বর অতৈদি চপ মান্নে। মধ্যম গ্রামগী শ্রুতি খেন্নবসি ষডজ গ্রামদগী ফংই। ষডজ গ্রামগী স্বর ৭ অসি ৪, ৩, ২, ৪, ৪, ৩, ২ দা লৈ। মসিদা ৫ শুবা স্বর 'প' অসি শ্রুতি অমা তারে। মরম অসিনা শ্রুতি ৩ দা লৈফম থোকপা 'ধ' অসি শ্রুতি ৪ দা ৱাংনা লৈরে, মধ্যম গ্রাম মতৌ অসুম্না ওই :-

| সা | রে | গ | ম | প | ধ | নি |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৪ | ৭ | ৯ | ১৩ | ১৭ | ২০ | ২২ |

**গন্ধার গ্রাম :-** গন্ধার গ্রামগী মরমদদি সঙ্গীতকী অরিবা লাইরিকশিংদা থোইদোক্লা শুগাইনা তাক্লমদ্রে। গ্রাম অসি অরিবা মতমদসু লৈরমদ্রে, গায়ন অসি স্বর্গ লোক্তা লৈখ্রে হায়নৈ। অদুনা ময়ায় থংবা মতম ফাওবদা ষডজ অমদি মধ্যম গ্রাম অনী অসিতং চংনরম্মী। মতম খরা লৈরগা মধ্যম গ্রামসু চংনখিদ্রে, ময়ায় থংবা যুগকী মমৈদদি গ্রাম অসি পূম্মং মুৎখ্রে। শুপ্নতগী ষডজ গ্রামতমক লৈহৌরে। অনৌবা যুগসিদা অনৌবা সঙ্গীত প্রণালী লাকপদগীদি গ্রামগী চংনবীশিং অমত্তা লৈখিদ্রে।

## মূর্চ্ছনা

**ক্রমাতস্ববানাং সপ্তানামা বোহেশ্চাবরোহনম্।**
**মূর্চ্ছমেত্যুচংতে গ্রামদ্বয়েতাঃ স্পত সপ্তচ।।**

সঙ্গীত রত্নাকর

স্বর ৭ গী মথং-মনাও নাইবা আরোহ-অবরোহবু মূর্চ্ছনা কৌই, গ্রাম অনী অসিগী খূদিংমক্তা মূর্চ্ছনা ৭-৭ পোকই।

ক্রময়ুক্তাহঃ স্বরাহঃ স্বরাহঃ সপ্ত মূর্চ্ছনাস্তুভি সংহিতাঃ

**ভাবার্থ :-** স্বর ৭ পু মথং-মনাও নাইনা আরোহ-অবরোহ তৌরবদি মদুবু মূর্চ্ছনা কৌই।

গ্রামদগী মূর্চ্ছনা পোকই, হায়বদি গ্রাম হায়বসি মূর্চ্ছনাগী ভূংনফম অমদি পোক্নফম ওই। ভাতখণ্ডে সঙ্গীত পদ্ধতিদা থাটতগী রাগ পোকপগুম্না ভরত-কালিন সঙ্গীত পদ্ধতিদা গ্রামদগী মূর্চ্ছনা পোকই অমদি মূর্চ্ছনাদগী জাতি গায়ন পোকই। গ্রাম অমদা মূর্চ্ছনা ৭ লৈ। ষডজ অমদি মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছনা ৭-৭ নি, অনীনা পুল্লগা ১৪ নি, মসিদা গন্ধার গ্রামগী মূর্চ্ছনা ৭ অমগা হাপচিল্লবদি ২১ নি। অদুবু গন্ধার গ্রামদি থায়নদগী হৌনা চৎনরমদ্রে।

গ্রামদগী মূর্চ্ছনা ৭ মতৌ করম তৌনা পুথোকপগে হায়রবদি গ্রামগী স্বর ৭ নি, স্বর খূদিংগী মূর্চ্ছনা অমমম থোকই। ষডজ গ্রামগী 'সা' দগী হৌরগা আরোহ-অবরোহ তৌগনি। স্বর ৬ অদু অনেম্বরোমদা মথং-মনাও কায়দনা তৌগনি। মধ্যম গ্রামগীসু 'ম' দগী হৌরগা অনেম্বা স্বর রোমদা মথং-মনাও আরোহ-অবরোহ তৌগনি।

## ষডজ গ্রামগী মূর্চ্ছনা ৭

| | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| (১) উত্তরমন্দ্র মূর্চ্ছনা | - | সা | রে | গ | ম | প | ধ | নি | সা̍ | - | আরোহ |
| | | সা̍ | নি | ধ | প | ম | গ | রে | সা | - | অবরোহ |
| (২) রজনী | - | নি̣ | সা | রে | গ | ম | প | ধ | নি | - | আরোহ |
| | | নি | ধ | প | ম | গ | রে | সা | নি̣ | - | অবরোহ |
| (৩) উত্তরায়তা | - | ধ̣ | নি̣ | সা | রে | গ | ম | প | ধ | - | আরোহ |
| | | ধ | প | ম | গ | রে | সা | নি̣ | ধ̣ | - | অবরোহ |
| (৪) শুদ্ধ ষডজা | - | প̣ | ধ̣ | নি̣ | সা | রে | গ | ম | প | - | আরোহ |
| | | প | ম | গ | রে | সা | নি̣ | ধ̣ | প̣ | - | অবরোহ |
| (৫) মত্সরীকৃতা | - | ম̣ | প̣ | ধ̣ | নি̣ | সা | রে | গ | ম | - | আরোহ |
| | | ম | গ | রে | সা | নি̣ | ধ̣ | প̣ | ম̣ | - | অবরোহ |
| (৬) অশ্বক্রান্তা | - | গ̣ | ম̣ | প̣ | ধ̣ | নি̣ | সা | রে | গ | - | আরোহ |
| | | গ | রে | সা | নি̣ | ধ̣ | প̣ | ম̣ | গ̣ | - | অবরোহ |

(৭) অভিরুদ্দগতা - রে় গ় ম় প় ধ় নি় সা রে - আরোহ
রে সা নি় ধ় প় ম় গ় রে় সা় - অবরোহ

মথক্তা লৈরিবা আরোহ -অবরোহশিং অসি মূর্চ্ছনা খূদিংগী অহৌবা স্বরশিংবু 'সা' ওইনা লৌরগা আরোহ্ অবরোহ্ তৌগদবনি।

মতৌ অসুম্না ১বা মূর্চ্ছনা 'উত্তরমন্দ্র' কাফী থাটকা মান্নে। ২শুবা রজনী মূর্চ্ছনানা বিলাৱল থাটকা মান্নে। ৩শুবা 'উত্তরায়তা মূর্চ্ছনা' দি করিগুম্বা থাট অমত্তগা মান্নদে, ৪শুবা 'শুদ্ধষড়জা' আসাৱরী থাট কা মান্নে। ৫শুবা মূর্চ্ছনা 'মত সরীকৃতা' হায়বসিদি খমাজ থাট কা মান্নে। ৬শুবা অশ্বক্রান্তা মূর্চ্ছনা হায়বসিনা কল্যান থাটকা অমদি ৭শুবা অভিরুদগতা হায়বা অসিগা ভৈরবী থাটকা মান্নে।

- ঃঃ -

# মতঙ্গগী মূর্চ্ছনা ১২গী মওং মতৌ

আচার্য মতঙ্গনা মহাক্কী লাইরিক 'বৃহদ্দেশী' হায়বা অদুদা মূর্চ্ছনাগী ৱাফম অসি শন্দোক্লা হায়। ভরতকী তুংইনবশিংনা গ্রামগী মতৌগুম্না মূর্চ্ছনাদা স্বর ৭ অদুম ওইনৈ, অদুবু মতঙ্গনদি স্বর ১২ না মূর্চ্ছনা অমা ওইহল্লি। মহাক্কী ৱাখলদা মন্দ্র অমসুং তারদা স্বর খর-খরা হাপচিল্লবদি রাগ ওইহনবদা খুদোং চাগনি হায়বসিনি। মরম অদুদগী মহাক্না ভরতকী মূর্চ্ছনাদা মথক মখাদা স্বর খরা হাপচিংদুনা স্বর ১২ শুহল্লি। খুদম ওইনা :-

**ষড়জ গ্রামগী মূর্চ্ছনা -**

| | |
|---|---|
| উত্তর মন্দ্র | ধ̣ নি̣ সা রে গ ম প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ |
| রঞ্জনী | নি̣ সা রে গ ম প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ ম̇ |
| উত্তরায়তা | সা রে গ ম প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ ম̇ প̇ |
| শুদ্ধ ষড়জা | রে গ ম প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ ম̇ প̇ ধ̇ |
| মৎসরিকৃতা | গ ম প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ ম̇ প̇ ধ̇ নি |
| অশ্বক্রান্তা | ম প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ ম̇ প̇ ধ̇ নি সা̇ |
| অভিরুগতা | প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ ম̇ প̇ ধ̇ নি̇ সা̇ রে̇ |

**মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছনা**

| | |
|---|---|
| সৌবীরী | নি̣ সা রে গ ম প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ ম̇ |
| হরিনাশ্বা | সা রে গ ম প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ ম̇ প̇ |
| কলাপন্তা | রে গ ম প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ ম̇ প̇ ধ̇ |
| শুদ্ধমধ্যা | গ ম প ধ নি সা̇ রে̇ গ̇ ম̇ প̇ ধ̇ নি |

মাগী ম প ধ নি সা রে গ ম প ধ নি সা

পৌরবী প ধ নি সা রে গ ম প ধ নি সা রে

অভিরুদগতা ধ নি সা রে গ ম প ধ নি সা রে গ

**ভরত অমসুং মতঙ্গগী মূর্চ্ছনাশিংগী খেন্নবা**

মথক্তা পীরিবা মূর্চ্ছনাশিংসিদগী খওবা ঙম্বদি মতঙ্গগী মূর্চ্ছনাদি আরোহা খক্তনি।

ভরতকী ষড়জ গ্রামগী মূর্চ্ছনাদি সা দগী হৌই, অদুগা মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছনানা ম দগী হৌই।

মতঙ্গীগী ষড়জ গ্রামগী মূর্চ্ছনানা ধ দগী হৌই, মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছনানা নি দগী হৌই।

ভরতকী মূর্চ্ছনাগী স্বর অসি ৭ খক্তনি, মতঙ্গগী মূর্চ্ছনাদি স্বর ১২ না শাই।

মতঙ্গগী তুংদা লাকপা সঙ্গীতকী অখঙ-অহৈ পণ্ডিতশিংনা মাগী স্বর ১২ গী মূর্চ্ছনাগী (দ্বাদশ মূর্চ্ছনাবাদ) নিয়ম অসিগী মতাংদা য়েংনবা কয়া থোকখ্রে। মখোয়না হায়রি, মতঙ্গনা মাগী ষড়জ অমদি মধ্যম গ্রামগী মূর্চ্ছনাশিংগী অহৌবা স্বরশিং অসি ধ অমদি নি দগী ওইরিবসি করিগুম্বা গ্রামগী অহৌবা হায়বদি 'আদিম' স্বর নত্তে। জাতিশিং অসিগী ঔড়ব অমদি ষাড়ব শেম্নগী নিয়ম লৈ। মরম অসিনা স্বর ১২ গী অর্থ সপ্তক ২ $^1/_2$ হায়বনি। মরম অদুনা মীওইবগী খৌনাউনা হায়বা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈরে। ষাড়ব-ঔড়বতা বর্জিত স্বরশিংগী মশীং চল্লবসু স্বরশিং অসি শীজিন্নখিবগী মরম্না জাতি খরা নত্তগা রাগ খরগী রচনা তৌবা (মরমদা হায়বা) য়াররোই, অদুনা ফিভম অনীমক্তা খুদোং থীনিংঙাইনি। মরম খরসি লৈবদগী মতঙ্গগী মূর্চ্ছনা ১২ (স্বর ১২গী মূর্চ্ছনা) অসি মায় পাকপা হায়বদু ওইদরে।

মতঙ্গগী স্বর ১২ গী মূর্চ্ছনাবাদপু য়াবা, থাগৎপসু য়াওদবদি নত্তে, মরমদি সিদ্ধান্ত (নিয়ম) অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা মতঙ্গগী কিন্নর বীনাদা খোংদুনা য়েংবদা স্বর ১৯ ফংই। মরম অসিদগী আচার্য কৈলাশ দেব বৃহস্পতিগী মত্তা মূর্চ্ছনা

অমা শাগৎপদা কিন্নর বীণাদা স্বর ১৯ ফংলবনীনা ময়াম্না পান্নিবা স্বর ১৫ নত্তুগা ১৬কী মূর্চ্ছনাদি অদুম ফংবা য়ারগনি ।

সঙ্গীত পদ্ধতিদা অরিবা অমসুং ময়ায় ওইবা যুগকী মূর্চ্ছনাগী চৎনবী অসি য়াম্না মরুওইনা চৎনরম্লবসু হৌজিক্কী অনৌবা সঙ্গীত পদ্ধতি অসিদদি চৎনখিদ্রে। হৌজিক্তি রাগ খূদিংমক 'সা' দগী হৌরে অমদি খূদিংমক্কী অকক্লবা থাট লৈরে, মরম অসিনা মূর্চ্ছনাগী থোইদোকপা চন্নফম লৈত্রে। অরিবা মতমগী ষড়জ অমদি মধ্যম গ্রামদগী পোকপা মূর্চ্ছনা ১৪দুগী মহুত্তা অনৌবা সঙ্গীত পদ্ধতি অসিদা থাট হায়না লৈপ্রে।

## বাদ্য

হিন্দুস্তানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা শীজিন্নরিবা বাদ্যশিংসি মখল ৪ থোক্লা খায়দোকই, মখোয়দুদি - (১) তত বাদ্য, (২) সুষির বাদ্য, (৩) অবনদ্ধ বাদ্য অমদি (৪) ঘন বাদ্য। সঙ্গীত রত্নাকরদা অসুম্না হায়রি :-

**বাদ্যতন্ত্রী ততং বাদ্যং ষিরমতম।**

**চর্মাবনদ্ধ বদনমবনদ্ধং তু বাদ্যতে।।**

**ঘনোনূর্ত্তি স্যাভিঘাতাদ্বদ্যাতে তন-ঘনম।।**

-সঙ্গীত রত্নাকর

(১) **তত বাদ্য:-** তত বাদ্যগী অর্থদি তারা তিংদুনা হাপ্লা যন্ত্রবুনি। গৎ, রেশমগুম্বনা তাশিন্দুনা জ্বালী হাপ্লগা, মিজরাপ অমসুং চৈজিংনা লেন্দুনা খোংবা যন্ত্রশিং কাওলূপ অসিগী মনুং চল্লি। খূদম :- বীণা, সিতার, সারোদ বেহলা, ইসরাজ, তানপুরানচিংবা।

(২) **সুষির বাদ্য :-** চীন্না কামদুনা অমদি নুংশিৎ হুমজিল্লগা মশা মথন্তা খোংজবা বাদ্যশিং কাওলূপ অসিগী মনুংদা চল্লি। খূদম :- শহনাই, বাঁশী, ক্লারিওনেট, হারমোনিয়ম্নচিংবনি।

(৩) **অবনদ্ধ বাদ্য :-** মমায়দা শউন তিংবা খুৎনা য়ৈদুনা তাল পীরিবা যন্ত্রশিং কাওলূপ অসিগী মনুং চল্লি। খূদম :- তবলা, পখাৱজ, খোল, মৃদঙ্গ, ঢোলক, ঢোলনচিংবা।

(৪) **ঘন বাদ্য :-** পিথ্লাই, শেঞ্জেংগুম্বনা শাবা খীংদুনা তাল থাননবা শেম্না যন্ত্রশিংবু ঘন বাদ্য হায়না কৌই। খূদম :- মঞ্জিরা (মন্দিলা), ঝাল, করতাল, জল তরঙ্গ, কাঠ তরঙ্গ, নল তরঙ্গনচিংবা।

# ঘরানা

ঘরানা হায়বা অসি গায়কী অমদি গায়ন শৈলীদগী পোকপনি। কনাগুম্বা শৈশকপা (গায়ক) অমনা শিষ্য খরা পোক্লে হায়বদি মহাক্কী অফবা ছাত্র কয়া পুথোক্লে, মখোয়শিংদুনা অমুক মখোয়গী ছাত্র কয়া অমসু পুথোক্লে। অসুম তৌদুনা ইহান হানবা গুরু অদুগী শৈশক্কী অখন্নবা মওং অদু মীরোল মথং মথং চংথরকপনা চংনবী শৈশক (শিষ্য পরম্পরা) ওইরকপা অদুবু ঘরানা কৌই। ময়ায় থংবা যুগতা সমাজগী ওইরিবা ফিভম্না য়াদদুনা ঘরানা হায়বসি পোকখি। তানসেনগী মমাঙদা ঘরানা লৈরমদে। তানসেনগী মতমদা গায়ন শৈলীগী মহুত্তা 'বানী' হায়বা ৱাহে অমা শীজিন্নরম্মী।

ভারত্তা বৃটিশ শাসন হেক হৌরকপগা লোয়ননা রাজ্য মচা মচা লৈবা হৌরকখি। হায়রিবা রাজ্যশিং অদুদা কলাকার খরসু শোয়দনা লৈরম্মী। মখোয় অদুনা রাজ্যদুগী নিংথৌশিংবু ঈশৈ শক্কুনা তাহল্লম্মী, নুংঙাইহল্লম্মী। অসুম্না মখোয়গী চঙজফম (আশ্রয়) ফংলম্মী। খুদম ওইনা দেৱা স্টেটতা রজ্জব আলি খাঁ, মৈহরদা অল্লাউদ্দিন খাঁ, গ্বালিয়রদা হাফিজ আলি খাঁ, বরৌদাদা ফৈয়াজ খাঁ নচিংবা লৈরম্মী। মখোয়না রাজ্যগী মায়কৈরোমদগী মখল খুদিংগী খুদোংচাবা ফংলম্মী। মরম অদুনা অফবা শিষ্য শেমগৎপদা মখোয়না থোইদোকপা অৱাবা লৈরমদে। মখোয়গী পুন্সি নুংঙাইনা লেল্লি, কনা কনাগুম্বা শিষ্যনা তমগে হায়রুরবসু লৈথোক-লৈশিন তৌই। ওঝানা য়াবিদুনা চহী কয়ামুক লৈরবসু নীংথি-নুংঙাইনা তম্বীদে, খর-খজিক্তং য়াম্না লীক্লা তম্বি। মখোয় মখোয়গী মচা মশূশিং তম্বিবদদি মথৱায় য়াম্না য়াওনা হোৎনৈ। মদুনা মখোয়গী তুংদা নক্তগা মতমদা রাজ্য অদুদা থবক ফংনবা হোৎনৈ।

ওঝাশিং অদুনা মচা-মশূশিংবু নুংশিনা তম্বিবদা অফবা লোয়ননা ফত্তবা মওং কয়াসু থেংনৈ। মদুবু ওঝাগী তোপ-তোপ্পা গুণ ফংজহৌবগুম (ৱিরাসত কুম) খঞ্জে। খুদম ওইনা -কনাগুম্বা গায়ক অদুনা নাখাঙদা স্বর পুরবদি মাগী

মচা নত্তুগা সেবক অদুসু মাগুম্না অদুম তৌরে। শিষ্যশিংগী মথক্তা ওঝানা মীৎয়েং অদুক্কী মতীক চঙই, ওঝাগী য়াথং য়াওদনা মখোয় কনা অমত্তনা অতোপ্পা গায়কশিংগী ঈশৈ তাবা য়াদে, মদুতসু নত্তনা শিষ্যশিংবু করিগুম্বা মফমদা শকপা-শোনবা য়াহল্লমদে। মতম অদু হৌজিক্কী মতমগুম্না রেডিও সঙ্গীত সম্মেলননচিংবা তাবা ফংবগী উপায়সু লৈরমদে। অসুম্না শিষ্যশিংবু ফাজিন্দুনা থম্বদা অফবসু লৈ, ফত্তবসু লৈ। অফবদি মাগী শিষ্য অদুদা অতোপ্পা শৈশকপগী শৈহেক-শৈদাগী মমি তাবা ঙমদ্রে।

ঘরানা খায়বগী ফত্তবা হায়বা তারবদি মতীক চাদবা ওঝা থেংনরুরবদি সেবক অদু মাগী খুদুমদা লৈখিদুনা মপুঙ্গি মাঙবা, মমীৎ পাঙথোক্লবগী মতম ফাওবা ফংদবগী খুদোংথীবা মায়োক্লবা য়াই। ঘরানানা অফবা কলাকার পোক্লবসু মখোয়শিংদু মতম লৈবা খিবিক্তা গুহাগী হঙোইগুম্না গুরুগী চরণদা কৃন্দুনা, সেবা তৌদুনা লৈ।

সঙ্গীতত্তা ঘরানা হায়বসি ময়ায় থংবা যুগক্কী পোথোক্নি; মতম অদুদা কলাবু নুংশিজবা, সঙ্গীত কলাবু পামজবশিংনা করিগুম্বা মখলগী তানবগী পাম্বৈ লৈরমদে। সঙ্গীত সম্মেলন, রেডিও, টেলিভিজন টেপ রেকোর্ড, গ্রামাফোন্নচিংবা ঈশৈ তানবগী খুদোংচাবা ফংলমদে। নিংথৌ, নৱাবনচিংবশিংগী মখাদা শেল-থুম অমদি হিংনবগী পাম্বৈ মতীক চানা ফংলবা উস্তাদ অমদি গায়ক (রাজ গায়ক) শিংগী মফমদা চঙজদুনা ঈশৈ তমজৈ, ওঝাদগী তমজবা থরদু নত্তনা অমদি তম্মিনবশিংনা শকপদু নত্তনা অতোপ্পনা শকপা তানবগী মতম ফংলমদে। তাবা ফংবগী খুদোংচাবা লৈরবসু গুরুনা থিংই, তাহন্দে।

ঙসিদি মতম অদু লোইখ্রে, পণ্ডিত বিষ্ণু দিগম্বর পলুসকরনা কথোকপগা লোয়নননা হোৎনখিবদগী হৌজিক্তি লৈবাক্কী কাচিন-কোয়া খুদিংদা ঈশৈগী স্কুল কলেজ কয়া লিংখৎখ্রে। বৈজ্ঞানিকশিংনসু মখল কয়াগী উপায় পুথোক্নুনা হেক তানীংলকপদা বটন অমা নম্বদা অচৌ-অচৌবা উস্তাদশিংনা শকপা খোংবা হেক্তা তাবা ফংলে। হৌজিক্তি কলাকারশিং গুহা মনুংগী হঙোইগুম লৈরম্বা যুগ দু মতম পুম্নমক্কী ওইনা লোইখ্রে। হৌজিক্কী যুগ অসিদদি সঙ্গীত বিদ্যালয়শিংদা ওঝা তোঙান তোঙানবা কয়াদগী সঙ্গীতবিদ্যা তম্বা ফংলে। চহী অমা ওঝা অমদা অমুক মথং চহীদা অতোপ্পা ওঝা অমদা হোংদুনা তম্বা হেক্তা ফংই। ওঝা

অনীমক ঘরানা অমত্তগী ওইবগী করিগুম্বা অমত্তা দরকার লৈতে, মরম অদুনা ছাত্র খুদিংমক অরেপ্পা গায়ন শৈলী অমখক্তগী শিক্ষা ফংনদ্রে। ছাত্রশিংনা মশা মশাগী খুদোংচাবা, শক্তি অমদি খৌনাওগী তৌবা ঙম্বগী মতুংইন্না, তোঙান তোঙানবা কলাকারশিংগী ঈশৈ তারগা তারিবদুগী অফবা শরুক মখে মশাদা হাপচিল্লি। মরম অসিনা হৌজিক্কী মতমদদি ঘরানাগী মতুংইন্না তম্লদ্রে। মতম অসুম অসুম হৌখিবগা লোয়ননা ঘরানাগী মরুওইবা মগুণ (মহত্ব) অসিসু ময়েং তাত্রগনি হায়বদি লোইথ্রগনি। ঙসিসু সঙ্গীতজ্ঞ কয়া অমা ঘরানা কয়াগী প্রতিনিধিশিংদগী ঈশৈ তম্মী, মরম অদুনা, মহাক কনাগুম্বা থোইদোকপা ঘরানাগী অরেপ্পা লৈতে, ঘরানাগী মহুতশিনবা (প্রতিনিধি) অমসু ওইদে। হৌজিক্কী মতম অমদি মাঙদা লাক্কদৌরিবা মতম অসিদদি ঘরানাগী মহুৎশিনবা নত্তবা অফবা কলাকার কয়া থোক্লকপা য়াবগী আশা কয়ামরুম লৈরে।

# সিতার পুথোকখিবগী ইতিহাস

সিতার শেমখিবগী মরমদা বিদ্বানশিংগী মত কয়ামরুম ফংই। অদুবু হৌজিক ফাওবদা মত অমফাওবগী মতীক চাবা প্রমাণ অমা ফাওবা ফংবা ঙমদ্রি। বিদ্বান খরগী মত মতুং ইন্নদি মসি শাখিবগী মওং অসি বীণাগী মওং লৌরগা শাবনি হায়রি। ভারতকী বিদ্বানশিংনা মত অসি য়ানিংই। অতোপ্পা মত অমনা ১৪শুবা শতাব্দী অদুরাইদা অলাউদ্দিন খিলজীগী দরবারদা অমীর খুসরো কৌবা দরবারী অমা লৈরম্মী। মহাক্না মধ্যমাদ বীণা যন্ত্র অসি পুথোকখি। মতম অদুদা যন্ত্র অসিগী মমীং 'সহতার' হায়না থোনখি। ফারসী লোন্দা 'সহ' হায়বদি অহুম হায়বনি। মমৈথঙদা 'সহতার' গী মহুত্তা 'সিতার' হায়না কৌনখ্রে। তারসু অহুমখক্তা পাল্লম্বদগী ৭-৮ পানখ্রে।

অহুমশুবা মতনা, সিতার অসি ভারতকী যন্ত্র নত্তে, পার্সিয়াদগী ভারত্তা লাকপনি হায়রি। তার ১, ২, ৩, ৪ অমদি ৫ পানবা যন্ত্র মখল কয়া পার্সিয়াগী লোক-গীত্তা শীজিন্নরি। মত অসিবু য়ারিবা মীওইদি লক্নৌগী প্রোফেসার জী.এন গোস্বামী নি। মহাক্না হায়রি - সিতার হায়বসি গ্রীক অমদি আরব অনীনা তিন্নদুনা পুথোকপনি। সিরিয়াদা কিথারী, গ্রীক দেশতা কিথারা, ময়ায় ওইবা মতমগী য়ুরোপ্তা সাইথর নত্তগা জাইথর অমসুং ফারস দেশতা রোহতার হায়বা যন্ত্রশিং অসি শীজিন্নরম্মী। ভারত্তনা এসরাজ, সহতার, মমৈদা সিতার হায়না মমীং চংখি। ক্রিস্টন ডার্টন না মাগী 'য়ু এণ্ড ম্যুজিক' হায়বা লাইরিক্তা ফজনা পুথোক্লে মদুদি শতাব্দী ১৪দা যন্ত্র অসি চংনহন্নবা হোৎনবদা অমির খুসরোগী থোইদোক হেন্দোকপা থৌদাং লৈরম্লা য়াই।

অমির খুসরোগী বংশ অমদি শিষ্য পরম্পরাদা সিতার অসি অসুম শীজিন্নরক্লে। সুপ্লগী খোংবা খক্তা নত্তনা বাজ অদুবু অরেপ্পা শকওং অমা ওইহন্নবসু হোৎনখি। থবক অসিদা ফিরোজ খাঁগী মমীং ইহান হান্না পনবা য়াই। মহাক্না চারতালদা থোইদোক্না তোপ্পা তাবা গত শৈলী অমা পুথোকখি।

গত অদুগী মমীং মথংশীংনা ফিরোজ খাগী গত নত্তুগা ফিরোজ খাঁগী বাজ কৌই। গত অসি খোংবদা পখাৱজ প্রয়োগ তৌরম্মী হায়বদি শীজিন্নরম্মী। অমদি হৌজিক মতমদা চংনরিবা মসিত খানী গতকী মতৌগুম্না গত অদুগী বোলগী অরেপ্পা থম্লম্মী। হৌজিক্তি মফম খুদিংমক্তা তবলা কন্না শীজিন্নরে, মরম অদুনা পখাৱজগী মতম লোইখিবগুম তৌরে। হৌজিক্কী মতমদা পখাৱজনা সিতারগী সঙ্গত তৌবদি অতাবা মীনা য়াম্না নুংঙাইররোই। মতম অদুদদি থোইদোক্লা নুংঙাইতবা ফাওরম্লোই, মরমদি মতম অদুৱাইদা তবলা পোকপা কুইদ্রি পোক্লবা মতুং চহী খরা ফাওবদি খর-খরা য়ৈদুনা শীজিন্নবতমক হৌরক্লমগনি। বীণাদি পখাৱজনা সঙ্গত তৌনরম্মী। তবলা থোক্লকপগা পখাৱজ শীজিন্নবা হেক্তা লোইবদি লোইরম্লোই। মতম খরা ফাওবদি পুঙ অনীসিগী মায়কৈরোমদা অমগা-অমগা চিংথোক-চিংশিন শোয়দনা লৈরমগনি। মরম অমনা সিতার সঙ্গততা পখাৱজনা সঙ্গত তৌরমদ্রবদি ফিরোজ খানী গত অসি কৈদৌঙৈদসু চারতালদা লৈরম্লোই।

মসিদ খাঁ হায়বা কলাকার অসি ফিরোজ খাঁগী মচানুপানি, মহাক্না বিলম্বিত গত অসিগী ইনৌ-নৌবা মশক অমা পুথোক্লম্মী। মাগী গত অদুগী অদুগী মমীং মসিদ-খানী গত কৌগ্রে অদুগা বাজ শৈলী অদুবুনা মসিত-খানী বাজ হায়না হায়খ্রে। মসিত খানী গত তীনতালদা শেমই, মরম অদুনা তবলাদদি হায়নিংঙাই লৈতনা পক্ল রে। মসিদ খানী গত পুথোরকপদা তবলাগা সঙ্গত তৌমিন্নরকখি। হৌজিক্তি মসিতখানী গত অসি তবলাগা লোয়ননা তপ্না-তপ্না সঙ্গত তৌমিন্নরকপনা মীপুম খুদিংনা পাম্নরক্কুনা ফিরোজ খানী গত হায়বসি মমীং ফাওবা পৃম্মুৎ মুৎখ্রে।

মায়কৈ অমরোমদা অমির খুসরোগী শিষ্য অমদি পাথাঙ-পুথাঙ, মায়কৈ অমরোমদা অমুকসু তানসেনগী শিষ্য অমদি পাথাঙ-পুথাং-পরম্পরা অনীমক্তা সিতার খোংবা থোক্লরক্লে। তানসেনগী বংশ অমদি শিষ্য পরম্পরাবুনা সেনী ঘরানা হায়খ্রে। তানসেনগী শৃথাঙ অমৃতসেন অমসুং নিহাল সেন জয়পুরদা লৈরম্মী। সিতারগী মপালগী ওইবা মওং-মতৌ শেমশাবদা মখোয়গী থৌদাং য়াম্না চাউরম্মী। মখোয়না সিতারবু শন্দোকহন্নবা হোংনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি, অদুনা মখোয়গী মমীং কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙম্লরোই। মখোয়না মধ্যলয়দা অনৌবা গত মখল অমা পুথোক্লম্মী, মদুবু অমিরখানী গত হায়না খঙনৈ। অদুবু মদু মসিত খানীগী বোলগা মান্নে, অদুনা মতম খরা লৈরগা অমীর খানী গত

অসি মসিত খানী গতকা থোইদোক্লা খেন্নদবদগী 'অমীর খানী' হায়বা ৱাহে অসি তোক্কুনা মসিত খানী গত হায়না অদুম কৌখ্রে; অদুগা মতম খরগী মতুংদদি মসিত খানী গত অসি দিল্লী বাজ কৌখ্রে।

**মসিত খানী :-** মসিত খানী গতকী মরু ওইবা মগুণদি বিলম্বীত লয়নি। লক্ষ্ণৌগী গুলাম রজা খাঁ হায়বা অদুনা দ্রুত লয়দা গত অমগা পুথোকই, মদুসু মহাক্কী মমীংদা রজাখানী গত হায়না কৌখ্রে। মাগী বাদন শৈলীবু রজাখানী বাজ নত্রগা পুর্বী বাজ হায়রগসু খঙনৈ।

সিতারগী ঘরানাদি গায়নগী ঘরানাগুম্না পাক-চাউদে। মখোয়শিং অদুদি মখাগী অসুম্না ইরি :-

(১) **সেনী ঘরানা :-** ঘরানা অসিগী হৌরকফম অসি তানসেনবু ওইনা লৌনৈ। তানসেনগী অনীশুবা মচা সুরতসেনগী শাগে রহীম সেননি। রহীম সেনগী মচানুপা অনী লৈরম্মী, মখোয়গী মমীংদি (১) অমৃত সেন (২) নিহাল সেননি। অমৃত সেনগী মরুওইবা শিষ্যদি অমীর খাঁ নি, মঙোন্দগী বরকত উল্লা অমসুং ইমদাদ খাঁ অনীসু সিতার তমখি। হায়রিবা নুপা অনী অসিদগী তোঙান-তোঙানবা ঘরানা অনীথোক্লা চৎখ্রে।

**(ক) ইমদাদ খাঁগী ঘরানা :-** ইমদাদ খাঁগী মচা নিপা ইনায়ত খাঁনা মাগী মপা ইমদাদ খাঁদগী সিতারগী শিক্ষা ফংহৌই। সিতারগী শৈলীদা মহাক্লা কয়ামুক শেমদোক্লম্মী। মফম চানা চানা গায়কীগী শরুকসু হাপচিল্লম্মী।

ইনায়ত খাঁগী শিষ্য অহুম অমুক লৈখ্রে, মখোয় অদুদি (১) ধ্রুব তারা জোশী, (২) বিমল কান্ত রায় চৌধুরী অমদি (৩) মহাক্কী মচানুপা বিলায়ত খাঁনি। বিলায়ত খাঁনা মাগী মচেগী মচানুপা রইস খাঁ অমদি মাগী (বিলায়ত খাঁগী) মনাওনুপা ইমরত খাঁবু সিতারগী শিক্ষা পীরম্মী।

**(খ) বরকত উল্লা খাঁগী ঘরানা :-** বরকত উল্লা খাঁদগী স্ব: আশিক আলি খাঁনা সিতারগী শিক্ষা ফংখি। আশিক আলিগী মরুওইবা

বিষয়দি গায়ন (ঈশৈ শকপা) ওইরম্মী। মমৈথঙদা সিতার তম্বা হৌখি। মঙোন্দগী অনব্ররী বেগম অমসুং রসুল বাইনা ঈশৈ অমদি মুস্তাখ অলি অমদি গোপিনাথ গোস্বামীনা সিতার তমখি। গোপিনাথ গোস্বামীদি মতুংদা ভাইওলিন খোংখ্রে।

(২) **করামত উল্লা খাঁ গী ঘরানা :-** উস্তাদ করামত উল্লা খাঁ, মহাক্কী মতমগী মমীং লৈরবা সরোদ বাদকনি। মহাক্না মাগী মপা স্ব: নিয়ামত উল্লাদগী সঙ্গীত শিক্ষা ফংখি। করামত উল্লা খাঁ য়াম্না প্রতিভা লৈবা নুপা অমা ওইরম্মী। মহাক্না মাগী শিষ্যশিংবু সিতার, সরোদ অমদি হারমোনিয়ম তম্বীরম্মী। স্ব: গণেশ প্রসাদ দ্বিবেদী অমদি চুন্নে খাঁবুনা সিতার, মচানুপা ইস্তিযাক অহমদ, গগন চন্দ্র চেতর্জী অমসুং সখাৱত হুসেন খাঁবুনা সরোদ অমদি মুনিমজীবুনা হারমোনিয়ম খোংবা তম্বীরম্মী। গগন চন্দ্রদি মমৈথঙদা ভাইওলিনদা ওনখ্রে। ইলাহবাদকী প্রোফেসার বনৱারী লালনা চুন্নে খাঁদগী অমুক সতিশ চন্দ্রনা প্রো: বনৱারী লালদগী সিতার মথং মথং ওইনা তমখি।

(৩) **অলাউদ্দিন খাঁগী ঘরানা :-** মৈহরগী উস্তাদ অলাউদ্দিন খাঁনা ভারততা ফাওরবা সিতার বাদকশিং মরুওইনা পণ্ডিত রবিশঙ্কর অমদি নিখীল বেনর্জী অনী পুথোক্লম্মী। উস্তাদ অলাউদ্দিন মশামকসু সঙ্গীতজ্ঞ কয়াদগী সঙ্গীতকী শিক্ষা ফংখিবগা লোয়ননা রামপুরগী ফাওরবা বীনকার উস্তাদ ৱজীর খাঁদগী সঙ্গীতকী অখন্নবা শিক্ষা ফংখি।

(৪) **বাবু খাঁগী ঘরানা :-** উস্তাদ হলিম জফর খাঁনা ইন্দোরগী বীনকার মুরাদ খাঁগী শিষ্য উস্তাদ বাবু খাঁদগী মতম খরা সিতার তমখি। হলিম জফরনা মহাক্কী মপা মহবুব খাঁদগীসু সিতারগী শিক্ষা ফংখি।

# মিশ্র রাগশিংগী মরুওইবা

(১) রাগ অনী নত্তগা অনীদগী হেনবনা পূনশিল্লগা শেম্বা রাগবু মিশ্র রাগ কৌই।

(২) মিশ্র রাগশিংবু অপূর্ব অমদি অপ্রচলিত রাগ কৌই।

(৩) মিশ্র রাগদা রাগ অমনা মপুঙ ওই, অদুগা অতৈ রাগনা মচেৎ ওই।

(৪) মিশ্র রাগদুগী থাট অমদি বাদী সম্বাদীদি মপুঙ (প্রধান) ওইরিবা রাগদুগী থাট অমদি সম্বাদীনা ওইগনি।

(৫) মপুঙ ওইরিবা রাগবু হেন্না ফজহন্নবগীদমক্তা অতোপ্পা রাগশিং য়ানশিন্দুনা (মিশ্রন তৌদুনা) শেম্বনি।

(৬) মিশ্র রাগগী মথৌ হায়ববু রাগগী মচৎ অমদি মহৌশা (চলন অমদি প্রকৃতি) কায়হন্দবা অসিনি।

(৭) করি করিগুম্বা মিশ্র রাগশিংদা রাগ অনীমকপু চাংচৎ মান্ননা তিনশিন্নবা (মিশ্রন তৌবা) য়াওই, অদুবু অনীগী মরক্তা অমনদি মপাঙ্গল খরা হেন্না কনগনি।

(৮) করি করিগুম্বা মিশ্র রাগশিংদা রাগ অনী অদু মথং মথং মরু ওইহনবা য়াওই। খুদম ওইনা বসন্ত বহার হায়বা রাগ অসিদা কনা কনাগুম্বা কলাকারনা বসন্তবু অমদি কনাগুম্বনা বহারবু মপুঙ ওইহল্লগা শক্লে অমদি খোংনৈ।

(৯) মিশ্র রাগশিংগী মনুংদা রস থুনা পোক্লকইবা রাগ অদুনা মরুওইবা রাগ হায়বদি প্রধান রাগনি হায়না লৌনৈ।

(১০) মিশ্র রাগশিংদা তোঙান-তোঙানবা রসগী রাগশিং পুনশিন্নবা চুমদে হায়না লৌনৈ, মরমদি রসশিং অদু অমনা অমগী মায়োক্তা লৈনৈ। মরম অদুনা

অসিগুম্বা রাগশিং অসি তিনশিন্নবা (মিশ্রন তৌবা) চুমদে, তৌরোইদবনি। রস অমত্তগী ওইবা রাগ অনী তিনশিন্নবনা খ্বাইদগী হেন্না অফবা ওই।

(১১) মিশ্র রাগশিংদা তিনশিন্নরিবা রাগশিং অদুগী মমীং ফোংদোকপা অমদি ফোংদোক্তবা লৈ। বসন্ত বহার রাগদা মমীং অনীমক ফোংদোকই অদুবু আনন্দ ভৈরবতদি বিলাবলগী মমীং ফোংদোক্তে, ভৈরবকী মমীংদি ফোংদোকই।

(১২) মিশ্র রাগশিংদা তিনশিন্নরিবা রাগশিংদু অমনা অমবু য়োকখৎনগদবনি। অমগা অমগা থৌগৎনগদবনি, অপনবা খক-পীনরোইদবনি।

(১৩) থাট অমত্তদগী পোকপা রাগ অনী মিশ্রন তৌবনা খ্বাইদগী হেন্না অফবা ওই, খুদোংচাবা হেল্লি।

(১৪) বাদী, সম্বাদী অমাদ ন্যাস স্বরনচিংবা মান্নবা রাগ অনী তিনশিন্নবনা খুদোংচাবা খ্বাইদগী হেল্লি।

# ধ্রুপদকী ৱারী ৱাখোঙ

ধ্রুপদকী শৈশক (গায়ন) গী চৎনবসি হন্থ্রে হায়বা ৱাফম অসি অচুম্বনি, হৌজিক অয়াম্বদা ধ্রুপদকী শৈশক অসি খ্যালনা শিনখ্রে। মসি করিদগীনো হংবদা ইরায় লায়না খুন্না য়াই মদুদি দেশী সঙ্গীত হায়বসিদি মীশিংগী অপাম্বা অদুগী মতুংইন্না হোংই অমদি হোং-হোংদুনা লৈগনি। থায়নগী চৎনবীদু তোংদনা নপশিন্দুনা লৈগনি, অনৌবা অহোংবা লাকপা য়ারোই হায়বসিদি সুকয়া-য়ারোই। অহোংবা হায়বসিদি চাওখৎলকপগী খুদম্নি। শাৎতোকপা, ভাঙ্থোকপা হায়বসি সমাজগী তৌফম থোকপনি। অদুগুম্না উৎথোক্লিবা, ভাঙ্থোক্লিবা অওনবা কয়ামুক্কী মতৌদুদা বৈজ্ঞানিকশিংনা থিজিন হুমজিনগনি। অদুবু ঐখোয়না খল্লোইদবদি অওনবা, অনৌবা পুম্নমক অনৌবা হোংলক্লিবা য়ুগ অদুগা চান্নরবনি, অরবা পুম্নমক্তি কান্নদ্রবনি হায়বসিনি। ৱাফম অনীগী কান্নবা অসিদি শোয়দনা তোঙান-তোঙানগনি। খ্যালনা ধ্রুপদগী মফম শিনখ্রে হায়বসিমদি শোয়দ্রবা ৱাফমনি। অদুবু ধ্রুপদকী শৈশকপু কাউথোকখিবদি শুকঙম্মক ঙল্লোই, থোইনা হেন্নদুম অকনবা প্রচার তৌনবা খন্নরি, মদুগী থবক লৌখৎনবা সরকারগী মায়কৈদগীসু অকনবা খোংথাং অমা থাংবা হৌখ্রবনি। ধ্রুপদ গায়কীগী খুদোংচাদবা (সমস্যা) খরা মখাদা পীরি :-

গ্বালিয়রগী রাজা মানসিংহ তোমরনা ধ্রুপদকী শৈশক অসি পুথোকখিবনি অমদি শন্দোক্লবসু হোংনখিবনি হায়নৈ। অদুবু অয়াম্বনদি রাজা মানসিংহ ধ্রুপদ শৈশক হৌদোকখি হায়বা য়ানিংদ্রবসু শন্দোক্লবা হোংনখিবা প্রচারক অমনি হায়বসিদি পুম্নমক্না য়ানৈ, চিংনদে। ময়ায় থংবা মতম অদুদা ধ্রুপদ শৈশক শন্দোক্লবা হোংনরম্মী। করিগুম্বা পোৎ নত্রগা থবক থৌরম অমা নিংথৌনা পাম্লবদি মদু প্রজাশিংনসু অদুম তপ্প-তপ্পা পাম্নরকই। মতম অদুগী নিংথৌশিং অয়াম্বনা সঙ্গীত য়াম্না পাম্নরম্মী। মখোয়গী রাজ দরবারদা ঈশৈগী থৌরম হেক-হেক পাঙথোকপা, অমদি লৈবাক (রাজ্য) খুদিংদা মমীং লৈরবা অফবা সঙ্গীতকার,

কলাকারশিং থম্না হায়বসি মতম অদুগী চৎনবীনি। মতৌ অসুম্না রাজ দরবারদা ধ্রুপদকী পোকফম ওইরকখিবদুনা মসিগী চাওখৎপসু রাজ দারবারশিংদগী ওইরকখি।

মতম কয়া হৌখিবগা লোয়ননা সমাজগী ওইবা থবক-ইনখাং, চৎনবীনচিংবা পূম্নমক্তা অওনবা লাকপগুম রাজা মহারাজাশিংগী মতম লোইখ্রে, মদুগা লোয়ননা ধ্রুপদ শৈশকসু লোইখ্রে। ঙসিগী বৈজ্ঞানিক ওইরবা যুগ অসিদদি মীপুম খুদিংমক মেছিনগী মতৌগুম্না থবক শূবা তাবনি, মরম অদুনা পুঙ কয়ামরুম ফমদুনা ধ্রুপদকী অরোই-অথম লৈত্রবা আলাপ জোরনচিংবদু তাম্নবা মতম লৈনদ্রে, মিনিট ৩-৪ গী রেকর্ড তারগা নুংঙাইনরে, পেম্নরে। ময়াম ওইবা মতম রাজা মহারাজাগী মতমদদি মতমগী মমল ঙসিসু অসুম্না ওইরমদবা যাই; পুঙ কয়া ফমদুনা ঈশৈ তাবা হায়বসি মখোয়গী চৎনবী ওইরম্মী। অদুনা ঈশৈ শাংনা শাংনা শকপগী পথাপ শোয়দনা লৈরমগনি, হৌজিক্কী মতমগদি য়াম্না খেম্নরে।

হৌজিক্কী মতমদা ধ্রুপদ গায়নগী শৈশক অসি মীপূম তিংনা পাম্মহনগে হায়রবদি শৈশক অসিনা লৌরিবা মতম অসি তেনশিনহনবা অমদি অকক্লবা মতম অমা শেমদোকপা য়াম্না দরকার ওই। থায়নগী চৎনবীদা তাউদুনা লৈবা ধ্রুপদ গায়কশিং অমদি ধ্রুপদ প্রেমীশিংনদি রারৌবিবদি য়াই হায়ববু ধ্রুপদ শৈলীবু অমুক হন্না চৎনহনসি হায়রবদি ওল্লক্লিবা মতমগী মতুংইন্না শোয়রে হায়দুনা খল্লিবা অসি শেমদোকপা চুমই।

# রাগ রাগিনী খায়দোকপা

ময়ায়থংবা যুগতা নাকল অমদা মেল খায়দোকপা (বর্গীকরণ) অসি চৎননবা হোৎনৈ। মায়কৈ অমরোমদা রাগ-রাগিনী খায়দোকপগী চৎনবী অসিসু লৈরম্মী : নিয়ম অসিগী মখাদা রাগ পূম্নমক রাগ পুরুষ ৬, রাগিনী ৩০ নত্রগা ৩৬ অমদি রাগশিংগী মচা-মশূ থোক্লা খায়দোকলম্মী। হায়রিবা খায়দোকলিবা মওং অসিদা মত মান্নদবা কয়া লৈ। কনাগুম্বা মীওইনা মাগী অনৌবা মত অমা হেক্তা পুথোকই, মদু হেক্তা শন্দোক্লবা হোৎনৈ। মত ময়ামদুগী মনুংদা মরুওইবা মত খরা মখাদা পীরি -

পুণ্ডরীক বিঠঠলনা মাগী 'রাগ-মালা' দা রাগ পুরুষ ৬ অমদি মখোয় খুদিংগী রাগিনী ৫-৫, অমদি মচা ৫-৫ নি হায়না লৌরম্মী। মরুওইবা রাগ ৬ কী মমীং-শুদ্ধ ভৈরব, হিণ্ডোল, দেশকার, শ্রীরাগ, শুদ্ধনট অমসুং নট নারায়ণনি।

দামোদর পণ্ডিতনা মাগী 'সঙ্গীত দর্পন' দা রাগ-রাগিনী প্রণালীগী মত অহুম মখাগী অসুম্না পীরি -

**(ক) শিব মত (রাগ ৬, রাগিনী ৩৬)**

১) শ্রীরাগ - মালশ্রী, ত্রিবেনী, গৌরী, কেদার, মধুমাধবী, পাহাড়ীকা

২) বসন্ত - দেশী, দেবগিরি, বরাটী, তোড়িকা, ললিতা হিণ্ডোল

৩) ভৈরব - ভৈরবী, গুর্জরী, রামকীরী, গুণকিরী, বঙ্গালী, শৈন্ধবী

৪) পঞ্চম - বিভাস, ভুপালী, কর্ণাটী, নড়হনসিকা, মালবী, পটমঞ্জরী।

৫) বৃহন্নাট - কামোদি, কল্যানি, অমিরী, নাটিকা, সারঙ্গী, নট হম্বীরা

৬) মেঘ - মল্লারী, সোরটী, লাবেরী, কৌশিকা, গান্ধারী, হরশৃঙ্গার।

(বিদ্বান খরনা মঙাশুবা রাগ বৃহন্নাটকী মহুত্তা নট নারায়নি নি হায়রি।)

**(খ) রাগার্নব মত (রাগ ৬, রাগিনী ৩০)**

১) ভৈরব - বঙ্গালী, গুণকিরী, মধ্যমদি, বসন্তা ধনাশী

২) পঞ্চম - ললিতা, গুর্জরী, দেশ, বরাড়ী, রামশ্রী

৩) নট - নট নারায়ণ, গান্ধার, সালগ, কেদার, কর্ণাট

৪) মল্লার - মেঘ, মল্লারীকা, মালকৌসিক, পটমঞ্জরী আসাররী

৫) গৌরমল্লার - হিণ্ডোল, ত্রিবন, গান্ধারী, গৌরী, পটহঁসিকা

৬) দেশ (দেশ্যাখ্যা) - ভুপালী, কুড়ালী, কামোদী, নাটিকা, বেলাবলী।

**(গ) হনুমান মত (রাগ ৬ রাগিনী ৩০)**

১) ভৈরব - মধ্যমাদি, ভৈরবী, বঙ্গালী বরাটিকা সৈন্ধবী

২) কৌশিক - তোড়ী, খম্বাবতী, গৌরী, গুণক্রী, কুকুভ

৩) হিন্দোল - বেলাবলী, রামকিরী, দেশ্যাখ্যা, পটমঞ্জরী, ললিতা

৪) দীপক - কেদারী, কানড়া, দেশী, কামোদি, নাটিকা

৫) শ্রী - বাসন্তী, মালবী, মালশ্রী ইনাসিক, আসাররী।

৬) মেঘ - মল্লার, দেশকারী, ভুপালী, গুর্জরী, টঙ্কা।

ময়ায়থংবা যুগতা রাগ-রাগিনীগী বর্গীকরণ মখল য়াম্না লৈরম্মী, মখোয়গী মতসু য়াম্মী। বিদ্বান খরগী মত মতুংইন্না বর্গীকরণ অসি ২১ শুই হায়রি। মখোয়গী মনুংদা ৪ খক্তি য়াম্না ফাওই। মখোয় অদুদি ঃ- (১) শিব নত্তুগা সোমেশ্বর, (২) কৃষ্ণ নত্তুগা কলিনাথ, (৩) ভরত মত, অমদি (৪) হনুমান মত। মতশিংদুগী মতুংইন্না রাগ ৬ রাগিনী ৬ নত্তুগা ৫-৫ পুত্র (মচা) ৮-৮ অমদি পুত্র-বধুশিং লৈ হায়না লৌনরম্মী।

মত অহুমগী রাগ, রাগিনীশিংদি মথক্তা উৎশ্রে। হৌজিক কৃষ্ণ অমদি ভরত মতকী রাগ রাগিনীশিং মখাদা উৎলি ঃ-

## (ঘ) কৃষ্ণ মত (রাগ ৬, রাগিনী ৩৬)

১) শ্রীরাগ- গৌরী, কোলাহল, ধৱলা, রবীরাজী, মালকৌশ, দেব গন্ধার।

২) বসন্ত - অন্ধালী, গুণকলী, পটমঞ্জরী গৌড়গিরী, ঘাঁকী, দেবসাগ।

৩) ভৈরত - ভৈরবী, গুর্জরী, বিলাৱলী, বিহাগ, কর্ণাট, কানড়া।

৪) পঞ্চম - ত্রিবেনী, হস্তস্ত রেতনা, অহীরী, কুকুভ, বেরারী, আসাৱরী।

৫) নট নারায়ণ - ত্রিবঙ্কী, তিলঙ্গী, পূর্বী, গান্ধারী, রামা, সিন্ধ মল্লারী।

৬) মেঘ - বঙ্গালী, মধুরা, কামোদ, ধনাশ্রী, দেবতীয়া, দিৱালী।

## ভরত মত (রাগ ৬, রাগিনী ৩০)

১) ভৈরব - মধুমাধৱী, ললিতা, ৱরারী, ভৈরবী, বহুলী।

২) মালকৌশ - গৌরী, বিদ্যাবতী, তোড়ী, খম্ভাবতী, কুকুভ,

৩) হিণ্ডোল - রামকলী, মালৱী, দেৱারী, আসাৱরী, কেকী।

৪) দীপক - কেদারী, গৌরা, রুদ্রাৱতী, কামোদ, গুর্জরী

৫) শ্রী - সৈন্ধাৱী, কাফী, ঠুমরী, বিচিত্রা, সোহনী

৬) মেঘ - মল্লারী, সারঙ্গা, দেশী, রতিবল্লভা, কানড়া।

হনুমান মতকী রাগ ৬, রাগিনী ৩০, পুত্র ৪৮, পুত্রবধূ ৪৮ গী ৱাফম মথক্তা হায়খ্রে। মখোয় পুল্লপ্পা রাগ রাগিনী ১৩২ নি। ইং ১৮১৩ দা পট্নাগী মুহম্মদ রজানা 'নগমাতে আসফী' কৌবা লাইরিক অমা ইখি। মদুদা হান্না চৎনরম্বা নীতি নিয়ম পূম্নমক লোইনা ককথৎলগা মহাক্কী অনৌবা নিয়ম অমা অমুক হৌদোক্লম্মী। মহাক্না রাগ অমদি রাগিনীগী স্বর অদু মান্নহন্নবা হোৎনখি। মদুগী নিয়ম (পদ্ধতি) অদুসু মতম ফনা শাংনা চৎনরম্লগা অদুম লেপখ্রে।

# রাগ রাগিনী পদ্ধাতিগী আলোচনা (অশোয়বশিং)

হৌজিক মতমগী বিদ্বান (অখণ্ড-অহৈ) শিংনা রাগ রাগিনী পদ্ধতি অসিগী অশোয়বা অমদি অৱাৎপা কয়ামরুম উরকপদগী পদ্ধতি অসি নোংমা নোংমগী লৃপথখ্রে। মদুগী মহুত্তা, রাগাঙ্গ অমদি থাট রাগ পদ্ধতিনচিংবা পুথোক্লরক্লে। অহল ওইরবা সঙ্গীতজ্ঞশিংদি হনুমত মত পদ্ধতিবু অদুম থাজদুনা লৈরি। মখোয়গীদমক্তদি ঐতিহাসিক ওইবা অশেংবদু অদুম লৈরি। মখোয়গীদমক্তদি বৈজ্ঞানিক ওইবা অচুম্বগী থোইদোকপা দরকার লৈতে।

রাগ-রাগিনী পদ্ধতিগী অৱাৎপশিংগী মরমদা শন্নপ্পা ৱারম খরা মখাদা পীরি ঃ-

(১) মরুওইবা রাগ ৬কী রাগিনী ৫-৫ মচা ৮-৮ পুত্রবধুনচিংবশিং অসি করি করম তৌনা ওইরিবনো ? মখোয়গী মশীংসি হেনবসু হেন্দে, তাবসু তাদে, রাগ-রাগিনীশিংগী মশীং অসি য়াম্বসু য়ামদবসু ইয়া য়ারম্মী।

(২) মরুওইবা রাগ ৬কী পোক্লফম, হৌরকফম খঙদে।

(৩) মরুওইবা রাগ ৬কী নুপীশিং অসি কদায়দগী লাকপনো খঙদে, মখোয়গী মপী-মপা মশক খঙদে।

(৪) পুত্র বধু (মচাশিংগী নুপী) শিংগী শাগৈ (বংশ) কনা অমত্তনা খঙদে।

(৫) পারী-পুরীগী ৱারী হায়বদি বংশাবলী অসি পুত্র বধুগী মতুংদদি লোইখ্রে।

(৬) করিগুম্বা রাগবু নুপানি, করিগুম্বা রাগ অমবুনা নুপীনি হায়বা খঙনবা করি চাংয়েং তৌরবগে ?

মথক্তা হায়রিবা চিংননীংঙাই ওইরবা ৱাফম কয়ামুক অসি ঙসিগী য়াম্না খঙনীংলবা (জিজ্ঞাসু) পাঠকশিংগী পৃক্লিংদা ফাওনরে। মরম অদুনা স্বর্গীয়

মোরেশ্বর খরেনা রাগাঙ্গ পদ্ধতি অমদি স্বর্গীয় পণ্ডিত ভাতখণ্ডেনা থাট পদ্ধতিদা থৱায় য়াওনা হোংনরম্মী। হৌজিক্কী মতমদদি সঙ্গীতপু নৈনবা, সঙ্গীতকী অখণ্ড-অহৈ (বিদ্বান) পূম্নমক্না থাট পদ্ধতি অসিবু য়ানরে অমদি পাম্নরে। রাগ-রাগিনী পদ্ধতি অসিমক ময়ায় ওইবা যুগতা য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইরম্নবসু হৌজিক্কী অনৌবা মতম অসিদদি রাগশিংগী মওং-মতৌদা হোংদোক-হোংজিন কয়ামরুম তৌগ্নবা মরম্না খুদোংচাদবা নীতি-নিয়ম্না পূনবা ঙমদবা হায়বদু ওইরে, অদুনা রাগাঙ্গ পদ্ধতি অসিসু সঙ্গীতজ্ঞশিংগী মরক্তা য়ানদবা ওইরক্লি।

# রাগ খরগী মখল (প্রকার) অমদি চাংদম্নবা

হিন্দুস্তানী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী রাগশিং অসিগী মনুংদা রাগ খরদি মখল কয়ামুক থোক্লা খায়দোকই। খায়দোক্লিবা মখলশিংদু মপুঙ ওইবা রাগদুগা মরী খর-খরা লৈনরবসু খেন্নবদি অদুম লৈ:- রাগ খরদং খুদম ওইনা পীরি -

**ভৈরব প্রকার :** ভৈরব হায়বা রাগ অসি মখল কয়ামরুম থোক্লা খায়দোকপগী ৱাফম ঈশৈগী লাইরিক-লাইশু কয়াদা থেংনৈ; মখোয়শিং অদুদি:- অহির ভৈরব, বঙ্গাল ভৈরব, শিবমত ভৈরব, আনন্দ ভৈরব, ভৈরব বহার নচিংবনি। মখোয়গী চাংদম্নবা অমদি শন্দোক্লা হায়বগী ৱাফম খরা মখাদা থল্লি।

(১) অহির ভৈরব, আনন্দ ভৈরব, শিবমত ভৈরব, বঙ্গাল ভৈরব, ভৈরব বহার-রাগশিং অসি ভৈরব রাগগী প্রকার (মখল) ওক্তনি।

(২) ভৈরব মখল ৪ গী মনুংদা অহুমক্তি রাগ ২-২ না পূল্লগা শেম্বনি। অহির ভৈরবতা খমাজ অমদি ভৈরব অনী পূল্লি: কনাগুম্বনা কাফীগা ভৈরবকা পূনবনীসু হায়। আনন্দ ভৈরবতা বিলাৱল অমদি ভৈরব অনী পূল্লি; ভৈরব বহারদনা ভৈরবকা বহারগা পূনশিনবনি (মিশ্রন তৌবনি)।

(৩) রাগ পূম্নমক অসি কোমল ঋষভ (রে) ওক্তনি। রাগশিং অসি পূর্বাঙ্গদা ভৈরবকী মশক শেংহল্লি। তিনশিন্নবা (মিশ্রিত) রাগশিংদা রাগ অনীমক্কী মমি তাহনফম থোকই। হায়রিবা তিনশিন্নবা রাগশিং অসিদা বড়ত তৌবগা স্বর অমমম তৌবগী মহুত্তা স্বর খরা পূল্লপ্না (স্বর সমুহ ওইনা) তৌগদবনি। মদুনা রাগ অনীমক্কী ফজবা, চীংলেম্বদু মান্ননা পুরকপা ঙমহল্লি। রাগ অনী অদু, অমগী মতুংদা অমা মশক শেংনা উৎনবা হোৎনগনি; খুদম ওইনা অহির ভৈরব শকপদা উত্তরাঙ্গদা খমাজ রাগগী মমি কা-হেন্না তাহল্লোইদবনি। মরক মরক্তা ভৈরবকী গমরেসা নত্ত্রগা ধ় নি় রে রে সা হাপচিনগদবনি।

(৪) অহির ভৈরবতা রে অমদি নি কোমল ওই, আনন্দ ভৈরবতা ঋষভ নত্তনা অতৈ স্বরদি শুদ্ধ ঙাক্তনি। শিবমত ভৈরবতা ঋষভ, ধৈৱত কোমলনি, অমদি গন্ধার অনী লোয়ননা নিষাদ অনীমক শীজিন্নে (প্রয়োগ তৌই)। বঙ্গাল ভৈরবতা রে, ধ কোমলনি, অদুগা ভৈরব বহারদনা ঋষভ অনী, গন্ধার অনী অমদি নিষাদ অনীমক শীজিন্নে।

(৫) ভৈরবকী মখল ওইবা মরম্না মখোয় খুদিংমক্কী শকপগী মতম (গায়ন সময়) অসি অয়ুক্কী অমম-অঙান শিন্নবগী মতম অসিনি, অদুনা মখোয়বু প্রাত কালীন সন্ধি প্রকাশ রাগ হায়না কৌনৈ।

(৬) বঙ্গাল ভৈরব অমদি শিবমত ভৈরব কী বাদী স্বর ধৈৱতনি, ঋষভনা সম্বাদীনি। আনন্দ ভৈরব, অহির ভৈরব অমদি ভৈরব বহারগী বাদী স্বর মধ্যম, সম্বাদী স্বরনা ষড়জনি।

(৭) ভৈরব রাগদা গন্ধার বক্র তৌই; মতৌ অদুগুম্না ভৈরব প্রকারগী অতৈ রাগদসু গন্ধার বক্র তৌই, খুদম :- গ ম রে রে সা।

(৮) রাগশিং অসিগী আরোহ/অবরোহদি মখাগী অসুম্না ওইগনি।

অহির ভৈরব - আরোহ - সা রে গ ম প ধ নি সাঁ
অবরোহ - সাঁ নি ধ প, ম গ রে ऽ রে সা
পকড় - গ ম রে ऽ রে সা, নি̣ সা ধ̣ নি̣ রে ऽ রে সা

আনন্দ ভৈরব - আরোহ - সা রে গ ম প ধ নি সাঁ
অবরোহ - সাঁ নি ধ প, ম গ রে ऽ রে সা
পকড় - গ ম রে ऽ রে সা, নি̣ ধ̣ প̣ সা

শিবমত ভৈরব - আরোহ - সা রে গ ম প, নিধ নি সাঁ
অবরোহ - সাঁ নি ধ প, নি ধ প ম গ রে সা
নি̣ সা, গ রে সা, ধ̣ নি̣ প̣, গ ম রে সা
পকড় - গ ম প, গ ম রে সা, নি সা গ রে সা,
ধ̣ নি̣ সা গ ম রে সা

বঙ্গাল ভৈরব - আরোহ - সা রে গ ম প, ধ র্সা
অবরোহ - র্সা, ধ প, ম প গ ম রে সা
পকড় - সা ধ প, গ ম রে সা

ভৈরব বহার - আরোহ - সা রে সা, ম প, মগ ম নিধ নি র্সা
অবরোহ - র্সা, নি ধ প ম, নি প ম, প ম, গ ম রে সা
পকড় - সা রে সা ম, গ ম, নি প ম, গ ম রে S
রে সা

(৯) বঙ্গাল ভৈরবতা নিষাদ য়াওদে অদুনা ষাড়ব জাতিনি, শিবমত ভৈরব অমদি ভৈরব বহারগী বক্র সম্পূর্ণনি। আনন্দ ভৈরব অমদি অহির ভৈরব-রাগ অনী অসি সম্পূর্ণ জাতিগী রাগশিংনি।

**অহির ভৈরব অমদি আনন্দ ভৈরব চাংদম্নবা :-**

**মান্নবা**

(১) রাগ অনীমক ভৈরব মখলগী বাগ ঙাক্তনি। য়াম্না মুন্না য়েংলগদি রাগ অনীমক অসি ভৈরব থাটতা যাওদে।

(২) রাগ অনীমক কোমল ঋষভনি।

(৩) রাগ অনীমক ভৈরবকী মখল ঙাক্তনি, অনীমক পুর্বাঙ্গদা ভৈরবনি।

(৪) রাগ অনীমক প্রাতকালীন সন্ধি প্রকাশ রাগনি।

(৫) রাগ অনীমক্তা গ ম প অমদি ধ শুদ্ধ স্বর ঙাক্তনি।

(৬) রাগ অনীমক মথংশিংনা ম না বাদী অমদি সা না সম্বাদী স্বরনি।

(৭) রাগ অনীমক রাগ ২-২ পূনশিল্লগা শেম্বনি। অনীমক ভৈরব নীংথিনা ওই, অসিগুম্বা রাগশিং অসি ছায়ালগ রাগনি হায়বা য়াই।

(৮) রাগ অনীমক সম্পূর্ণ জাতিগী রাগনি।

(৯) রাগ অনীসিদা গ ম রে সা স্বরশিং অসি শীজিন্নে। ম রে গী স্বর লীপুন অসিনা ভৈরব অঙ্গনি হায়বা খঙহল্লি।

**খেন্নবা**

(১) অহির ভৈরবতা নি কোমল অমদি আনন্দ ভৈরবতা নি শুদ্ধ শীজিন্নৈ।

(২) অহির ভৈরবতি খমাজগা ভৈরবকা তিন্নবনি। আনন্দ ভৈরবতনা বিলাৱলগা ভৈরবকা তিন্নবনি। অহির ভৈরব অসি পণ্ডিত ভাটখন্দেনদি কাফীগা ভৈরবকা মিশ্রন তৌবনি (তিন্নবনি) হায়রি।

(৩) আনন্দ ভৈরব প্রাচীন (অরিবা) রাগনি অদুগা অহির ভৈরবনা আধুনিক (অনৌবা) রাগনি। অনৌবা গায়কশিংনা অহির ভৈরব অমদি অরিবা গায়কশিংনা আনন্দ ভৈরব পান্নৈ।

(৪) আনন্দ ভৈরবকী জাতিগী মতাংদা মত খেন্নবা খরা লৈ। পণ্ডিত বিনায়ক রাও পটবর্ধন্না রাগসিবু ঔডব-সম্পূর্ণ জাতিগী রাগনি হায়। অহির ভৈরবকী জাতিগী মতাংদা থোইদোকপা মত খেন্নবা লৈতে।

(৫) বিদ্বান খরগী মত্তা আনন্দ ভৈরবকী বাদী সম্বাদী ম-সা গী মহুত্তা প সা নি হায়রি। অহির ভৈরবতা ম-সা বাদী সম্বাদীগী ৱাফম অসি মত অমত্তা ওই।

**সারঙ্গ প্রকার**

ভৈরবকুম্না সারঙ্গ রাগগী মখল অসিসু য়াম্মী, মখোয়দুদি:- শুদ্ধ সারঙ্গ, মধ্যমাদ সারঙ্গ অমদি মিয়াঁকী সারঙ্গ। মখোয়গী চাংদম্নবা অমদি খেন্নবনচিংবদু মখাদা শন্দোক্লা ইরি।

(১) সারঙ্গ রাগগী মখল য়াম্নবসু সঙ্গীত প্রবীণগী তম্নবা লাইরিক্তদি মখল অহুম অসিদমক য়াওই।

(২) সারঙ্গ রাগগী মখল খুদিংমক মধ্যান হায়বদি নুমিৎ যুংবগী মতমদা শক্লে। মথক্তা পল্লিবা রাগ অহুম অসিসু নুমিৎ যুংবা মতমদা শকই।

(৩) রাগ অহুম - শুদ্ধ সারঙ্গ, মধ্যমাদ সারঙ্গ অমদি মিয়াঁকী সারঙ্গদা 'গ' বর্জিত (য়াওদবা) অসি য়াম্না মরু ওই। মধ্যমাদ সারঙ্গদা গ,প স্বর অনী অসি য়াওদবা (বর্জিত ওইবা) মরম্না রাগ অসি ঔডব জাতিগী রাগ

ওইরে। শুদ্ধ সারঙ্গগী আরোহদা গ-ধ অদুগা অবরোহদা 'গ' দমক বর্জিত ওই, অদুনা রাগ অসি ঔডব ষাডব জাতিগী রাগ ওইরে। অদুগা মিয়াঁকী সারঙ্গদনা শুপ্নগী গন্ধার খক্তমক বর্জিত ওইবা মরম্না রাগ অসি ষাড়ব জাতিগী রাগ ওইরে।

(৪) শুদ্ধ সারঙ্গগী থাটকী মতাংদা সঙ্গীতজ্ঞশিংগী মরক্তা মত খেন্নবা লৈ; কনাগুম্বনা কাফী থাটনি হায়, কনাগুম্বনা কল্যান থাটনিসু হায়। মধ্যমাদ সারঙ্গ অমদি মিয়াঁকী সারঙ্গগী থাটকী মতাংদা থোইদোকপা মত খেন্নবা লৈতে, কাফী থাটনি।

(৫) শুদ্ধ সারঙ্গ, মধ্যমাদ সারঙ্গ অমদি মিয়াঁকী সারঙ্গ রাগ অহুম অসিদা ঋষভ (রে) না বাদী অমদি পঞ্চম (প) না সম্বাদী ওই। মরম অদুনা রে দা ন্যাস তৌই। খুদম ওইনা:-

শুদ্ধ সারঙ্গ - নি় সা রে ম রে, রে ম (প) ম রে, রে ম॑ প রে ম রে (সা) নি়, নি় ধ় সা নি় রে সা

মধ্যমাদ সারঙ্গ - সা নি় সা রে, ম রে, ম প ম রে, রে ম প ম রে, নি় সা রে সা

মিয়াঁকী সারঙ্গ - ᵐরে, ম রে, প ম রে, নি় সা রে ম রে (সা) ᵖনি় ধ় নি় সা, রে সা।

(৬) খঙজিনগদবা রাফম অমনা - শুদ্ধ সারঙ্গনা শ্যাম কল্যানদগী, মধ্যমাদ সারঙ্গনা মেঘ মলহারদগী অমদি মিয়াঁ কী সারঙ্গনা মিয়াঁ মলহার অমদি সারঙ্গদগী ঙাকথোকপগী তঙাইফদবা লৈ। মরমদি হায়রিবা রাগশিং অসিগী মরক্তা য়াম্না মান্নবা মরম্না শকপদা নত্তগা খোংবদা অরুবা লৈ, অমা খোংবদগী অমদা হেক্তা লানশিনখিবা য়াবগী খুদোংথীবা তোয়না থেংনগল্লি।

(৭) শুদ্ধ সারঙ্গদা শুদ্ধ নিষাদ, মধ্যমাদ সারঙ্গদা কোমল নিষাদ, মিয়াঁকী সারঙ্গদা কোমল নিষাদ অমদি শুদ্ধ নিষাদ শীজিন্নৈ (প্রয়োগ তৌই)। নিষাদ অনী শীজিন্নবদা মলহার রাগগী শাজৎ-শাওং ওইরকনীংঙাইগী খুদোংথীবা লৈ।

রাগ অহুম অসিগী আরোহাবরোহা মখাগী অসুম্না তৌগনি :-

| | | | |
|---|---|---|---|
| শুদ্ধ সারঙ্গ | আরোহ | - | নি় সা ᵐরে র্ম প নি র্সা। |
| | অবরোহ | - | র্সা নি ধ প, ম প রে ম রে রে সা। |
| | পকড় | - | ᵐরে র্ম প, ধ র্ম প, ম রে সা নি় ধ় সা নি় রে সা।। |
| মিয়াঁকী সারঙ্গ | আরোহ | - | সা নি় ধ় নি় সা রে মরে, ᵐরে প, নি ধ নি র্সা |
| | অবরোহ | - | র্সা নি ধ নি প, ম প ম রে, নি় সা |
| | পকড় | - | ᵐরে প, ম প, ম রে(সা) নি় ऽ ধ় নি় ऽ সা |
| মধ্যমাদ সারঙ্গ - | আরোহ | - | সা রে ম প নি র্সা |
| | অবরোহ | - | র্সা নি প ম রে সা |
| | পকড় | - | নি় সা রে, ম রে, প ম রে, নি় সা |

**সারঙ্গ অঙ্গগী অখন্নবশিং**

(১) ঋষভ য়াম্না শীজিন্নবা :- সারঙ্গ মখলগী রাগ খুদিংদা ঋষভ য়াম্না শীজিন্নৈ। মসিবু ঋষভকি বহুত্ব হায়বগা খওনৈ। বৃন্দাবনী সারঙ্গ, শুদ্ধ সারঙ্গ অমদি মিয়াঁকী সারঙ্গনচিংবদা ঋষভনা বাদী স্বর ওই।

(২) 'গ' 'ধ' স্বর অনী অসি রাগশিং অসিদা মপাঙ্গল শোন্না লৈ, দুর্বল ওই, অয়াম্বদা বর্জিত ওই হায়বদি শীজিন্নদে। করিগুম্বা শীজিন্নবা তারবসু য়ামদনা শীজিন্নৈ। খুদম ওইনা বৃন্দাবনী সারঙ্গদা অমদি মধ্যমাদ সারঙ্গদা গ-ধ বর্জিত ওই, শুদ্ধ সারঙ্গদা গ বর্জিত ওই, ধ অল্প হায়বদি য়ামদনা শীজিন্নৈ।

(৩) সারঙ্গ রাগগী মখলশিং অসি অয়াম্বনা কাফী থাটনি। শুদ্ধ সারঙ্গগী থাটকী মতাংদা মত খেন্নবা খরা লৈ, কনাগুম্বা কল্যান থাটনি হায়, কনাগুম্বনা কাফী থাটনি হায়।

(৪) সারঙ্গ মখল খুদিংমক গন্ধার স্বর অসি অল্পত্ব হায়বদি খজিক্কমক শীজিন্নবনা রে ম রে স্বর শিং অসিগী তোয়না শীজিন্নবগী মওং অমা উবা ফংই।

মরম অসিনা বৃন্দাবনী সারঙ্গ, মিয়াঁকী সারঙ্গনচিংবদা রে ম রে স্বর কাণ্ডলুপ অসি য়াম্না তোয়না শীজিন্নে।

(৫) 'রে' না বাদী ওইবগী অর্থদি রাগ অদু সপ্তক্কী পুর্বাঙ্গদা লৈ হায়বনি অদুনা মন্দ্র সপ্তক অসি য়াম্না মরু ওই, অদুগা গায়ন সময় (শকপগী মতম) সু মধ্যান (নুমিৎ য়ুংবা) মতমদনি।

**তোড়ী প্রকার** - তোড়ী মখল কয়ামুক লৈ। হৌজিক হৌজিক হিন্দুস্তানী সঙ্গীত্তা শীজিন্নরিবা তোড়ী মখলশিংদি - মিয়াঁকী তোড়ী, বিলাসখানী তোড়ী, বহাদুরী তোড়ী; লাচারী তোড়ী অসি তোড়ীগী মখলনি হায়বা য়াই অদুবু মসিদা তোড়ীগী ওইবা মতৌদি য়াওদে। অদুনা লাচারী তোড়ী অসি তোড়ীনি হায়বা য়াদে।

**তোড়ী অঙ্গগী অখন্নবশিং**

(১) রে গ কোমল ওইবা - তোড়ীগী মখল খুদিংমক্তা রে গ কোমল ওই। বিলাস খানী তোড়ী, গুর্জরী তোড়ী, ভুপাল তোড়ীনচিংবনা খুদমনি।

(২) রে গ স্বরবু মপুঙ ফানা শীজিন্নবা - রে গ স্বর অনীসিগী মনুংদা করিগুম্বা রাগদা রে না মপুঙ ওই, অদুগা অতোপ্পা রাগ অমদনা গ না মপুঙ ওই। মিয়াঁকী তোড়ীদা কোমল গন্ধার না মপুঙ (প্রমুখ) ওই, অদুগা গুর্জরী তোড়ীদনা কোমল রে না মপুঙ ওই।

(৩) গন্ধার অতি কোমল ওইবা - রে গ গী স্বর লীপুন্না মরম ওইদুনা তোড়ীগী গ অসি য়াম্না নেমই। গন্ধার য়াম্না নেম্বা মরম্না ধৈবতসু মশানা অদুম নেমজরে।

**বিলাবল প্রকার** - রাগ খরদা মখল কয়া উবা ফংবগুম বিলাবলগীসু মখল কয়ামরম লৈ। মখোয় অদুদি :- বিলাবল, দেবগিরি বিলাবল, নট বিলাবল, শুক্ল বিলাবল, সরপর্দা বিলাবল অসিনচিংবনি। হায়রিবা রাগশিং অসিদা মখাদা পীরিবা বিলাবল অঙ্গগী মচৎশিং য়াওই।

(১) বিলাবল গী রাগ অয়াম্বদা নি কোমল অসি খজিক্কং (অনুলগ্ন কন গী মওংদা) শীজিন্নে, খুদম:- দেবগিরি বিলাবলদা সাঁ নি ধ নিপ, প ম গ,

য়মনী বিলাব্বলদা গ রে গ গ প র্ম প ধ প নিপ র্ম প গ ম রে। অদুবু রাগশিং অসিদা নি খজিক্তং শীজিন্নরিবসি শীজিন্নদ্রবসু য়াই।

(২) করি করিগুম্বা মতমদা বিলাব্বলগী শক্তম অসি উৎননবগীদমক্তা আরোহদা 'ম' অবরোহদা 'গ' খরা খরা কোমথোকই; খুদম ওইনা-দেবগিরি বিলাব্বলদা গ রে গ প, ধ ম গ রে গ প গ ম গ রে গ, রে সা ধ় প় গ স্বরশিং অসি শীজিন্নে। মসিগা লোয়ননা আরোহদা মধ্যম খরা থাদোকই, হায়বদি খজিক্তং শীজিন্নে। দেবগিরি বিলাব্বলদা গন্ধার স্বর অসি মরু ওইবা স্বরনি। আরোহাবরোহ অনীমক্তা স্বর অসিদা ন্যাস তৌই। য়মনী বিলাব্বলদা রে গ প, র্ম প গ ম রে, রে গ ম প গ ম রে নি় রে সা স্বর অসি শীজিন্নে।

(৩) বিলাব্বলগী মখল খুদিংমক রে গ শুদ্ধ বগগী মনুং চল্লি। শুদ্ধ মধ্যম্মা মরু ওইবনিনা অয়ুক্কী পুঙ ৭ তগী ১০ ফাওবগী মনুংদা মখোয়গী শকপগী মতম (গায়ন সময়) ওই।

**য়মনী বিলাব্বল অমদি দেবগিরি বিলাব্বল চাংদম্নবা :-**

(১) রাগ অনীমক বিলাব্বলগী মখল (প্রকার) ঙাক্তনি।

(২) গায়ক (শৈশকপা) খরদি রাগ অনীসি শকপদা তীব্র ম শীজিন্নে।

(৩) রাগ অনীমক উত্তরাঙ্গদা বিলাব্বলনা শরুক হেল্লি।

(৪) গ ম রে ম প, ম গ ম রে, প ধ নি র্সা স্বরশিংসি রাগ অনীমক্তা চপ মান্ননা শীজিন্নে।

(৫) রাগ অনীমক্তা গন্ধারনা মরু ওই, স্বর অসি রাগ অনীমক্তা ন্যাস তৌফম্লি।

(৬) রাগ অনীমক্তা যমন রাগগী মমি তাই।

**খেন্নবা**

(১) য়মনী বিলাৱলদা আরোহীনা মরু ওই, অদুগা দেবগিরি বিলাৱলদনা অবরোহীনা মরু ওই। য়মনী বিলাৱলনা আরোহী বর্ণনি, দেবগিরিনা অবরোহ বর্ণনি।

(২) য়মনী বিলাৱলদা তীব্র মধ্যম শীজিন্নবা পূম্নমক্না য়ানৈ, অদুবু স্বর অসি দেবগিরি বিলাৱলদদি অয়াম্বনা শীজিন্নদে।

(৩) য়মনী বিলাৱলদা নিষাদ য়াম্না শীজিন্নৈ (বহুত্বনি); দেবগিরিদদি খজিক্তমক শীজিন্নৈ (অল্পত্বনি)। দেবগিরিগী মন্দ্র সপ্তক্তা আরোহাবরোহ গী মতাংদা নি থাদোকই। উত্তরঙ্গদা শীজিন্নরবসু বক্র তৌই। য়মনীদদি নি য়াম্না দরকার ওই।

(৪) দেবগিরি বিলাৱলদা শুদ্ধ কল্যান, য়মনী বিলাৱলদা য়মন রাগ য়ানশিন্নৈ (মিশ্রন তৌই)।

(৫) দেবগিরিগী বিস্তার মন্দ্র অমসুং মধ্য সপ্তক্তা তৌই। য়মনী বিলাৱলগীনা মধ্য অমদি তার সপ্তক্তা তৌই।

(৬) দেবগিরি বিলাৱলগী অবরোহদা গ-ধ খজিক্তমক শীজিন্নৈ (অল্প ওই)। য়মনী বিলাৱলদদি অল্প ওইদে, মওং তানা অদুম শীজিন্নৈ।

(৭) করি করিগুম্বা মতমদা দেবগিরি বিলাৱলদা নি কোমলগা ধ গা পকশিন্নরগা শীজিন্নৈ; য়মনী বিলাৱলদদি মদু থোইনা দরকার ওইদে।

**কানহড়া প্রকার :-** অতৈ রাগ খরগী মতৌগুম্না কানহড়া রাগসিসু মখল ১৮ লৈ। য়াম্না লিরবা রাগনি, অরিবা লাইরিকশিংদা কর্ণাট নত্ত্রগা শুদ্ধ কর্ণাট হায়দুনা ইরম্বা থেংনৈ। অসিগুম্বা কর্ণাট হায়বা মমিং অসিদগী অসুম অসুম থৈথরক্তুনা কানহড়া নত্ত্রগা কাহ্নড়া কৌনখিবনি হায়রি। অকবরগী দরবারদা তানসেন্না কানহড়া রাগ তোয়না শকখিবদগী দরবারী কানহড়া হায়দুনা মমীং চৎখি।

কানহড়া মখল কয়ানি - সুহা কানহড়া, নায়কী কানহড়া, দরৱারী কানহড়া, কৌসী কানহড়া, অভোগী কানহড়া, কাফী কানহড়া নচিংবনি।

## সুহা অমদি নায়কী কানহড়া চাংদম্নবা

### মান্নবা

(১) রাগ অনীমক কানহড়াগী মখল ঙাক্তনি।

(২) রাগ অনীমক কাফী থাটকী রাগ ঙাক্তনি।

(৩) রাগ অনীমক নিষাদ অমদি গন্ধার কোমল শীজিন্নে।

(৪) রাগ অনীমক্তা ধৈবত স্বর বর্জিত ওই (য়াওদে)।

(৫) রাগ অনীমক ঔড়ব-ষাড়ব জাতিনি।

(৬) রাগ অনীমক্তা ᵐগ ম রে সা অমদি ᵐনি প হায়বা স্বর লীপুন অসি শীজিন্নে।

(৭) রাগ অনীমক কানহড়াগী মখল ওইবনা গ দা আন্দোলন তৌই (চাউনা নীক্তুনা হায়)।

(৮) রাগ অনীমক্কী বাদী সম্বাদী স্বর মথংশীংনা ম-সা নি।

(৯) রাগ অনীমক্তা মধ্যম স্বর কন্না শীজিন্নে।

### খেন্নবা

(১) রাগ অনী অসিগী জাতি ঔড়ব-ষাড়ব ওইরবসু খরা খেন্নবা লৈ। নায়কী কানহড়াদা আরোহদা রে শীজিন্নে। অবরোহদি চাউরাক্লা অনীমক মান্নে।

(২) নায়কী কানহড়াদা করি করিগুম্বদা রে অসি প গা লোয়ননা হায়। সুহা রাগদদি তৌদে।

(৩) নায়কীগী ঋষভ তি সুহাগী ঋষভতগী হেন্না মরু ওই। সুহাদনা গন্ধারনা হেন্না মরু ওই।

# পারিভাষিক শব্দ

**অলঙ্কার :-** অলঙ্কারগী অর্থদি লৈতেং হায়বনি। সঙ্গীতকী লোন্দা নিয়ম নাইনা শেল্লবা স্বর মপৈবু অলঙ্কার কৌই, মসিগী অতোপ্পা মমীংনা পলটা হায়নসু কৌই। স্বরশিংবু মথং-মনাও নাইনা অমগ-অমগা থৈন-খোংনা আরোহ-অবরোহ তৌবিবা অদুবু অলঙ্কার নত্ত্রগা পলটা কৌই। খুদম ওইনা - সারেগ, রেগম, গমপ, মপধ, পধনি, ধনির্সা। সারে সারেগ, রেগ রেগম, গম গমপ অসিনচিংবা। অলঙ্কার নত্ত্রগা পলটা আরোহ-অবরোহ অনীমক্তা তৌই। অলঙ্কারনা রাগ বিস্তার তৌই, হায়বদি অলঙ্কারগী মতেংনা রাগ পাকথোক-চাউথোকহনবা যাই। সঙ্গীত রত্নাকরদা মখাগী অসুম্না হায়রি-

**বিশিষ্ট বর্ণ সন্দর্ভমলঙ্কারং প্রচক্ষতে।**

**ভাবার্থ :-** থোইদোকপা স্বরবর্ণবু অলঙ্কার কৌই। অলঙ্কারগী অর্থদি ফিজেৎ-লৈতেং হায়বদি শেংন-চানবা ফীজোল অমদি লীক-কোলনচিংবা হায়বনি। কনাগুম্বী নুপী অমবু ফিজেৎ-লৈতেংলগা, হান্না ফজরম্বদগী হেন্না ফজরকপগুম ঈশৈ শকপা অমদি খোংবদা অলঙ্কার কয়ামুক তৌরগা হেন্না ফজখৎলকই। অভিনবরাগমঞ্জরীদসু মখাগী অসুম্না হায়রি :-

**শশিনা রহিতের নিশা বিজলের নদী লতা বিপুষোর।**
**অবিভুষিতের কান্তা গীতিরলঙ্কারহীনা খ্যাত্।।**

**ভাবার্থ :-** থা থোক্তবা অহিং, ঈশিং কংলেবা তুরলে, লৈ শাত্তবা উরী অমদি ফিজেৎ লৈতেংদবী নুপী - হায়রিবশিংসি অমত্তা ফজদে।

ঈশৈ অমসুং যন্ত্র তম্বা হৌবা মতমদা সরগমগী অলঙ্কার অমদি পল্টাশিংসি য়াম্না শান্নদ্রবদি থৌনাউ অমদি খুৎ ফহনবা ঙমদে। অসিদসু নত্তনা শকপা খোংবনচিংবদসু নিয়ম চুম্না তাল কায়হন্দনা শকপা খোংবা ঙমহন্দে। অলঙ্কার সাধন তৌবা মপুঙ ফারবদি স্বর জ্ঞান নীংথিনা লৈ অমদি রাগ বিস্তার তৌবা, তান হায়বনচিংবদা মপুঙ ফানা থবক তৌবা ঙমই।

**তান :-** স্বর মপৈ মপৈনা পরেং লেংশিন্দুনা শাবা, রাগ বিস্তারনচিংবদা শীজিন্নরিবা স্বর কাঙলূপ অদুবু তান কৌই।

**শুদ্ধ তান :-** স্বরশিংবু মথং-মনাও কায়দনা আরোহ-অবরোহদা ইতিং তিংনা হায়ববু শুদ্ধতান কৌই। খূদম ওইনা সা রে গ ম প ধ নি সাঁ নি ধ প ম গরে সা। ধ নি সাঁ রেঁ গঁ মঁ গঁ রেঁ সাঁ নি ধ প ম গ রে সা। শুদ্ধ তানবু সপাট তান হায়নসু কৌই।

**কূট তান :-** স্বরশিং হায়বদা ইতিং-তিংদবা, মথং-মনাও নাইদনা ইখোয়-খোয়না চৎপা মখলগী তানবু কুট তান কৌই। খূদম ওইনা, সা রে গ রে মপ মগ রেগ, মপ, ধসাঁ, ধপ, মপ, ধসাঁ রেঁসাঁ ধনি পম পম গম রেগ রেম গরেসা।

**মিশ্র তান :-** শুদ্ধ অমদি কুট তান অনী তিনশিন্নরগা শেম্বা তানবু মিশ্র তান কৌই। খূদম ওইনা - নি রে গ র্ম প ধ প র্ম গ র্ম প ধ নি রেঁ গঁ রেঁ সাঁ নি ধ প র্ম গ রে সা। তান অসিগী আরোহদা কুট তাননি অদুগা অবরোহদা 'শুদ্ধ' তাননি।

**গমক তান :-** স্বরশিংবু হায়বা মতমদা খৌনাউনা নীকহন্দুনা হায়বা অদুবু গমক তান কৌই। খূদম ওইনা - রে রে রে রে গ গ গ গ ম ম ম ম নচিংবা সিতারদা গমক খোংবদা, গমক তৌগদৌরিবা স্বর অদুগা থংনবা অহানবা স্বর অদুদা খুৎ ওয়গী খুদোনবী অমসুং খুৎয়ায় অনীনা তারদা নল্লগা খুৎয়েৎকী খুদোনবীদা মিজরাপ হাপ্লগা তারদা 'দারা' খত্তুনা ওয়গী খুৎনা তার অদু চিংথোক-চিংশিন তৌদুনা খোংগনি। খূদমদি - গ দা গমক তৌবদা রে গী পর্দা দা চিংদুনা হায়গনি :- রেগ রেগ রেগ রেগ
দা রা দা রা

**অলঙ্কারিক তান :-** তান অসি পলটাকী তান হায়নসু খঙনৈ। খূদম ওইনা - সা রে সা গ রেসা, রে গ রে ম গরে, গ ম প প ম গ, ম প ম ধ প ম নচিংবা অসিনি।

**বোল তান :-** ঈশৈ অমগী বোল হায়বদি ময়েকশিং অদু পলটাগী মওংদা খেন্ন-খেন্নবা মওং কয়াদা শকপা অদুবু 'বোল তান' কৌই। খূদমদি রাগ হমীরগী 'ঘর জাউঁ লঙ্গরবা কৈসে সুন পাৱে মোরী' হায়বা ময়েকশিং অসিবু মখাগী

অসুম্না শকপা য়াই :-

| | | | |
|---|---|---|---|
| গ ম ধ ধ | ধ নি সাঁ রেঁ | সাঁ নি ধ প | র্ম প ধ প |
| ঘ র জা উঁ | লং গ র ৱা | কৈ সে সু ন | পা ৰে মো ৰী |
| x | ২ | ০ | ৩ |

**মীড় :-** করিগুম্বা স্বর ১দগী স্বর ১ নত্ত্রগা অনী অহুমদা কাখৎপা নত্ত্রগা কৃমথরকপদা স্বর তৎহন্দনা য়াম্না মেঙনা অমদি তপ্না চৎপা অদুবু মীড় তৌবা কৌই। খৃদম ওইনা সা রে, সা রে গ, নচিংবা।

সিতারদা মীড় খোংবদা রে দগী গ দা, গ দগী প দা চৎকে হায়রবদি রে গী পর্দাদা খুদোম্বী খুৎ-খুৎশা অনীনা নম্লগা য়েৎকী খুদোম্বীনা মিজরাপ হাপ্লগা দা নত্ত্রগা রা খৎলগা তপ্না তারা অদু চিংগনি, মদুদা মীড় থোক্কনি।

**কণ :-** করিগুম্বা স্বর অমা হায়বদা মথক্কী নত্ত্রগা মখাগী স্বর অদু খজিক্কং শোক্লা হায়বদুবু কণ তৌবা কৌই। খৃদমদি - $^{\text{ম}}$প $^{\text{ধ}}$প, অহানবগীসিনা 'প' দা 'ম' কণ তৌবনি, অনীশুবগীসিনা 'প' দা 'ধ' গী কণ তৌবনি।

**ঘসীট :-** মসিদি অয়াম্বনা সিতারদা তৌনৈ। স্বর ৩-৪ বু ওয়গী খুৎশা অনীনা তারদা নম্লগা য়েৎকী খৃদোম্বীনা 'দা' খৎলগা তপ্না শীত্তুনা চৎখিবা অদুবু ঘসীট কৌই। খৃদম :- প ধ নি সা স্বরশিং অসি ঘসীট তৌবদা প দগী সা ফাওবা শীত্তুনা চৎকনি।

**সূত :-** সূত হায়বসি ঘসীটকী অতোপ্পা মমীং অমনি। মসিগী খুৎহায় অসি অয়াম্বনা ইসরাজ, বেহলানচিংবা চৈজিংনা লেন্দুনা খোংবা যন্ত্রশিংদা তৌনৈ। প ধ নি সা স্বরশিং খোংবদা চৈজিংনা তপ্না চিংলগা ওয়গী খুৎশানা তারদা নমদুনা তপ্না তপ্না ঈন্দুনা প দগী সা ফাওবা চৎকনি।

**জমজমা :-** মসি অয়াম্বনা সিতারদা শীজিন্নবা পোৎনি। ওয়গী খুদোম্বীনা তারদা নমগনি। য়েৎকী খুদোম্বীগী মিজরাবনা তারদা কন্না 'দা' নত্ত্রগা 'রা' খৎকনি। অদুগা ওয়গী খুৎয়ায়না, খুদোম্বীনা নম্লিবা পদার অদুগী থংনবা পদার অদুদা কন্না ফূরগা থুনা থাঙ্গৎকনি। মদু 'দা' নত্ত্রগা 'রা' অমুক্কং খোংবদা অহুম্লক তৌগনি, মদুদগী থোক্লকপা মখোল অদুবু জমজমা কৌই। খৃদম :-

গ মগ মগ মগ
রা ১১ ১১ ১১

**ক্রন্তন :-** মসিসু অয়াম্বনা সিতারদা শীজিন্নবা পোৎনি। সা নি রে সা নি গ রে সা স্বরশিংসি ক্রন্তন্দা হায়বা তারবদি সা সা নি গ দা ওয়গী খুদোম্বী অমসুং খুৎয়ায় অনীমক নমদুনা থন্নগা মিজরাবনা কন্না অমুক্তং খৎলগা ওয়গী খুৎয়ায় থুনা কাঙখৎকনি, মদুদা থোক্লকপা স্বর অদুবু ক্রন্তন কৌই। মথংগী অসিসু অহনবগী অদুম্না তৌরগা তারদা নম্লিবা খুদোম্বী য়াম্না থুনা 'নি' ফাওবা শীৎথরগা খুৎয়ায়না 'সা' গী পদারদা শোক্লম্লগা কাঙখৎকনি।

**ছুট :-** স্বর ১দগী স্বর কয়ামকম অমা সপ্তক ১দা হায়রগা মদুগী স্বরশিংদু অতোপ্পা সপ্তক অমদা অমুক থুনা হায়বা অদুবু ছুট কৌই। খুদম:-

সা সা, সা রে গ ম সা রে গ ম।

**মুর্কী :-** করিগুম্বা স্বর অহুম্বু য়াম্না থুনা, য়াম্না মেঙনা হায়ববু মুর্কী কৌই। মদুদি - গমেসা, রেসানি অসিনচিংবনি। মসি ঠুমরী অমদি টপ্পাদা য়াম্না শীজিন্নে।

**গিটকিরী :-** স্বর মরিবু অমুক্তদা থুনা অমদি য়াম্না মেঙনা হায়ববু গিটকিরী কৌই। খুদম:- সা নি সা রে সা নি সা রে, রে সা রে সা অসিনচিংবা। গিটকিরী মুর্কী খোংবদা মিজরাবনা অমুক্তং থেংবদা থুনা হায়হৌগদবা গিটকিরী, মুর্কী অসি সিতারদদি ক্রন্তনগী মখল খরনি।

**খটকা :-** খটকা হায়বসি করিগুম্বা স্বর অমবু অনীরক হন্না মাগী মথক্কী স্বরগী কর্ণ, মখা থংবা স্বরগী কণ লৌরগা হায়ববুনি। খুদম:- ধপ মপ নত্ত্রগা ধপমপ অসিনচিংবা।

**সাঁস অমসুং আস :-** মুর্কী অমসুং গিটকিরী অনীবু তপ্পা অমদি মেঙনা থোৎনা শকপা নত্ত্রগা খোংবা অদুবু মথংশীৎনা সাঁস অসুং আস হায়না কৌই। সাঁস অমসুং আস অসি ঠুমরী অমসুং টপ্পা শকপা অমদি খোংবদা শীজিন্নে।

**ঝালা :-** সিতারদা দারা রা দা রা রা রা নত্ত্রগা দা দা রা রা দা রা রা রা নত্ত্রগা দা রা রা দা রা রা দারা অসিনচিংবনি। অহানবদা বাজগী তারদা 'দা' বোল মিজরাবনা চুম্না খৎতুনা খোংগনি। 'রা' গী বোলশিং অদুনা চিকারীগী

তারদা খৎতোক্লগা খোংগনি। মতৌ অসুম্না লয় অদু চাং মান্ননা স্বর তৎহন্দনা খোংববু ঝালা কৌই। ঝালা মখল অনী শুই - (১) সুলট ঝালা অমদি (২) উলট ঝালা।

**সুলট ঝালা :-** অহানবদা, অহৌবদা 'দা' বোলবু বাজতারদা মিজরাবনা খৎচিন্নগা 'রা' বোলনা চিকারীদা খত্তোকপা অদুবুনি। খূদম :- দা রা রা রা অমদি দা রা রা দা রা রা দা রা নচিংবা। সুলট ঝালাবু সিধা ঝালা হায়নসু খঙনৈ।

**উলট ঝালা :-** রা বোলনা হান্না হৌরগা মিজরাবনা চিকারীদা 'রা' বোলবু খত্তোক্তুনা হায়বা অদুবু উলট ঝালা কৌই। খূদম:- রা দা রা রা, রা দা রা রা নচিংবা।

**আলাপ :-** শৈশক মখল অমনি। রাগবু পাকথোকহনবা হায়বদি বিস্তার তৌর্বনি। রাগগী বাদী সম্বাদীনচিংবা অতৈ স্বরশিং অমসুং অলঙ্কার কয়ামরুমনা ফজহন্দুনা শকপা ঈশৈ মখল অদুবু আলাপ কৌই। আলাপ তৌবদা আকার নত্তগা তা, না, নে, রী, রেন, তোম, নোম, নারে, তানানানচিংবা শীজিন্নৈ।

আলাপনা, রাগগী মপুঙ ফাবা শকফম হায়বদি রাগগী অশেংবা মশক পাক-চাউনা উৎলি। আলাপ্তা অয়াম্বা মতমদা 'স্থায়ী' 'অন্তরা' 'সঞ্চারী' অমদি 'আভোগ' হায়না তোঙান-তোঙানবা শরুক মরি থোক্লা খায়দোক্তুনা তৌনৈ।

**সিতারদা আলাপ :-** খৌনাউনা শক্তুনা আলাপ তৌবদা আকার নত্তগা তা না নে রী রেন তোম নোম নচিংবা ব্বাহে কয়ামরুম শীজিন্নবগুম সিতারদসু রা রা নত্তগা দা দা হায়বা বোলসিং অসি মিজরাবনা খত্তুগী মীর অমদি গমক্কী থবক কয়া তৌদুনা রাগ বিস্তার তৌই, মদুবুসু আলোপ কৌই। সিতারদসু অয়াম্বদা আলাপকী স্থয়ী, অন্তরা, সঞ্চারী আভোগ হায়না শরুক মরি থোক্লা তৌই। সম্পূর্ণ আলাপ হায়বদি মপুঙ ফাবা আলাপ তৌবদা অহানবদা বিলম্বিত লয়দা আলাপ তৌই, মথংদা মধ্যলয় হায়বদি ময়ায় ওইবা লয়দা 'জোর' আলাপ তৌই। মসিগী মতুংদা মধ্যলয়গী তানশিং অমদি মথংদা দ্রুতলয় হায়বদি অথুবগী তানশিং খোংই। অদুগা অরোইবদা ঝালা খোংই অমদি লরন্তগী তান খোংলগা লোইশিল্লি।

গত :- করিগুম্বা রাগগী স্বরশিং অদুবু তান অমদা পানশিন্দুনা শেন্নবা পোৎ অদুবু গত কৌই। গত তা স্থায়ী অমদি অন্তরা হায়না শরুক অনী থোক্লা খায়দোকই। মদুবু গত হায়দুনা সিতার, বীণা, সারোদনচিংবা যন্ত্রশিংদা খোংনৈ। গত মখল অনীথোক্লা খায়দোকই:- (১) মসিতখানী গত অমদি (২) রজা-খানী গত।



# গুরু লাইমুজম মঙ্গী সিংহ

## ২০ মার্চ্চ ১৯২৯ - ৭ আগষ্ট ২০০১



ইং ১৯২৯ গী মার্চ্চ তাং ২০দা, ইম্ফালগী শিংজমৈ খোঙাম লৈকাইদা পোকখিবা গুরু লাইমুজম মঙ্গী সিংহ, মণিপুরগী সিতারগী লমদা শক্লাইরবা লময়ানবা অমনি। নট সঙ্কীর্ত্তণগী লমদা শক্লাইরবা মপাবুং লাইমুজম থরোজাও সিংহদগী ঈশৈ নোংমাইগী জ্ঞান ফংজরকখি। মঙ্গি সিংহ শিংজমৈ চিরোম লৈকাইদা লৈবা শ্রীলাইময়ুম ইবোপীশক শর্ম্মাদগী হিন্দুস্থানি ক্লাসিকেল ম্যুজিক ইহান হান্না তম্বা ফংজরকই। মতুং তারকপদা বামোন লৈকায়দগী চান্দম তরাকিশ্বরদগীসু মখা তাবা জ্ঞান কয়া ফংলকখি। লক্ষৌদা লৈবা ভাটখন্দে ম্যুজিক কলেজদগী সিতার তমজকবা অমদি মফম অসিদা ভারতকী শক্লাইরবা সিতারগী ওস্তা উষ্টাদ য়াগুপ অলিখান, উষ্টাদ ইলিয়াজখান অমসুং উষ্টাদ হবিদ হুশেনগী মখাদা ইং ১৯৬৪ দা সিতারদা ভিশারঠ পাস তৌরকখি। মতুংদা ইম্ফালদা থোক্লকুনা মণিপুর সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়গী সেনিয়র গুরু ওইরমখি। ওস্তা ওইদুনা ছাত্র কয়া তাকপী তম্বীবগী মথক্তা ইং ১৯৯৯ দা অখিল ভার্তিয়া গন্ধরবা মহাবিদ্যালয়া মুম্বাইদগী সঙ্গীত অহুংকার (মাষ্টর ওব ম্যুজিক) লোইশিনখি। সিতারগী লমদা সঙ্গীত অহুংকার পাস তৌবা মণিপুরগী ওইনা গুরু মঙ্গীনা অহানবনি। গুরু মঙ্গী ইং ১৯৭৮ দা শ্রীমতি শুবদনিগা যুম্বানমীনদুনা মচানুপা অনী মচানুপী অহুম ফংজখি।

গুরু মঙ্গী সিংহ ওল ইন্দিয়া রেডিও সেন্ট্রেল ম্যুজিক ওদিসন বোর্দ, নিউ দিল্লীনা এপ্রুব তৌবা মণিপুরগী অহানবা সিতারগী কলাকার অমসুনি। ইং ১৯৬৯ দগী ইং ১৯৭৪ ফাওবা ইম্ফালদা পাঙথোকখিবা ওল ইন্দিয়া রেডিও ম্যুজিক কনফরেন্সতা ভারতকী মশক নাইরবা কলাকার কয়াগা পার্ফোমেন্স কয়া পীমীনন্নবা মীশক অমা ওইখিবতা নত্তুনা ওল ইন্দিয়া রেডিও লোকেল ওদিসন বোর্দকী মেম্বরসু চহি কয়া ওইরমখি। মহাক্কা তম্বীখিবা মশক নাইবা ছাত্রশিংগী মনুংদা ইউ. এস. এ. দা সিতারগী পার্ফোমেন্স কয়া পীবতা নত্তুনা ছাত্র কয়া তাকপী তম্বীরিবা থোকচোম প্রসন্নকুমার (তোম্বী) শু অমনি। শ্রীশ্রীবালমুকুন্দ দেব গভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজ টিচর্স এসোসিয়েসনগী প্রসিদেন্টসু ওইরমখিবা গুরু মঙ্গী লাইবক থীবা থৌদোক অম্রদগী মতম খরা নারল্লগা ইং ২০০১ গী আগষ্ট তাং ৭ তা তাইবংপাল থাদোকখি।

অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল।